ꯃꯅꯤꯄꯨꯔꯤ ꯁꯥꯍꯤꯇꯌꯗꯥ ꯃꯤꯠꯌꯦꯡ ꯑꯃꯥ

# মনিপুরী সাহিত্যদা মীৎয়েং অমা

ডো আই এস. য়ুম্নাম

# ꯃꯅꯤꯄꯨꯔꯤ ꯁꯥꯍꯤꯇ꯭ꯌꯗꯥ ꯃꯤꯠꯌꯦꯡ ꯑꯃ

# মণিপুরী সাহিত্যদা মীৎয়েং অমা

ডো আই এস য়ুম্নাম




নোংচুপ হারম খোরজৈ লুপ (নোহাখোল)
য়ুরেম্বম

# MANIPURI SAHITYADA MEETYENG AMA
(Critical Essays)

Written by:
**Dr. I.S. Yumnam**

ISBN – 978 – 93 – 82989 – 06 – 6

Year of Publication: 29/12/2013

Published by: **Elizabeth Yumnam** on behal of Nohakhol, Yurembam

Cover Designed: **Y. Randhir Kumar**



No. of Copy: 500

Price: Rs. 110
Rs. 185 (Hard cover)

---

Printed at. ***Monica Printers***,
Keishamthong Bazar, Imphal

# ৱাহৌদোক

পোৎশক অমগী মমল লেপ্পা তহাবা য়াবা অমদি নত্তে। তরাইবসু ওইদে। অশেংবা অচুম্বা ফজবা নীংথিবগী নুংশক নৎত্রেগসু শেংদবা অমকপা অবানবা অথিবগী মচেৎ মকাইগী শকওং শদাবু ওইরগসু তশেং তশেংনা মীনম্বা য়াওদনা ইতিং তিংনা দোং লাওনা খঙঙম্বা মহাক অদুদি মীওইবৈ ৱাংমদনি। অদুনবু মীওইবা ঐখোয়না উনা উনা উঙমদদুনা মীৎ তাংলিবশিনি।

মসিমক্তননি কনাগুম্বনা কনাগুম্বগী কবিগুম্ব'মা মশক লেপথোক্লবা হোৎনবদা তত্তনা হেক হেক মচেক্তা য়েবা নত্তনা মপুঙ ইফা ফাঙমদ্রিবসে। তৌবগীদি চাংজৌ নাইদ্রবা সমুদ্র ঈরোন্নুংদা পীক্লবা মীওইবৈ খুৎশা মঙানা ফনা ফন্দোক্তুনসু করিবুদি তৌরুগনি খুত্তা খবা চোংহৌবা পকহৌবদু নত্তনা।

অসুম্না কনা কনাগুম্বগী লাইরিক অমবু মশক তাকপা হাযবশি ঐগী পুন্সিদদি যাম্নমক অৱাবগী মশক অমা ওইবি। তশেংনা অঙাং মচানা মৈ পাইদুনা শান্নবদুমক্লি। ঙসিসু নীংশিংলি নুমিত্তো - ওজা শশীনা - "করিগুম্বা খবা তৌশি ... লাইবিক মশক তাকউ ... কনাসু হৈনা পোক্লক্তবনি..." হাযদুনা নুমিত্তো হেক্তা লেপশিল্লকই। অহনগী ৱাহৈদুদা হীক্তোকপা ঙমদদুনা - "হোই" হায়দি হায়দোক্লবগা তশেংনা তৌফম খঙখিদে ঐ। মতম অমদা নোহাখোল ওফিসতগী ৱাইবগা পাখিবা মোহেন চোংথামগী - "থাপ্লবিবা" হাযবদুগী অপুগী পুন্সিগী মশক্তু থম্মোযদা তুংদুনা তাদুনা লৈহৌবদু তাশিন খোমজীন্দুনা হেক্তমক ফোঙদোকচখিবনি অহানবা ওইনা। লাইবিক্তু কুপ্না নৈনখিবদি নত্তে।

তশেংবমক্কীদি ঐনা পুন্সিদা থেংনজখিবা পাজখিবা লাইবিকশিংগী থম্মোযদা ফাওবকপা কবিগুম্বা খবদু ঙসি ঙসিমক হুইযেন লানপাউ মণিপুরী ইডিসন্দা ফোঙদোকচবা পাউদমজবা ফংজবশিমক্তি ওজা ডো শশীকুমাব যুবেম্বম থেংনকবৈ মহৈনি। ঐগী পুন্সিদসু মঙদা ফাওবা মঙজখিদবা অমনি। মশিমক্তনা ঐনা ঙসি ফাওবদা লেপ্তুনা হোৎনজদুনা হুইযেন লানপাউগী নোংমাইজীংগী লাইবিক নৈনবা কল্লমদা হাপচখিবশিং মথং মনাও নাইনা খবা লৌখৎচবগা লাইবিক ওইনা পুথোকচরিবশিদি ওজা শশীকুমাবগী মফমদা থম্মোয শেংনা কৎচনিংবদুখক্তগীনি।

ঐনা ইজখিবশিংদু লাইবিক ওইনা পুথোকচগে হায়জক্ববদা হবাওনা যাবীবক্তুনা ২০১২ ইংদগী ঙসি ফাওবগী ইখিবশিংদু লোইনা খোমগৎপীদুনা পীবীবকখিবা হুইয়েন লানপাউগী থৌবুরোই পুম্নমক লোযননা মদুবু ওফসেত্তা নমথোকপীবিবা মোনিকা প্রীন্টবসকী ইচীন ইনাওশিংগী মফমদা তৌবীমন খঙবদু উৎচবি। 'দুগা - ঐগী মকপ যেন্দ্রেম্বম রনধিকুমাবনা মখুমগী লাই য়েকপীদুনা লাইবিকশিবু হেন্না মশক থোকহনবীবগীদমকসু থাগৎচরি।

-অইবা-

# নোহাখোলগী ৱারোল

খৃ: কুম ১৯৯১দা লিংখৎচখিবা নোংচুপ হারম খোরজৈ লুপ ওসিদি সাহিত্য অমদি কলচরগী লমদা লাইবিক ১১২ খুদোন তমজখ্রে। হন্দক্কী ডো আই এস য়ুম্নামগী - *মণিপুরী সাহিত্যদা মীৎয়েং অমা* হায়বা নৈন্ন- ৱারেংগী লাইবিক অসিনা নোহাখোলগী ১১৩ শুবা খুদোন্নি। ওসি ফাওবদা চহি ২৩গী মনুংশিদা সাহিত্যগী মনা ৪সু থমজবা ওমজরে।

(১) উধব নীংশিং সাহিত্য মনা - লুপা লীশিং ১০.০০০/-

(২) থোইবী নীংশিং সাহিত্য মনা - লুপা লীশিং ১০.০০০/-

(৩) চন্দ্রমুখি নীংশিং সাহিত্য মনা - লুপা লীশিং ১০.০০০/-

(৪) স্বর্ণলতা নীংশিং সাহিত্য মনা - লুপা লীশিং ১০.০০০/-

মসিগী মথক্তা নোহাখোলগী চহিগী চেফোঙ *ঈচেল* লেপ্তুনা পুথোকচবগা ইবোইননা মতম মতমগী সাহিত্যগী থৌবমসু লেপ্তুনা পাওথোকচবন্নি। পুন্নমক্কী মথক্তা নোহাখোলগী অপুনবা পোত্থোক খবসু চাং নাইনা ওসি ফাওবদা তোঙান তোঙানবা লাইবিক ৮ লেপ্তুনা পুথোকচদুনা মণিপুরী সাহিত্যগী পুকৈদা সেবা তৌজবি। ডো আই এস য়ুম্নামগী *মণিপুরী সাহিত্যদা মীৎয়েং অমা* হাযবা লাইরিক অসি থম্মোয শেংনা সাহিত্যবু নুংশিবীবা পুন্নমক্কী মফমদা খুৎশিনজবে।

ডাঃ শশীকুমার য়ুরেম্বম
এডভাইজর,
নোহাখোল

তাং ১৫/১২/২০১৩

# হীরম-লমায়

মণিপুরী সাহিত্যদা মীৎয়েং অমা

# পুন্সিদা পুন্সিগী পাউখোঙনি-*থাপ্লরিবা*

তৌ শিন্নবা তাৎ তৌদনা তপ্পা তপ্পা তাঙ্খা তানবদুনি তাইবঙ তোরৈলক্তা তাইবঙ.. অনরিবা। থম্মোয়বুসু থেম্বনি। নীংঙাইবু নাউশুম্ফুংদা নাউথেম্বনি। পল্লোন পল্লোনগী পনখাং পনখাং পল্লাল্লদুনা পনখোঙদা পল্লগনা পম্ফুংনি পুন্সি পরৈগী। মসিমক্তননি মীওইবনা মীরম্লেনশিদা মঙলানচাই মঙ মঙ মঙদুনা মঙলাক্লবিবসে মঙলান্দসু। মঙফাওনবদুনি মী - মঙফাওননি মীনু। মীনা মীবু মীনমদ্রবা মীনম্ববুসু মীনম্বনি। মীনল্লমদ্রবা মীগী মমিনা মল্লম্লোই। মীতনা মীবু মীনম্মী। কে কু! ... ফোঙ ফোঙ! ...

মীনল্লমদ্রগদি থাপ্লরমলোই। থাপ্লবমদ্রগদি মীনল্লম্লোই। থাপ্লদুনা য়েংসি মীনল্লক্কনি। মীনমদুনা য়েংসি থাপ্লবক্কনি। মীনম মীনল্লগা থাপ্লবা হেল্লকই। থাপ্পা থাপ্লবগা তাম্নবকই। তাম্না তাম্নবগা পুন্সি কাউশিং লুপখি একাউবৈ ঈবোন্নুংদা। থাপ্লবিবা অনীদি তাম্নখ্রবা নত্তে। ঈচেল অমগী খজাই অনীনা তক্ তক্কুনা থম্মোয় খুৎজুপ চুপ পুক্লিং নীংঙাই থেল্লিবা তোর্ব্বান অনীনি। থাপ্লবিবশিংগী মবক্তা অহীংবা লাংলা অম্নদি চেৎনা কীবিবনি অমগা অমগা। মপাম্থোংদা ঙাইহাক মীৎকুপকী থাপ্লদুনা তামখিবোই নীংলুবনি থম্মোয তনিক তনিক্কা। তশেংবগীসু পুন্সি খোঙথাং থৈদুনা ব্রাখল নোংলৈনা হুম হুমদুনা পুন্সি ঈমাই থৈরক্লবদা তাইবঙ ঈদেন কযা কযাদা ব্রাইথুংলুদুনা তৌফম খঙদ্রবা পুক্লিং ঈবোইনা, পুন্সিগী খাবিবা পল্লোন কযাবুসু অতম্লনা হেক হেক তেমশিংনকবৈনি শিম্থরিবা মীৎলুই পীবাং। নৎত্রগবু ঙসিগী মালেমদা ঈচেল নাইবল্লোই থাপ্লকবৈ পীবাংনা। পীবাং মানা পীবাং পীবোইনবিঙৈ মীৎলুই মীৎথুপ ফাওনা উরুরিবা খুদিং লুপা অহীংবৈ মঙালনা পাথোক্তুনা চেম্থবকপনি মালেম শিনবা থুংনা।

তাওখিনি পুন্সি কাউশিংসু মাযাগী ঈপাক্তা ঙাথু থেংথুনা তাইবঙ ঈপাক্তা কোবৌগী মঙালনা য়ৈদ্রিঙৈদা। অঙনবা অযুক্কী মুক্তা থোল্লিবা সনাফৌ থাবা তাদা কোকশেংচাও অমম্ববু চীনবুল লাক পাবোৎ নাউহু থাং নময়াং কারন চিং

অঙান শমপোৎ শাজেনা খুদুপ থাই। নাখন্না চেকশিন্না ফাননবা হোৎনজে - অবা অরা ! .. তিতী তিতী! ... লীচৎ অমনি তাক্লিবনি তাইবঙদা। হেন্না হেন্নদুনা ঈখৌ লাংবৈ চৈবী চৈথেংদুম নংহাল্ল । পুন্সিমু পুনঙমদে । খংঙম উঙমদবদু থিন্দুনদুম তাক্লিবনি খুদোম্বী মতোন্দুনা । নীংঙমদবৈ পোৎলুম অমা থোনগৎপী নৌহৌনা পুন্সি নমদা; পুন্সি খোঙথাং মখোল ফারকই। মীৎযেং মাসু শান্না যেংলকই; পল্লোন্নুংদা পনখৈবু তমদুনা থাপ্লবিঙে।

থাপ্লরুবৈ ঙাইহাক মীৎকুপ খরা থম্মোযনা থম্মোয়দা, পুন্সিনা পুন্সিদা নীংঙাই তৌ তৌদুনা তাম্নকবগা কাঁশিল্লব পুক্লিংগী মীনম থোক্কা কাঁশিনা মটান কাটি কাজীন কবাও থোক কাঁশি কুক কাদ্র মতমদুদা থাপ্লকবশিং পুন্সি হাঁব কোয়া কোনফাদুনা মীৎলুই পাবাং শিন্থবা ইঙাই নোংজ্ঞুনা কৈদৌকনি *থাপ্লাববা* অসিগুম্বা পুন্সিগী নুংলোন্না পাল্লোন্দা শং শং মীৎমাংদা তম্নদুনা শাফোঙলকপা শক্তেমদুনি মুহেন চোংথামগী । তশেংনা তাৎ তৌদবা রাখলগী লীবিনা মোল্ল মোল্লদুনা কোইপু পুবসু নত্তবা পুক্লিংগী ঈথিলনা নাইশুম ঈশে শক শক্তনা অপাবাশিংগী থম্মোযবু পুন্সি শিন্থা কাউঙম্না থেম্নিনা অইবনী রাখল্লোন, খুৎফোঙদোক অমাদ খুৎলান্থোকশিনা তশেংনা অহীংবা অমা ওইবগনি - *থাপ্লবিবা*। মসিম ক্রনা অপাবশিংগী থম্মোযদা লোৎনা লোৎনা হংলক্কনু ঙমদে - অপু কনানো? ঙসিসু হংলি রাহং কযা কযানা । হযেংসু হংখিগনি কযা কযানা । মসিমক্তি অইবনা অইবনি তাকচবনি । মসিমক্রনানি মপাগী মীনুংশিগী রাংমদ পুন্সিগী খুদি অমদগী নাইতোম মতম তানা হীংলিবা কনানা পোকপগী ফঙফম থোকপা হক - মপা কনানো, মমা কনানো ফোঙনা শিংনবগী নুংগী ঈচেলবু পুথোকঙমবগীদমক সাহিত্য সেবা সমিতি, ককচিংনা মুহেন চোংথামগী *থাপ্লবিবা* হাযবা নোভেল অসিদা যাম্নেম মনি সাহিত্য মনা ২০০৬ পীদুনা ইকাই খুম্নবিবা ।

থম্মোযনা থম্মোযবু মীনমদনা পাখিবা নোভেল মশিং খবখক্তনি অপাবশিংগী পুন্সিদা । পাউদমজরিবা ঐগী পুন্সিদদি অসুক্কী মতীক লীকই। নোংমা ঙসিদগী চহী মবীগী মমাংদা, চেনবদা হীংখিদবা মীৎকুপ অমদা তনজা

চাকদুনা দোং থেংনখি *থাপ্লবিবা*। থাপ্লরিবসিবু করিনোনে থিদা থিকরগা অপু কনানো হেক্তা থোক্লককখি । মীৎকুপ্তুদা অপু তশেংনা মীৎয়াংদা ফন হেক চোংথোবক্তুনা ইমাংদা লেপ্লমবদুদদি ঐগী থম্মোয়সু করম্না পেৎথরকখিবনো খঙহৌদে । ঈখৌ লাংবদু কোক্লবা হোৎনবদা তশেংনা অহিংদুমা হৌখিবা খঙহৌদনা পাবা লোইখি লমায় য়াম্নবা থাপ্লরিবা । অদুবু অপুবু খঙনিংবগী অপেনবদি তশেংনা মপুঙ ফাখিদ্রে ঙসিমকসুনি। অঙ্গুব শিল্পি হায়বগুম পাউদমজবিবশিমক্তি মীৎকুপ্তুদা ফাওখিবদুমক্নি । তশেংনমকসু অইবগী নুংশংনা শুগাইবীবমদ্রগদি ঙসি অমুক ঐগী থম্মোয়না মবোল থোক্লমদবসু কনানা খঙবা । যাম্না নুংঙাইবিবদি - নোভেল অমগী থৱায ওইবিবা শবক শিদবা ৱাবী পরিংনা *থাপ্লরিবা* থৌরি লীথুপ লীহৌ লীযাই লীখম নাইনা লীথাংলোন নাইদবাশনি । তাহৈদবা তাকবৈ তৌহৈদবা তৌবরিবনি; তৌহৈদবা তৌকবনা উহৈদবা উবক্লিবনি । অসুম্না ঙসিগী সমাজদা মপান থোক্লা উৎথোকপা যাদবা কযা কযানা মোং হাদনা ৱামৈগী মৈবীগুম তপ্না তপ্না থম্মোয থম্মোযগী লকানুংদা ওমদুনা চাক্লবম্বদগী চেকশিনহৌদবা মীৎকুপ্তা মতমগী নোংলৈনা হুমদুনা পুখিবদগী মৈবী থোক লামজাও খোনবা লম্মৈ ওন্দুনা লাউ খোঙদুনা মবৈ হা হা তমদুনা মমৈ ফিরান শা কোইনা লৈনা চেল্লকপদুদগী হৌই *থাপ্লবিবা*। লম্মৈ মানা পাম্বদি থেংনা থেংনবা খুদিং তাঙ্গোই তাহনবদুনি । অপুসুনি । তৌবতবু মপানা মচাবু মচা নত্তে হায়না তান্থোকপীববা অপুগী পুন্সিদি চাক্লিংঙাই লৈত্রবা লম্মৈনা মদোম তাঙ্গোইদা মোনখাঙনদুনা হংঙা মীৎকপ তাল্লকপদুনি উৎপুঙ্ মথক্তা। মসিনা নোভেল অসিগী ৱাবী পবিংগী অহৌবা শাহৌনি ।

তশেংনমকসু থোকহৈদবা কয়ানা লাঙ্গোই চল্লবা অপুগী পুন্সি অঙকপনি । নোংদম্বনা তমথ্রবা য়ুমহোং তোইবা চেক্লাগুম শক লোৎ লোত্তুনা খুন হোং হোংলগা শংত্রিক য়েংবা মীৎলি লীবি তেনদোং না তপ্না থাংবা খোঙথাং মখোলনা খোন্থাংবু অতম্না তান্নবা অশিবদা তাৎ তৌরিবা অপুগী পুন্সিনি । মসিদনি থম্মোয় পানবা কনানা অপুবু হেক্তমক নুংশিরুবিবা ।

অইবনা মীৎয়েং কাখলনুংদা শাগৎলিবা সমাজগী শক্তমশি অকিবগী মশক্নি। মচাবু মচা নত্তে হায়রিবা ব্রাফমশিবু মীওইবনা খক ঙাংনদে। তাবদা তু চুংদ্রিবা মীদু তু চুংবা কাউনা হীংলিবা মীশক্নি। ব্রাফমসিগী নুংদা লোৎনা থুপ্পা চেল্লিবা ঈচেলদি তাইবঙদা তাইবঙনা তাইবঙ লীচৎ কাইথরকপদুনি। ঈচেল মাগীসু ঈহৌফম শোইদনা লৈগনি। মরমদি মৈ হৌরবদি মৈহৌফম লৈবনি। অপুগী মপাগী নুংদা ব্রাইরক্লিবা মৈরীনা মপান থোক্লা লাউ খোংলক্লিবদসু মৈরীক তম্না ব্রাইখিবদগীনি। মসিনি অইবনা ঙসিগী মীবোলদা য়া কাখত্তুনা মসিন থিরক্লিবা। পুন্সিদা পুন্সিগী পাউখোঙনি - *থাপ্লবিবা*।

তাইবঙ শিন্থা পাংলুরগে খুদুম শিংনা লাক্লিবা অপুগীসু মরাল লৈতবদি নত্তে। মাগী মমা মপাগী মচা অমা ওইরুবদুমক্নি। অদুগা মপানা মচাবু মচা নত্তে হায়না পাউথোক্তুনা তাম্থোকপদি পাংদবৈ অশোনবা মতৌদু উৎথোকহনবনি। নাশিখোংদা তাইনবনি। থাপ্লবিবা তোর্ব্বান অনীগী ঈচেলনা কয়াম কুইনবু ঈথক জগোই শানা ঈবৈ হুন হুন্দুনা ঈচেল নাইবা মীনম্বনি। অপুসু মমাবু শংত্রিক যেং, ইমা-ইপা কনানো ? তত্তনা হংই। বজ্র লীশিং লীশিংদগীসু হেন্না থৌরবা মচাগী পাউখুম্বু কবম্বা মমা ওইবীনা তবাইনা মীৎকুপ্পা পীরুগনি। তশেংনা নুঙগী মুটিনি মূর্টি অপুগী মমা। মতাংশিদনি শুম্বগুম উপাই অমা থিবক্লিবসে। মশিমক্তননি অপাবশিংগী চীনবান্দা - এ ! এ ! হাযদুনা থম্মোয়বু শুমদুনা পুবা ঙল্লিবা - *থাপ্লবিব*গী ব্রাবী পবিং অহৌবদগী হৌনা।

অসুম্না অইবনা লীন পুবৈ শক্লোন্দা অপাবশিংবু নাউথেমদুনা পুবক্লগা অপুগী মমানা নুপী ওইবৈ অশোনবা মতৌবু ব্রাঙস্থোক লান্না হল্লুদুনা খোঙ যেৎনা যেৎলোমদা হেক হেক চিং চিংদুনা থাংদুনা চৎলম্বদুবু চফু উযান খেৎনবদগী মপামদা মতম খবা লমদল্লিঁডৈদা ওইথংবা খোঙ নাম্মা নমহত্তুনা খোঙফৈ অমা থৈদোক্তুনা কনাগুম্বা লম্লানবা অমগা নকশিন্নকবৈ খোঙথাং অমখক থাংলুবদুনা অপাবশিংগী থম্মোয় শুগত্তুনা শুকতোকহল্লগা মীৎকপ থোকহল্লি। মৈবু ফিনা কুপঙমদনা হুই অঙাওবগুম অউ অউবা চীকপা হৌবকই অপুগী মপাসু। খংঙমদ্রবা অপুগী মমা মরালনা মপোৎ ফাদুনা মথন্তা

অত্মাঘাৎ তৌজখি । মচা কনানো তাকওমদবী মমা অমনা নুংগী মুর্ত্তি ওন্দুনা মতমগী তম্বাক্তা কীন্থরকপা মতাংশিদা ৱারী পরিংগী ময়াং মতোল লোল্লক্লে ।

অইবনা রস মখল শুনা হাপ্লবা কন্না হোৎনৈ । মসিমক্তনা কাফৈ কাফৈ থাংলম্বদৈ কোইচেন চেল্লক্লবা শন্নাও মচানা ৱাই ৱাই চাউরক্লগা মচী থিন্দোরকপদা অউ অউবা ৱাইবা হৌরকপগুম অপু খুন হোং হোংদুনা শৈদাংফম লৌদুনসু নহা ওইবৈ নুংশি নুংওনবু নাথৈদুনা খক চৎপদি ঙমখিদে । অহানবা নুংশিজবীদি নীংথিবী কৌই । মরুপ অমগী মচননি । মশিমক্তনা মরম ওইরগা শৈদাংবা মানসু লমচৎ নাইদে হাযদুনা পাউথোক্তুনা অপু মফম খঙদবা খোঙচৎ অমা চৎপা হৌখি । মাগী মরুপ লোইজীংনা মাবু থেংনবগা হাৎকনি হাযনা ৱাশকখি । অদুবু নীংথিবীনা অতোপ্পা অমদা লুহোংখ্রগা অচুম্বদু খঙলক্লবা মতমদদি লাল হৌকবগী মীবোৎ তাদুনা লৈখিবদগী অপুগী মফমদা নীংঙমদবদু ফোঙদোক্লবগী তাঞ্জাদু ফংখিদে । অপু হ... অমগীদা চংজফম লৌকদুনা নীংথিবীগা শকমান্নবী ইথোইবী থেংনখি । ইথোইবী নুংশিবা পোক্লবদুনা অইবনা যাম্না চৈ শিংনা অপুগী লমচৎ শাগৎপদা মীওইবগী অশোইবা অৱাৎপদু ফোঙদোকই । মসিমক্লা অইবাসি করেক্তব শাগৎপা হৈথোই শিংথোই হাযবদু মশানা মশাবু তাকচৈ । মতাংশিদা নোভেলসিগী ৱাবী পবিংদা এন্টি ক্লাইমেক্স মপুঙ ফাবক্লে । অপুগী মতম শাংনা মপা কনানো লাম্থেংনবকপদু ৱাযেল বীচার লোইবদুনা মপা বাকন্না মশামক্কী মচানি খঙজবদুনা মচাবু লৌশিল্লগা দেল্লীদা লাইবিক মখা তমথকনবা থাখি । অসুম্না থাপ্লবিবদা মপুঙ ওইবিবা কবেক্তব অপুদগী কবেক্তর খুদিংমক লোইনা থাপ্লখি । মসিমক্লনি - *থাপ্লবিবা*। অদুবু থাপ্লবিবশিংগী নুংদা ঈচেল অমদি অসুম্না অসুমক ... মশিমক্লনি অইবনা অপাবশিংদা চল্লিবা পাউখোঙ । নোভেল অসিদা অইবগী ৱাবী লীবগী ভোপ তোপ্পা মতৌদু লোৎনা নৎত্রগা ইফোঙ ফোঙনা হেক্তমক উৎথোকই । মরক মবক্তা থেৎচিল্লকপা ফ্লাসবেক তেক্নিক্লা

ৱাবী পরিংবু থোইদোক্লা চেৎশিল্লহল্লি । থোইদোক্লা মফম অমবু শৈথাবদা অপাবশিংদা শংশংনা উহনবা ঙম্বা রাজা রাওগী কাম্বাপুরাগুম্না অইবগীদি পুন্সি খুন, সলাং খুন, তন্নৌ খুন অসিনচীংবা লম্লৌনি । ৱাহৈগী লাং থাক্তুনা অপাবুসু শুম্বা ঙম্বা অইবনি মুহেন চোংথাম। অদুবু অইবগী অহানবা নোভেল "*মমী তল্লম্বা যেন্নাং* (১৯৯৬)" কী মথাংদা অনীশুবা - *থাপ্লরিবা* (২০০৪) গী মথংদা অহুমশুবা পুথোকত্রিবশিমক্তি অইবগী খোঙজেল তপমল্লি । ❑❑

# অথুইলুগী মঙলান



মঙ মঙদবা মীবু মীবা ? মল্লগতা মঙ মঙনব্রা ? মমদ্রগদি মঙ মঙদব্রা ? মঙাল মাসু মল্লবা মতমদদি মঙ মঙই। মঙ মঙলিবা মঙালবু মল্ল মল্লক্লগা মঙলাক্লবকই । মুবাংনবা মক্লবা মুর্ত্তি মাসু মঙলাক মঙলাক্লবি । মঙ মঙলিবৈঙদা মনঙ্গলথক্কী মচা মোবানবীগী মঙলানসু মঙফাউনবকই । মালেমথক্তা মল্লিবদি মমিনি। মীওইবাদি মীওইনি । মঙনা মঙনি । মসিননি মীওইবনা মল্লবা মালেম য়েখুবকশিদা মাব মাবদুনা মঙ মঙনা মঙনা মঙলাক্লবিবা । মসিগীনি মীওইবনা মীৎতাংলিবা। মসিমক্রনি মীওইবনা মল্ল মল্লগা মুশুক মুববা মুবাবৈ মূর্ত্তির মুক্লা মুক্লদুনা মশেন মবাংননা মশামক্কী মবাইবকপু মৎলিবা । মীদি মীগী মবাইবকপুসু মৎলি মালেমশিদা । মঙখিনি -মঙখিনি মীওইবা মঙ !

মঙ - মঙলান্দদি তাইবঙনি ! তাইবঙদনা রাখলগী মশেন মবাংবা মমিনি ! 'দুগা খোকখ্রব থৌদোক্লা হৌখ্রদুনা কাওকববা থৌদোক্কী রাখল মচেক্লা তুমখুন্দা থক্লোবকপা চৈনাখোলদুগী চৈবী চৈথেংনি তাইবঙ পুন্সিদনা । তুমখুন্দা মঙলিবা মঙ তাইবঙগা শম্নদে। 'দুবু - তাইবঙসিদসু মঙলানগী মথেল ওইবা যাবা মচলসু কবি কবিগুম্নদা লোৎলম্নদগী ফোঙলক্লবা নত্তে । অদুনবু পুন্সিদা শংশং মীৎমাংদা হেক হেক চোংথোবক্লিবা থৌদোকশিংনা তম্নদুনা তাইবঙদা মীপাইববা কনাগী চোকথববা পুক্লিং থেমঙমদ্রবা রাখল, পুঙমদ্রবা হকচাং ঙম্নমক মঙলান্দা ঙাইহাক মীৎকুপ লমদলদুনা পোত্থাই । তুমখুন্দতা তুমখুন তাল্লিবা তাইবঙ তাইবঙগীনি । তাইবঙমীনি। হৌদোকপা ঙমই । মসিমক্তনা নাউশুম ঈশৈ ওইনা শুমদুনা মুম্থরগা উইথবক্লবা অইবা বাজেন খুমুকচমগী থম্মোযনি। তশেংনমকসু মঙ মঙলি । মঙলানগী তাইবঙ তাইবঙগী মঙলান যেৎশিন্নদবা মঙলাননি বাজেনগী। মঙলান তাইবঙ অনিগী ঈচেলনি - অথুইলুগী মঙলান ।

তশেংনমকসু রাজেন মহৌশাগী নাউশুমুংদা ইশি শিনা তুমখুন তান্দুনা মঙ মঙলিবা অইবনি। তাইবঙগা মঙগা লৈনরিবা মরি কয়াম লাপ্লবগে পুথোক্লবা হোৎনরুবদা মঙগী তোপ তোপ্পা মশক্পা তাইবঙ পুন্সিগী মথেল অমা ওইরদুনা পুন্সিবু তোংঙানবা মহাও অমা হেক হেক চেলহন্দুনা পুন্সিনা পুন্সিগী মশকপুসু থোকহল্লি। হেন্না হেন্না ময়েক লাহল্লি পুন্সি চুমথাং। লীরি লীরেন লীথুপ লাথুপ লাবোন লারোন থোক্লকই রাজেন খুমুকচম তাইবঙগী ফম্বাক্তা। তত্তুনা তম্নররিবা তাৎহৈবা তোকপৈ কুম্মৈদা মীৎ থুপ্লদুনা মীৎলি কীশি কি তাইবঙ পুন্সি অনিগী মরক্তা মীৎথুপ যুখল খন পুন্সি মীৎপাল লাং তাইবঙ তৈনা তোৎনা নাথৈরিবনি মঙ মঙ মঙদুনা। অইবগী থৱায় কৌবা চেক্লানদি পুন্সি ফৈবা উকা উফৈথক্তা ঙাইহাক মীৎকুপ লমদলদুনা তাইবঙ কাউশিংনা মতমগী তোরৈলক্তা ঙাওনা ফৈনা তাওথরিঙৈ থম্মোযদা হক্লিবা মমিশিংনা মঙলাক্লবম্বদে মঙফাওনরক্তুনা মঙনা তাইবঙবু তাইওন্ননা তম্নবকপা অহীংবা সাহিত্যগী লৈচল চনঙম্বগীদমক বাজেনগী *অথুইলুগী মঙলান* লাইরিকশিদা নোহাখোলনা চবোইবম চন্দ্রমুখি নীংশিং সাহিত্য মনা -২০১২ পীদুনা ইকাই খুম্নখি। ঙসিসু পুন্সি ঈরৈনা লৈ লৈদুনা পুবদা লৈতাদ্রবা অইবৈ পুন্সিনি। য়াম্না ঙক্লিবদি তাঞ্জাসিদা মীৎকুপশিদবু পুঙফমশিমক নাম্থোকহন্দনা মঙ মঙঙম্বসিনি। মসিমক্তনা অহানবা ৱারীমচাদা অইবনা ময়েক লানা ফোঙদোক্লিবনি "পাবনবা ইন্নফিগী মকুমদা শেংফাৎত্রবা সাবানগী মমিশিংনা মঙগুম হাগুম মশেন মবাংল ...।" অদুগা মঙ মঙদুনা মঙলাক্লকবগা মঙফাওনবা হৌনশানি। অদুনবু মঙ মঙখৈ মঙলুবগা তাইবঙদা মঙফাওনরকপদু উৎপনি "তুমতক্লবা নাতোন্দুদা ঙসিদি চন্দলগী শিরিনা তাংজফম ওইখবে। অসুক ফজরবা শুম্মাৎলবা শক্তমসিবু নহালমখৈ কদায়দা লোৎলুরিবা।" অউবা খুদিংগী ৱাহং ওইবকখি।

অসুম্না অইবনা য়াম্না হৈ শিংনা ৱারী পরিং নাইনা শৈহৌ শৈয়াই শৈরোই তান্দুনা শুম শুমদুনা পুবগা থম্মোয নাহোং খংথা থাদুনা অপাবগী উইরুম উইকুম্লুববা মীৎ খংশিং শিংহল্লি পোল্লোইদা হেক্তমক। মসিমক্তি অইবগী সোমোরসেট মৌঘামগুম্না ৱাবী খুৎলি তোপ তোপ্পী হায়বদু উৎথোকচবনি।

য়েংশি - অহানবৈ ব্বারী মচাসিদা কোলেজগী ইংলিসকী ওজা শক্তা চুদা হেনবী নোংচুপলোমগী ফিজেৎ চাকচানা ময়াই কাহল্লবী অমখক্লা থোইচৎ ব্বাংচৎননা মমারোন মচেৎ অমা ফাওবা য়াওদনা তেনব্বা মরোল তম্বীনি ছাত্রশিংদা । মৈগী চীংগুম ওম ওমদুনা চাক্লম্বদুনা পোকখাইরকপদুদদি ব্বা ব্বা লাউনা পুম্নিল নীল্লকই - "ঐখোয় তানিংদ্রে, নঙনা শন্দোক্লা তাক্লিবা ময়ামদু ...।" তশেংনমক কোলেজদা ব্বাথোক অমা হায়বদু ওইরকপদুদদি ওজাদু হৌবক্লে মঙ মঙবা - ছাত্রনা পামজবা ওজা। অসুম্না ব্বারী পরিং শৈহৌদগী শৈয়াং তানখৎলকই । অমকপা য়াওদনা থম্মোয় শেংনা মঙজবা মঙ মঙফাওনৈ নোংমদি । য়ুমফমশিদা শাগৎখিবনি অইবনা ব্বাবী পরিংশি । মসিমক্তনা ফিজেৎ চাকচা ব্বাঙাং শঙাং ঙম্না হোংদোক্ল তুং মঙফাওনরক্লগা মীৎকপ থোক্লকপৈ অনৌবা তাইবঙদা মোং হাদনা থাংলকপা থোৎলবা খোঙথাংগী মখোলনি ওজাদুগী - "আই এম প্রাউদ ওফ ইয়ু । সোরি ... ঐ নখোযগীদমক চাওথোকচৈ ।" মসিনি অইবনা খোইদাজরিবা । মসিনি অইবনা মঙজরিবা তাইবঙগী মঙলানসু । ঐখোয় তুমশি ইশি শিনা । মঙ মঙবসু হৌনশানি কবি করিগুম্বদা। মঙ মঙলবদি মঙফাওনবসু মচৎনি । তশেংনমকসু মঙলাক্লদুনা শিবদি অইবগী অকিবনি । মদুমক্লা অইবগী নুংদা পোম্লম্বা মঙ থম্মোযদা ঈশং কাদুনা মতমগী ঈনাং ওনখ্রগদবদুবু অহীংবা মঙলান ওন্দুনা ঙসিদি তাইবঙদা মচিন থিররি মঙফাওনরদুনা ।

তু ন্দনা মঙবা মঙদি মঙ নত্তে মংলাক্লবনি । তুমদবা মীবু হৌদোকপা উতোং অহোবদা ঈশিং শোকপনি । মসি তাদনবনি অহানবা ব্বাবীমচাসিগী মিংথোল পীরিবা ব্বহৈশিংশিনা ব্বারীগী ব্বারোইশিন ওইদুনা ব্বাখৈবিবা । মসিদা অইবগী ব্বারী লীবদা তাশিন খোমজীনবা মতৌদুসু উৎলি। য়াম্না নুংঙাইরিবদি ব্বাবী পবিং অসিদা মমিং শুকথোন থোনদবা করেক্তবশিংনা মনিং মখা তৌনা লেং ওক্তনা মমিং মথা অপাবশিংদা কাউহনবশিমক্তি অইবনা করেক্তর শাগৎপদা চাংযেং অমা তৌবশিনি । "ঐসু নুপানি" হায়বা অনীশুবৈ ব্বারী মচাসিদি অইবনা

ৱাখল লীশাং থারুদুনা পুক্লিংনা শেমজীন শাজীনবা মানদে; তশেংনমক ফাগি মানবা ফাগিদি নত্তবা পুন্সি তাঙ্কক অমগী থম্মোয় নীংঙাই মথং মথং জেরোক্স তৌথোকপা মাল্লি ।

মী হাৎকনি হায়বা মী পংনা মী হাত্তে । অপংবনি ঐদি হায়জবা মীবু পংই খনবদি অপংবনি। অদুগা অচুম্বা পাম্বা লান্দনবা হোৎনজববু পাংদবা অয়ম্বনি লৌজবা মীগী মশিং ঈশিং ঈচাওগুম্বনি ঙসিগী তাইবঙদা । মসিমক্তনি রাজেন্না "ঐসু নুপানি" ইরুবিবা । মঙ মঙলিবগুনি । ৱারী ময়াংদা তশেংনমক পুন্সিগী খুদি অমদৈ থবক তোক্তুনা বিস্লো থৌবিবনি । নোংমা নোংমৈ থেংনরু খুদিং ঙসি ঙসিমক মনিপুর সমাজদা থোক্লিবা থৌদোক ৱাথোকশিংনি । য়ুবী খুজাইগুম্লবা ৱাবী মচাশিনা অইবগী ৱারী ময়াং যাচল চীনবুন লাকঙম্বদু উৎপনি । অইবগী ৱাবী মচা ইবগী হৈশিংবদু লাইবিকশিগী মিংথোল পুরিবা ৱাবী মচা "অথুইলুগী মঙলান" হায়বশিদা নীংথিনা উঙমই। অরাপ্পা চীংগী শংবান্নবা মচুনা অইবগী থম্মোয় হুদুনা হুমদুনা পুঙমদে । মখোঙমক্লা চংশিন্দুনা তিংখঙ তুম্বৌশিংবু নেৎ নেত্তুনা মঙলাক্লরি । নুংশিবদি মহৌশাগী ঈফুৎনি । খুৎশেমগী কাংথোলদা হীপ্পা য়াদে । লনচীপু অথুইলু অি নগী নুংশি মঙলান মঙফাওদুনা মমিত্তা মচানুপী অনী উজরবদা তমঙমদ্রবা বীথিগী চক্রনা উংথৎপদা পাঙ্গল্ল লনচীপু তৌরাং থক্তা ওল্লে । উজাও উবেলনা উবাই শিরক্লবদা করম্বা উরিনা কেথ কেথ জগোই শাগনি মালং তাম্থাদা । করি করিগুম্বদা লোৎনা থুপ্না মালং শাহুম্লক্তা নাইতোম জগোই খুৎথেক তল্লিবা উবি উবি নত্তে থৌবিনি. থৌরিসু নত্তে ফাঁসি সগাইগী কোম্থৌরিদুনি কোম্থৌরি ।

ঙসিদি অথুইলু মঙ মঙলি ওক মচাদু সমদা পুদুনা কৈথেল তল্লিবা । লম্বীদা চিং চিংদুনা ৱাচেৎকী কাংথক থক্তুদা লনচীপুসুনি - "থবক শুবা চৎপা মচানুপী অনীদুসু ঙসিদি থবক চৎহল্লমদবনি। মমানা কৈথেল কাপ্তবদি চানবা চেঙসু ৱাল্লক্লনি মায়থোঙ মকা লামহৌবনি। লৈকাইগী পুশিল্লুবদুসু ঙসিদি ... তশেংনা অথুইলুনা কৈথেল কুম্লকপা উবদা হীদাক চাদুনা অনাবা ফরনি মঙজরম্বা লনচীপুগী মঙলান মঙফাওনরকই অথুইলুনা ৱাদি ঙাংদনা সমদৈ ওক

মচাদু লৌথোক্কুনা ওক্কোল্লোমদা চুমদ্রিং চঙখিবদুদা । অইবগী ব্রাহৈ ব্রাতা থোৎ নৌই । থোইদোক্লা মরক মরক্কী ডাইলোগনা অপাবশিংগী মীৎতা শংশং উহন্দুনা পুক্লিংনা থৈদুনা চৎপা ঙমহনদে। য়েংসি - "অদো, ইবুং, নঙবু ঐগী মপুকসে থাকপা ঙম্লগদ্রনে ?" "করিগী ঙমদনি ? নঙবু ওকপী অমদগী হেন্না চাবরনে ?" "ওই, ঐবু ওকপীগা লম্বা তৌগনো ?" "সে য়েংউ ঐগী পাম্বোম্, খুবোম ... ।"

অদুবু অইবনা অইবগী ব্রাখল্লোন ঈফোঙ ফোঙনা ফোঙদোকপা মানবা ব্রাহৈ ব্রাতাদৈ চেকশিনবা ফৈ । "অদুনা লমদমসিগী পুন্সি মহিংসি নোংমগী পাঙ্গলনা অঙম্বা শুরগা চারগা নুমিৎ তাবা নোংঙানবা ঙাইবা মরুওইবা থবক্নি ।" ঙসিদি বাজেন খুমুকচম মনিপুরী সাহিত্যদা শৈরেংগী লাইবিক মরী, ব্রারীমচাগী মরী, লমকোই ব্রারী অমা, পুন্সি ব্রারি অমা অমসুং গাইড বুক অমা ফোঙদুনা মপান নাইদ্রবা খুদোল কয়া তম্বগী মথক্তা মশাবু শক্তাকচরবা সাহিত্যগী ফিদা ফংলবা পুজাবীনি । OO

# শেলগী মমাই অনীনি -
# *লাই হরাউবা অমসুং মনিপুরী সাহিত্য*




লাইরিক্কী মমীং : লাই হরাউবা অমসুং মনিপুরী সাহিত্য
অইবা : রাজেন থুকুকচম অমসুং জে আই এস তুম্বাম

লাই হরাউববু মশক তাকপা মীওইববু শক্তাকপনি। সহিত্যবু নৈনবা হায়বসিসু কংদ্রিবা খোংবু নৈবনি। হীরম অনী অসিদা ঙসি নৈনরিবা হোৎনজরিবসিদি আরকিমিদিসনা পৃথিবীবু থাংনবা হোৎনবদা অতোপ্পা মফম অমা থীবগুম্বনি। ইশানা ইশাবু থাংজবা য়াই - করিগুম্বদসু য়াদে। ব্রাখলগী নাহোংনা পৃক্সিবু পোদুনা পোপ-পোক ফুদুনা পৃক্লিংগী নাউশুম থক্তা থম্মোয়বু থেমদুনা থম্মোয় থুমহৎপা "থা থা থাবুংতোন..." নাউশুম ঈশৈনা তাইবঙদা তাইবঙনা তম্নবিসিসু তাইবঙ মীৎমাংদনি। থোইনা অঙকপা নত্তে। পূম্নমক ব্রাখলগী অতিযাদা চুমথাংগী কুম্মৈনি। তৌবতবু তাইবঙগী তাইবঙ খোঙচত্ত। খূদা লৈতে। মসিমক্তনা মীওইবনা অমব ওইদ্রিবনি। শিনাইদবা মহাক্তুবুনি - ঈশ্বব।

অহীংবশিংগী মরক্তা শিনাইদবনা চৎলি খোঙকাপ লাউনা। তাইবঙদা থৈ থৈদুনা মানা মানা চৎনবিবা লীক্লমদুনা মা মাগী ধর্ম্মনি। মসিনা পুন্দুনা মীওইবা জাতি খাইদোক্লিবনি মান্নবা সমাজ মচা মচা ঙসিসু অপুনবগী। অসুম্না অহীংবশিংসিনা পম্বুংবু তানবদা চোকথবা কাউনবা লীক্লম পূম্বা খোঙলোই মখৈ পুনশিন্দুনা লাউনা খোংনা চোংলি ফল্লিবনি তাৎ তৌদুনা মায়াগী ফম্বাক্তা। অসুম্না অসুম্মক তাওথখি পৃক্সি কাউশিং।

লেপ্পা নাইদবা মতমগী ঈপাক্তা অসুম্না কাউশিং কয়ানা ফিজোল হোং হোংদুনা নৌরেলগী জগোযবু শাবদি মা মাগী থৌখাইবু পুবনি। থৌখাই মানা পথাং-পূথাং চথাং নাইথাং নাইবনা মৈনা ব্রাই তাংনা শম নাউহুইনা লাংদাই পাউশা

হেন্‌লোইবনে। মসিমক্তনা ঙসিগী তাইবঙদা অশিবা মচা অহীংবা কৌবনা লাইগী ওইবা লীরিরেন - " লাই হরাউবা " কৌবা থৌরমসি নীংশিংবা থোক্তুবা মৈহৌরোন্দগী হৌনা মীওইবগী তু খোংদা চূদুনা লীক্লম কাইদনা থৌখাই পূঙকোই হেল্লোইরক্লিবনি। নুংলোন পাল্লোন থুপ্নগী খূদুংবু ইল্লিবনি।

ঙসিসু হীংলিবা অশিবা মচা ঐখোয়না ঈশ্বরবু করি করিগুম্বা মতমদা মঙ্গেম হাগ্রেম্নদুনা শুক্তোক্তুনা নৎত্রগা য়াম্না শুকথনা পূক্লিংনা মীৎপান লাংশিনবা থাদোকপা ঙমদ্রবা লাই হরাউবগীসু নুংগী ওইবা মচৎনি। তাইবঙনা তাইবঙদগী নাথৈবা য়াদ্রবা লীচৎনি। খল্লুদবনা খঙদবনি। লাই হরাউবদি লোম্না ইদ্রবা ঈচেলদুনি। পূক্সিনা মসিগী কাউশিংনি। মীৎপানলাংদা মীওইবনা লাইবু হরাউ মথোই তম্বনে। নুংলোন্দদি কাউশিংগী জগোই শাবা নত্তে; ঈচেলগী ঈরৈনা হুম হুমদুনা ঈথক্কী পল্লোন কয়াবু পল্লান্দুনা ঈপাক তম্না পুবনে।

ঈশ্ববনা ঙাইহাক মীৎকৃপ পোৎথানবা শেল্লিবা মাগী লৈকোল পৃথিবীসে মহাক্কী অশেংবা শক্তম লাংহল্লিবা তাইবঙ মীওইবদা শান্নে। মহাকমক্কী শক্তি ফাওবা মীওইবদা ৱাইশিন্নদুনা মীওইবনা মালেমসিগী মমি ওইবিবনি। ঙসিদি তশেংনা তাইবঙসিগী মপু শক্লবনে তাইবঙ মীওইবনা। অসিগুম্লবা ঈশ্ববগী লংলবা মঙালগী শিয়োম্নুংসিদা খোইরি লীরি লীবিবেন নুংশাং থোক্তুনা হীবি কোন্না কোনফাবদি লাইগী লীরিনেন লীথাংবু থোকপনে। তাইবঙ থৱায়না নোঙ্গুম ঈহুন ঈতম্লেন লাংবদা লু তোংদা পক্লকপনি। মসিননি কনা কনাগুম্বনা মশানা খঙজনা নৎত্রগা খঙদনা ঈবাৎ থৌরম পুঙকোই হেল্লোইনরিবা ঙসি। অনেম্বা মালেম লাংহৈকোনসিদা মহৌশাগা শাগোন্নরক্লবা শকওংদা মীবোল কয়া কয়া চীনবুং যৈনা চীস্থাংনরক্লি - "লাই হবাউবা"।

অঙকপা ওইদ্রে মীওইবনা ঈশ্বরবু নীংজবা। ঈরাৎ থৌনি তৌজবা য়াম্নমক মচু তাবা অহীংবা লীচৎ ওইরবে হীংলিবলক্তা ঙসিসু। তশেংনমকসু কোল্লুদগী চেম্বরক্লিবা নীক নীক লাউবা সনা অহীংবা মহীনি - " লাই হবাউবা "। মসিমক্তননি পূক্সি শাগোন্নবক্লিবসে। মসিনা ঙসিগী তাইবঙদা অদুঙৈগী খোইয়ুম

লাইগী লীরিরেন লীথাংলোনবু নৌহৌননা কীশি থোক্তুনা পূন্সি খোরি লাক্তুনা পূন্সিবুসু মমল লৈহল্লিবনি। মসিনা ঈশ্বর ফংনবগী অমত্তা ঙাইরবা অহীংবা লীক্লম ওইনা ঐখোয়গী ইরক্তা হীংলি। ঙরাংগা ঙসিগা হয়েংগীদমক পাউতাক্লিবনে। তশেংনমকসু ঈশ্বরগী থোঙজীন্দগী মীওইবগী থোঙবাদা খল্লিবা চুমথাংদুনি - "লাই হবাউবা"।

অদুনা ঐখোয় খঙলে - "লাই হবাউবা"। অমুকসু ঐখোয় খঙদ্রিবনি। অসিমক্তুনা মরম ওইরগা অহোংবা কয়ানা কাউশিং ওইনা তাওথরক্লিবনি মতমগী ঈচেলদা ঙসি। ঙসি ঙসিমক য়েংশি লাই হরাউবা - লাই হরাউবা নত্তে মী হরাওবনি। মী হরাউবদি নত্তে লাই হবাউবনি - লাই হরাউবা। পূম্নমক তানবে। উবে। খঙসু খঙনবে। মীৎমাংমক্তদনি যেংলক্লিবা মশকসে। মসিমক্তদা মতম্না পূবকপা মতমগা চুন্নবা অহোংবনি। তশেংনমকসু চাউখৎপৈ মতৌনি। তৌবতবু ব্রাফমসিদা খোঙ্গ্রাই নীক্তুনা অদুম লৈবগনা করি; শক্তোক্তুনা খানা মীৎয়েংনা পনখৈ ব্রাংমা লাল্লুরগনা কবম; কবিনো অমদি মতৌ তাবি ঙসিগী মীরোলনা।

লাই ওইখ্রবা ইপা ইপুনদি লনগৈ ওইনা লীক্লম যাক্তুনা থম্বীবম্মী। উমংলাই খুম্হোক পূযানসু লাই হরাউবগী নুংগী ওইবা নুংশক, পাপগী ওইবা মশক মতৌ; হরাউবোন, থৌরম থৌদা লাইগী লীবিবেন কযা শুগাইনা তাক্লি। পুযাসিগী মতুংইন্না লাই হরাউবা হায়বসি লাইগী ওইবা লীচৎলোন কাংলোন লীরিরোন কয়ানা তাইবঙ মীওইবৈ পূন্সিদা থৌরল্লোন তৌদুনা তাকপনি। মদুগা লোযননা ইশানা ইশাবু শকখঙজদুনা অপুনবগী শক্তম শগত্তুনা মসিগী ফজবা মশক্তু উৎথোকহনবনি।

হয়ি চক্লা ইপানে। হয়া চক্লা ইমানে। পলেম পম্হৌগী তুংদাইবেন্দা লাংবা চক্কী চকশিং কোনগী অনেম্বদি মালেম লাংহৈকোনসে মপুগী নীংথিজবা লৈকোল ওইবরে। তশেংনমকসু কোরৌ থক্কী ইপাদগী খাইথরকপা হুইথরকপা অনেম্বা মালেম ইমাদা ঈতুংবা লাইগী লৈবাক লাইরম্লেন ওইরে। তু থোং, ঈবীরেল

খোং, লাইখোং, ঈচম খোং, পুম্লেন খোং খারৈ খোং , লাইরেন শাদম খোং, ঈপীরেল খোং, ঈতাইরক্লে। ঈরী ঈখোংলেন ৱাইশিন্নরে। ঈতিন্নরে ঈরেলগী য়াহিপফম ঈপাক্ত। খোংবী খোংলেন পূম্বসু ঈতুংলেন নাইবক্লে। লৈখল শুনা শাৎপা নীংথিবা মালেমগী লৈকোলবু উবদা কোরৌ খোইয়ুম লাইয়ামশিংনা অনেম্বা মালেম লাংহৈকোন্দা নোংকুম খোঙলেন ঈতমদুনা য়ায়া লাউনা লাংহৈন্না উমংলাই খুম্হোক তমএ। অসুম্না উমংলাই খূম্হোক তম্ববু লাই হরাউবগী হৌরকফম্মি হায়না উমংলাই খূম্হোক পুয়ানা ময়েক শেংনা তাক্লি হায়বসি লাইবিকসিনা ময়েক শেংনা তাক্লি।

অদুনা লাই হবাউবা হায়বসি লাইগী লীক্লাং থাবনি। নুংদা চেল্লিবা ঈচেলনা লাইগী লীবিরেন্নে। পান্দা উবিবা মতৌনা হবাউ মথোই কাবনি। মসিনা তাইবঙ পূক্লিংদা খোইবি খাউওন লাক্নুনা শিবীবগা লাইগী লীক্লমদা হীবি কোনফাবনে মাযাগী তাইবঙদসু লাই হবাউবগী লীক্লাংসিদা লীক্লু পুহাম অহুম থোক্লা মথেক নাইবম্মী।

মীৎযেং অসিদা যুমফম ওইবগা শাগৎখিবনি - " লাই হবাউবা অমসুং মণিপুবী সাহিত্য " । অসুম্না লাই হবাউবগী নুংলোন পালোন অনীবু পুথোক্নুনা অইবা মঙানা মাগী মাগী মীযেং থমদুনা খেন্নবা মচুগী তোংঙানবা তোপ তোপ্পা মশক অমা পুথোক্নুনা মসিগা মণিপুরী সহিত্যগা লৈনবিবা থানবা য়াদ্রবা মবি অদুবুসু লংলা লংজীন থোক্লবা হোৎনবা লাইবিক্লি। মণিপুরগী মহৌশাদগী চৎনবী লীচৎ কাংলোন অমা ওইনা লাই হবাউবনা লীবি লীথাং নাইনা লীশীং থাদুনা মৈহৌরোলগী নুংশক অমা ওইদুনা মণিপুবী সাহিত্যগী অতোপ্পা মাইখুম উপ্পুনা ঙসিসু হীংলি লাই হরাউবগী রিলীজিও কলচবেল অমদি রিচুএল পাফোর্মেনশিং ঐখোয়গী ইরক্তা। তশেংনমক শেলগী মমাই অনীনি - " লাই হবাউবা অমসুং মণিপুরী সাহিত্য " লাই হরাউবনা ইহান হান্না হরাউবা হৌখিবা মফমদি অৱাংবা কৌব্রু মগাই মফম্লেন্দনি । অদুঙৈ লাইনিংথৌ কৌব্রুনা মাগী লাল্লোই শিংলোই লাইয়াম থাদুনা অনেম্বা মালেম লাংহৈকোন্দা লৈবা লাইযাম পুম্বদা খোইয়ুম পাউজেল মপীখি। লাইয়াম পুম্বসু হোয়াজে । অদুনোং - লাইযাম্নসু থৌপাং

পুঙকোই হেল্লোইননবা কৌব্রুগী মগাই মফল্লেন্দা লাক্কুনা করি য়াব্রা লৈবগে মতাকপীও মহাযররে । লাইয়ামগী য়াব্রা তাবদা খোইরুম মোমোন মীৎনোক তম লাইনিংথৌ অব্রাং কৌব্রু অসুপ্পনা লাইয়াম্বু য়েংনা মহায়রকই - তারো লাইয়াম পুম্বও কোরৌ নোংলেনবা নোংজা অমদা কোরৌরেন মপুনা মপু মাগী অনেম্বা মালেম লাংহৈকোন্দা নোংকুম খোঙলেন তমখিবা লাইয়ামশিংনা খোইয়ুম থৌশিনকোন মওইনবা উমংলাই খুছোক মতমশে, লাই হবাউনা পাউশাসে মতাকপিরে লাইয়ামও । মদু নোংগী কৌব্রুগী য়াব্রারেনবু লাইয়াম্না হোয়খিব্রা ?

চকশিং কোন্দি লাংবা চকনি। লাইনিংথৌ অব্রাংবা কৌব্রু অশুপ্পনা লাল্লোই শিংলোই লাইতিন পুঙকোইরেন ওইরিবা লাইয়াম পুম্ববু থৌপাংহল্লে । লাইযাম পুম্বগী ফম্বাল লাংহল্লে । মারজীং, থাংজী, ব্রাংব্রেন, খোবিফাবা, লোইয়াবাকপা, ইকোপ নিংথৌ, শয়াং নিংথৌ, পুনমক নিংথৌ, য়াঙ্গোই নিংথৌ, পুথিবা, ওক্লরেল, থাংনরেল, খানা চাউবা চীংঙুবা লাইয়াম পুম্নমক লাইতিন পুঙকোই তিল্লে । লাইরেন নুপী হুমফুতবানীপালনা থৌগল্লে । কৌবা চীংমাই থেন্দা উমং লাই লাইয়াম্না মপুগী ফম্বালবু য়াইদা থেল মপু মাগী মিংখৈ লাউদুনা উমংলাই লাংশিং থাবক্লে । হৈরেল পাউশানরক্লে (থৌশিল থৌবেনবা তান্নরক্লে)। লাইগী লীরিরেন ঈতমএ । হৈবাং মাসু হৈপাল্লে । লৈবাং নাচোম মশেম্না মপুগী লৈচল ওইখ্রে । মপু ওইবনা কোবৌ থক্তগী মউবক্লে। লাউথরক্লে মপুনা - "তারো চীংঙুবা লাইয়াম পুম্বও - অনেম্বা মালেমগী লৈশেমকোন্দা খোইয়ুম লাই পুনশিন্দুনা হৈরাং পুন্না হৈচামিন্নবগা লৈরাং পুন্না লৈচীনমিন্নদুনা লাইগী লীরিবেল লীথাংলোনবু হোই হোই লাউনা হৌ হৌ লাউনবুসু চোং হরাউ মথোই কাবদি পোংগা সনা মহীরেল য়ুল্লেং ঈতম্নদা উমংলাই নাচোম চিলহল্লো। হৈবাং পুঙকোই ঈতমহল্লো । অসি নুংগী লীরি লীথুপ্না লীথাংলোন নাইবনা সলাই পোং মীপুল্লে । লাইতিল্লে । পামেল অমগী লৈপালগুম হৈপালমিন্নরে । পাউশাবোদা হাদা উমং লাইও ।" অসি নোংগী য়াব্রারেনগী লারোন লাথুপ অথুপ্পনা উমংলাই হবাউবা কৌব্রু ফম্বাল কোন্দা হাল্লোইখিএ । মসিদা ঐখোয়না খঙই মদুদি - চীংঙু খোইয়ুম লাইয়ামশিংনা অমত্তা ওইনা মপুগী মিংখৈ শোন্দুনা

অমত্তা ওইনা পুন্না লেপমিন্নদুনা নুংশি চান্নবা মতৌদু উৎলি। অসিগুম্বা লাই হরাউবগী মচা অসি থোং চুথাং নাইনা মীরোল কম্না লান লান্দুনা ঙসিগী মীরোলনা থৌরম্লোন অমা ওইনা থৌপাংনরি। মসিবু চকপা হরাউবা হায়না ঙসিসু খঙনরি । চকপা হরাউবদি শঙলেন্নি/তশেংনমক্তি । মসি ফম্বালদুবু কুপ্নিবা শঙলেন্দুনি। অসুম্না চকপা হরাউবনা মীলইবদা লাইগী নাচোম অমা য়াত্তুনা পীরি । 'দুগা পুন্সিগী পাদম করিনো থিন্দুনসু তাক্লি ।

অনীশুবা লাই হরাউবদি নোংমাই হবাউবনি । মালেম লৈশেমকোনগী নোংপোক নোংমাই হৌরেন চীংদা কোরৌবেন নুমিৎকুম মশোং, কারিবা চীংঙু মতিক ময়াই হেল্লোইবা লাই নোংপোক লাইয়াম পুম্বা হবাউ চেংজেল তম থৌদোক কুম্মে লাংখ্রে তাবদা নোংপোক অচিবা পাইমা পীবুক্লুং নুঙোল্লে । উমংলাই খুম্থোক তম্লগে পাইমা পীবুক্লুংদা মখলদুনা মালেমগী লাইয়াম্বু মকৌরক্লে নোংপোক অচিবা । লাংবা শক্তি লাংশিং কোননে । চীংঙুবা খোইয়ুম নোংপোক অচিবে মগাই ফম্লেন নোংপোক নোংমাই হেলোইবা চীংমাই থেলদা উমংলাই লাইতিন পুঙকোইবে । নোংমাই হবাও মথোই কাসে হোয়ানৈএ উমংলাইনা । কোরৌ মপুগী ফম্বাল লাংএ । অদু নোংদা লাইরেম্বী তরেৎনা নোংমাই লৌতাববু কবি নুংগীনো মহুংই । নোংপোক অপানবদি শারম পাখঙবনা লাইরেম্বীদা করি নুংগী লৌ য়ানবনো ইংই। লাইরেম্বীনা মহায়বকই - "ইপা লৌনি হায়বদি পুবোন মাবু হাযবনি । ইপু লৌবু তাকপদি পুথাং মাবু তাকপনি । লাইবেম্বী তরেৎনা লৌয়ান শিম্থা পাংবদি লাইরেম্বী লীথাংলোন নাইবা লীরিরোন লীতাকপনে । পন্নাউ শিংনাউ থাবদি মৈবেন ব্রাই তাংঙোই শমঙৈনে তাকপনে । চীংঙুবা ফম্বাল মৈবেনঙৈবুসু তাকপনে।" লাই পুম্বা মখৈ ফংনা হবাউ মথোই কাই । অসুম্না নোংমাই হবাউবনা মীওইবদা থৌশু মঙম তাক্কুনা মীওইবগী থৌকাং মহৈ যালহল্লি ।

অহুমশুবা লাই হরাউবদি কংলৈ কংলাদনি। লাইগী লীরিন্দো পথাং পুথাং চথাং নাইবনা কোনবা চক্তা পাখঙবা কোনফারে। খৃ: ৩৩ গী মমাংদা কংলৈপাক্কী সল্লাইগী ফম্বালকোনবু কংলৈ কংলা খোইপুঙ সলাইকোন্দা মেনশঙ শাদুনা পাখঙবা ফম্বাল ব্রাইশিন্নে । লৈস্লনা লৈমরেন ফমথোন লাংতইনৈ । হৌচেং লাংহে পাউশানে ।

পাখঙবা কোন্দি সলাই পুঙকোইরেন্দা নোংপোক খৈরেন মদাইমা লৈকোন্দা হৈরাং হৈরু হৈতল্লগা হৈথোল্লে । হৈরাং হৈরু ওইবদো মঙাং হায়নবু মীহুল্লে । হৈরাং মাগী ময়োলনা কোরৌ মাতবু মতমএ মহায়ববগী লুব্রাং হায়নবু মকৌবনে । মউ মানা চাউবা শাদম ফারক্লগা নোংচুপ খৈরেন্দবু ঙামথৈএ মহায়বগী খুমন মকৌবনে । মশা শারুং লোংএ মহায়বগী অঙোম হায়নবু মিঙ্গৌএ। খাবৈ লৌশিকোন্দা মপাল হৈবোং পানববু খাবা ঙানবা মহায়বনে । হৈপাল মহৈ মতমদুনা হৈরাং হৈথুম য়ানববু শবাং লৈশাংথেম হায়না মখঙনৈএ । সলাইগী মপুরেন্না কংলৈ কংলা পুঙময়োলদা উপাল মানা উজাও উরেপ তম্বদি সলাই মউ লীংবনে। সলাই মউদি লেঙদ্রবা কংলা মেনশঙকোন্নে ।

অসুম্না কংলৈ কংলাদা খোইয়ুম লাইরেম্বা লাইরেম্বী; শবোই লাল্লোই অমদি নমু পোং সলাই পুম্না তিল্লে । শুমখোঙ ফুবেন অহুম শুপ্না তিল্লে মহায়বগী ফুবা হায়নসু খঙনৈ । ফু অহুম পুন্দুনা হরাউ মথোই কাবদি কংলাদনি হাযনা উমংলাই খুম্হোক পুযানা মীওইবদা ময়েক শেংনা পীদুনা তাক্লি। মরম অসিদগীনি লাই হরাউবা অমসুং মনিপুবী সাহিত্য হায়বা ব্রাফমসি ঙসি থোক্লিবনি । অনী অসিদি অমনা স্বর্গগী ওইবা মচৎনি অদুগা অমনা মালেমগী ওইবা লীচৎনি । অনীসিবু নৈনবা তবাইবা নত্তে । মঙগুম্বনি। মরা তাখ্রবা হিমালায়গুম্বা চীংজাও অনীবু খুৎ নাম্মা নাম্মনা তাপ তাপ হেক ফুক্কুনা মফম অমত্তদা পোপ লাউনা হেক খিন্দুনা শিদ হীদাক হেকপা ঙম্বা মতমগী হনুমান্দু ঙসিগী তাইবঙদা অতাংবনি । চুম্না চীংদোল অমদৈ চীংদোল অমদা মাংলবনা হুম্লক্লিবা অইংবা লৈনম্না হুম্লকপদা নুঙোল্লা থম্মোয়দা ফাওরকপা ঈথিলনা অনীসিগী মবক্তা চেল্লিবা ঈচেলসিগী লংলা লংজীল খবদং থোকপা ঙম্লগদি ঙসিগী নৈনরিবসিগী মহৈ য়াল্লে খনজরিবনি । ব্রাফমসিনা মাঙদা থমদুনা লাইরীকশি শাগৎখিবনি ।

মসিমক্তনা লাইরিক অসিনা লাই হবাউবগী হবাউরোন নুংলোন পাল্লোন অনীবু মচা তানা খাইদোক্কুনা নৈনৈ । লাই হরাউবনা ঙসিগী তাইবঙদা মতম অমগী লাইগী লীক্লমদা তাহৌবা লাইগী খুয়া থম্বাল উফুলদু খুন্দুনা খুদুং ইল্লিবনি মীওইবনা হীংলি হাযনা উত্তুনা থৌখাই থৌদাং পাংদুনা । তশেংনমকসু লাইরিক

অসিদা লাই হরাউবনা মতমগী ঈচেলদা হোংলক্লিবাবু হুম হুমদুনা পুরিবা। ঈরৈনা লৈ লৈদুনা পুদুনা থুংলু থুংলু পম্বুং কয়াগী পনখাং কয়াবু পল্লোন্দনা ঈপাক তন্নকপনা ঙসিদি লাই হরাউবোন নুংলোন নুংশক অহুমগী শকওং পুক্নিং হীরি কোন্দুনা অইবশিংনা অমত্তা ওইনা হোৎনবনি। মথং অমুক অইবা অনী ব্রাহেংবম লুখোই সিংহ অমসুং ইবাবোৎ নিংথৌজানা ঙসিগী মনিপুবদা লাই হরাউবগী হৌজীক হৌজীক চৎনরিবা মশক অমসুং লাই হরাউবদা মাইবা মাইবগী শাগোন্নরকপা থৌ কয়াবু মমুৎ তানা মচা খাইনবা হোৎনবি। লাই হরাউবা ঙসিসু লাই থাজবলক্তা নত্রগা থাজদবলক্তা ইশা ইশানা য়াজনা থল্লোয নীংঙাই থেমদুনা নৎত্রগা থোইনা পুক্নিং থিংজীল্লুদনা ফোঙনা নত্রগা লোৎনা মীওইবৈ পুন্সিদা থানবা য়াদ্রবা পুন্সি থৌ ওইনা থৌখাই পাং পাংদুনা নীংশিংবা থোক্ত্র মতমদৈ ঙসিফাওবা শাগোন্নরক্লিবসিমক্তি হয়েংগী মীরোলগীদমক্তনি। তরু তরুবা চীংজুম লাইজৈ ঈহৌফমদৈ ঙাওনা ফৈনা চেন্না চোংনা কোইঙাও ঙাওজবম্বা কাউশিংনা মতমগী উফুল থাং থাংদুনা খোঙথাং লুমথবক্লগা ঈনাং থাং ঈশং পক্কুনা পৎ পুমদুনা ঈরোন্নুং তমলক্লগা লৈখা তাখিবা থোইনা অঙকপা নত্তে মীৎমাংদনি। অদুনা ঙসিদি অদুঙৈ কোরৌগী চীংঙু খোইয়ুম লাইয়ামশিংনা মালেমগী লাইযাম্লক্তা হীবি কোনফাবীবম্বা লীরিবেন নুংশাং থোক্কুনা মালেমগী লাইয়াম্না লাইতাইনবা পোৎদা ব্রাইশিন্নবম্বদুনা সলাই চাদা নাউদাদুনা ঙসিগী মীবোলনা অমনা অমদা হংনিংবা পোক্লক্লিবনি ময়া কাখৎ কাখত্তুনা মমীৎ লাউথোক লাউথোক্লা মনা ফন্দোক্কুনা কবেম করেম্নদুনা মী হরাউববা-লাই হবাউববা-লাই হরাউবা।

মাসমক্তনা অইবা ব্রাহেংবম লুখোইনা মহাক্কী ব্রারেং-"ঙসিগী মণিপুবদা - লাই হবাউবা" অহীংবা ময়েক ওইনা ফন ফন চোংথোবক্লিবনি অপাবশিংগী মীৎশুম্মাংদা। তশেংনমক অইবৈ থম্মোয়দা লাই হরাউবৈ নুংগী লীচৎ অসুম অসুম থৈ থৈদুনা লাকপনা মতম মতমগী ফিজোল হোং হোংদুনা মতম অমদদি তোঙানবা শকওং শক্তম অমগী লাংওন অমদা শাইওন ওনখ্রগদ্রা মীপাইজৈ- "...মাংলমচৎ হায়বদি মতম খবগী মমাংদদি লাই হবাউবসি হৌবা লোইবা

নোংমগী লাই শান্নবা অসি মফম মতম হেনখিনি শোইখিগনি হায়না য়াম্না লুনা তৌনরম্মী। অদুবু হৌজিক্কী মতম অসিদা তৌবিবা অসিগদি খেন্নবদি অদুম লৈরে...” অসুম্না ঙসিদি লাই হরাউরোন নুংলেল নুংশক হক্রা ইপা ইপুনা থম্বীরম্বা লীবেনবু লীক্লম কাইদনা থম্বা মথৌ তাই হায়বা মীৎয়েংদুনি অইবনা থল্লিবা।

তশেংনমক্তি লাই হবাউবনা মালেম লৈশেম্লোন লীথাং লীরেন থোকপনি। মসিগী নুংগী ওইবা ব্রাহম্ফোক য়াম্না কুপখ্রে। মীওইবৈ পুন্সিদি থব্রায়গা হকচাংগা থান্নবা যাদবমক্লি। লৈশেম্লোন খঙদনা তুংশেম্লোন খঙদনা তুশেম্লোন শেমঙমদবনা ঙসিসু লাই হবাউবনা ঐখোয়গী ইবক্তা হীংলিবনি। লৈশেম্লোন্দা পবিং লীশাং হুল্লগা শেমখিবনা ঙসিসু লাই হবাউবদা মাইবীনা চোং মবী য়ুংলগা নুপা-মবীনা পাইবগা ফি খল্লগা শান্নবিবনি। মালেম্বু শেম্বা লোইবগা পাফল লীরৌনা ফাজীন পুনশিল্লি হাযবসিসু মীওইবনা য়ুমজাও পাফল লাইবেন মথেক চত্তুনা তাক্লি হাযনা অইবা লুখোইনা মাগী ব্রাবেংশিদা মযেক লানা পল্লি।

অঙনবা মতমগী লাই হবাউবদা থৌ পুগদবা ফম্নাইবশিং হাযবদি (১) লাই শেল্লুংবা, (২) শিংলোই হঞ্জবা, (৩) লাবোই হঞ্জবা, অমসুং (৪) লৈবোই হঞ্জবা লৈবম্মী। লাই শেল্লুংবনা পন্দিৎ লোইশংদা চৎলগা নুমিৎ থবান অফবা পন্দিৎশিংদা যেংহল্লগা বার্তোন থাই। অদুগা হবাউবিঙৈগী হৈথা লাথানচীংবগী থৌশু পুই। শিংলোই হঞ্জবনা হবাউরিঙৈগী মাইবা, পেনা, মাইবীগী চেং-চাক, যেনশাং-নাপ্পী অমদি শিং-যেন যুমথোং যুমথোংগী থৌখাই পুহল্লি। লাবোই হঞ্জবনা নোংমগী লাই হবাউবদা চংগদবা লা মখৈ পুখৎহল্লি। লৈবোই হঞ্জবনা পাখঙ লৈশাশিংদা নোংমগী লাইগী চংগদবা লৈ মখৈ থিহন্দুনা থৌখাই পুহল্লি। অসুম্না অইবগী ব্রাবেং অসিগী অহানবা শকক্তা লাই হবাউবগী থৌখাই পুবগী চৎনবী কাংলোন যাৎনা লাই হরাউবনা লীথাং নাইববু ফোঙদোকই।

মথংদা অইবনা লাই হবাউবগী লীরেনবু থৌরম্লোন অমা ওইনা লীহৌ লীয়াই লীবোই নাইবা লীচৎলোনবু অয়া য়াদা মথং মনাউ তাক্লবা হোৎনৈ-“লাই

ইকৌদুনা লাই হরাউবসু য়াদে। ইকৌবা নুমিত্তা হোই লাউদুনা লাইবৌলা থাবগা হোইরৌ হয়া লাওদুনা হকচাং শারগা অঙাং পোকপগী থৌরম পাঙথোকপা য়াদে। হৈকৎ-লৈকৎ শরেন্নচিংবা কৎল্লদি য়াই। মসি নুংগী ওইবা অকাইবা লৈ। মাংলমচৎতগী হৌনা চৎনরক্তে। য়াবা য়াদবসি মসিদগী অদুম হৌরে..." অসুম্না লাই হরাউবগী লাইহৌদগী লাইরোই তাল্লকপদা কানবা য়াদবা থৌবমশিংনা তপ্না তপ্না মরি মরি শম্নদুনা পরেং লেংলগা শেম্লিবা অচৌবা মপুম ওইবা থৌরম অমবু অপীকপা ৱারেং অসিদা শুপচীন্না ফোঙদোকপা ঙম্বসিমক্তি অইবা লুখোইগী থোইদোকপা খুৎই অমনি হায়দবা ঙম্লোই।

লাইবিকসিগী অনীশুবা ৱারেং - "লাই হরাউবদা মাইবা মাইবীগী শাগোন্নবকপা থৌ" হায়বসিদা অইবা ইৱাবোৎ নিংথৌজানা হবাওবোন থৌখাই পুবিবা অমাইবা অমাইবীশিংগীতা ওইবা পোকপদগী যাওবকপা থৌশুদু তাক্লবা হোৎনবনি। লাই হবাউবগী থৌ কনাগুম্বা মীচম্না হেক্তমক পাংথোকপা যাদে অমাইবা অমাইবী নৎত্রগা পেন্না শকপা নত্তনা। মসিগীনি ঙসিগী ৱাবেংশিনা যাম্নমক মরু ওইবক্লিবা।

লাই হবাউবা মী হবাউবদি নত্তে। তশেংনমক লাই হবাউবনি। লাইবু হরাউহনবনিনা লাইবু খঙবা, মতম চুপ্পে লাইগা থাগোন্নদুনা লৈঙম্বা লাইবোন তিল্লোন খঙবা হায়বদি যাম্নমক লাইগা শাগোন্নবা য়াবা পোকপদৈ যাওবকপা পীথোবকপা গুন চেনবা তোপ তোপ্পা মী মবক্তা অখন্নবা মীওই অমাইবা অমাইবীশিংতনা মরুওইনা লাইগী থৌশু থৌবেনবু থৌপাংদুনা লাকই। মসিনা মবম ওইবগা অসিগুম্বা লাইগা হকথেংনবা থৌগল্লোইশিং অসিবু তবাইনা লৌবা হেক হেক যাবক্লিবনি। তশেংবমকসু কনাগুম্বা ইচম চম্বা নত্রগসু লাইবিক লাইশু যাম্না হৈথোই শিংথোইববা অমনা লাইগী অসিগুম্লবা থৌ হেক্তমক পাংনবগী অয়াবা ঈশ্বরনা পীদে। মতাং অসিদনি ঈশ্বরনা ঈশ্বর লৈ হায়দুনা মীৎমাংদা ফন ফন লাওনা হেক্তা চোংথোরক্লিবা। মসিমক্লনি লাইগী থৌগল্লোই মখোয়না সমাজ মরক্তা কোব অমা খাদুনা ঈতোপ তোপ্পা মঙান নাইনা মখোযনা মখোয়গী খোঙদাফম অমা মালেমসিদা কল্লিবা।

মতৌ অসুম্না লাই হরাউবদা হৌবদগী লোইবা ফাওবদা লাইগা হকথেংননা পাউশানা নাউহুই থেমঙন্বনি মশা মশানসু খনজবা অতৈনসু লৌজবা অমাইবশিং অসি তরাই তরাইনা তম্লুদুনা খঙলুদুনা ফংলকপা লৌশিং গ্যান্না মপুঙ ইফা ফাঙমদবগুম তৌই। মসিমক্তননি করিগুম্বা ফোঙঙম উঙমদবা অমা লৈতে হায়ঙমদ্রিবসে। তশেংনা মখোয়দা ঈশ্বরনা শাদোংবা ঙম্বা পোকপদগী লোইনরকপা লৈতেং অমা চংই। মসিমক্তননি মখোয়না ঐখোয়দগী তোপ তোপ্লিবা। মসিমক্তননি মাইবী চংবা হায়বা ব্রাহ্মেসি থাজবা থাজদবনা তোপ্না তামখ্রসু লোৎনবু ওইরে ফোঙনবু ওইরে ঙসিগী মণিপুর সমাজদা ঈখঙ খঙনরিবা। অমাইবগী থৌশুদা থৌপাংলোই ওইরিবী অমাইবীশিং অসি ঈচম চম্না কনাগুম্বী অমনা পামই হায়দুনা তম্লুদুনা ওইঙমদে। মরমদি ঐখোয়না লাইগী লাইপাও অফ ফত্তদু মীওই ঐখোয়দা পী। লাইনা লাইগী শাদোং ওইবিবশিংদতা অশেংবা লাইফাওদু পী হাযবসি তাইবঙগী নুংদা চুখ্রবা দাকফম্নি।

তশেংনমকসু মাইবীশিং অসি লাইগী কবিগুম্বা খঙঙম উঙমদ্রবা শক্তম অমগা শাগোন্নবক্তুনা মালেমদা পোক্লকপনি। মসিমক্তনা মখোয়বু পামজদবা কয়ানা ফাথনবা হোৎনবদা অচৌবা লানফম অমা মাইয়োক্লরিবা পুম্নমক্না উনরিবনি। মসিমক্লনি অইবা ইরাবোৎনা মাগী ব্রাবেংসিদা ইবিবা-"খোইযুম লাই মপু শিদবা উমংলাই ফম্বালদা ফমদেংলিবা ইবুংঙো ইবেম্মা অনীগী ফম্বাল্লোন অকোইবা ঙাক শেন্দুনা লৈবা লাইযাম্লু শবোই কৌই। অসি নোংগী ব্রাবু লৈবনা উমংলাই থোঙ হাংনিংবা মতমদা হাংদুনা থৌবম তৌফদবনে। উংলাই অমগী ফম্বালকোন্দা লৈবা নুংলোন অমসুং পান্দা থৌখাইবা লাই মাপন অমসুং তবেৎ লৈ। মখোযবু লাইবুংথৌ মপন হাযবনে। তরেৎনা লাই নুরাবীনে। লাইবুংথৌ ৯ না লাইদা মমি তম্লগা সলাই মাপন হাযবনে। তবেৎতি পোংনে। অদুগা মাপন্না লাইনে। শরোইনা মপুগী ময়াথংলেন ইনদুনা লাই হরাউবদা থৌপাংএ। অদু নোংগী শবোই খাংবনে। শরোইদি লাইনে। লালোইদি পোংনে। অসুম্না অমাইবশিংনা লাইবু হকথেংননা হৌদোকই। লাইবুসু শুমজীল্লি। অদুগা মাইবীশিংনা জগোই খুৎথেক হুমফুমবীগী শাথেক্তা লাই হরাউবগী নুংলোনবু পাল্লোন্দা পুথোক্তুনা

অউবশিংগী মীশুম্মাংদা থেন্দুনা থম্বনি। মসিমক্তনি অইবা ইরাবোৎনা ফোঙদোক্লিবা-"লাই হৱাউবনা হৌখ্রবা মাঙখিবা য়ানা লৈবা নীংশিংদুনা থৌরম ওইনা হরাউবদা মরু ওইনা উহনবা অমসুং ফোঙদোকপা ঙম্লিবদি জগোইনি। জগোই খুৎথেক্লা হরাউবা হৌরকখিবগী করিগীদমক উমংলাই হবাউবিবনো, হরাউবনা কদাই ফাওবা পীবগে হায়বদু জগোইনসু ইরাই লায়না ফোঙদোক্নুনা থবক অদুগী থৌরম্বু ময়েক শেংনা পীরি।"

তশেংনমক লাই হবাউবদা চংদ্রবা য়াদ্রবা-"লাইফি শেৎপদগী হৌবগা-ইকৌবা, লাইপৌলা, জগোই খুৎথেক ৬৪, হোইরৌ হোয়া, অনোইরোন, মীকোন থাগোন, হীজিং হিরাও, ঔগ্রী হঙ্গেন, লাইবেন মথেক, পাতোন, শাবা লমথোক-কোইনা লময়েংবা, তাংখুল নুরাবী, শাবোই খাংবা, শবেন চনবা অসিনচিংবা অমাইবা অমাইবীশিংগী শাগোন্নবকপা থৌশুনা ঙসিসু ঐখোযগী ঈবক্তা লাই হবাউবনা থীংদুনা লৈরিবনি। অসিগুম্বা মখোযগী থৌ ময়ামশিং অসি মচা তানা অইবা ইবাবোৎনা ইদুনা থম্বীবম্বা অসিমক্তি মপান নাইদ্রবা লন অমনি ঙসিগী মীবোনদা।

মথংদা "লাই হবাউবা অমসুং মণিপুবী সাহিত্য" হায়বা লাইবিক অসিগী অহুমশুবা তাংকক্তা-কুঞ্জো নিংঙোম্বগী ত্রেডিশনেল মণিপুবী থিযেটবগী হৌবকফম লাই হবাউবা, মবীশুবদা-লনচেনবা মীতৈগী- "মণিপুবী শৈবেংদা তাবা লাই হবাউবগী মমি", অমসুং অরোইবদা-একাশিনিগী "লাই হরাউবদা পাঙথোক্লিবা লাইনীং-লাইশোলগী থৌবমশিংনা অবিবা মণিপুবী সাহিত্যদা পীবা ঈথিল" ৱারেংশিং অসিনা থোইদোক হেন্দোক্লা ঙসিদি ময়েক লানা ফোঙদোক্লি মদুদি-লাই হরাউবগী মমাং থংবা শকমাইনি-মণিপুবী সাহিত্য।

কবিনোম্মা তৌরিসি কবিনোম্মা লৈবদগীনি। অমা লৈবম্বনা অনী লৈবিবনি। বীন্দু লৈবমদ্রগদি পনখৈ নাইদ্রবা লৈইসু লৈরম্লোই। পীক্লবা মৈবীক্লা হংঙা হংঙা খুৎজুপ চুপ শন শা কাফৈ কাফৈ চৎলম্বদৈ নোংথাং খোলদা খোম্থাং নাইনা দং দং থাংলকপা খোঙথাংনা মাইকৈ শলাই খঙদনা চেন চোংলকপা চীঙজাও খোন্না চাকপা লম্মৈগী মৈবী তাইবঙ মীৎমাংদনি। মৈশাসু মৈৱাইনহল্লিবনি।

অদুগা অমরোমদা মীচিক মীরাওখোল তাদ্রবা শুক্ল লোক্লুংগী হরী খোঞ্জেলবুসু কিজবা চীংজুম লাইজনা লোৎনা তুমিন নাশোন পীক্লা ঈচেল নাইরক্লগা ঈশাক তন্নকপা তাইবঙ খোঙচৎনি। তাইবঙ থব্রায়বুসু খোল্লাং নাউথেম্বনি। তশেংনমক উনানা খুৎথেক শাথেক থেক্লিসিসু মালংনা তাম্বা নাইবননি। মৈ হৌরদি মৈহৌফম লৈবনি। ঈহৌফম লৈবনা ঈতিনফম নাইবনি। মণিপুরী সমাজনা শকওং, শাদম চুম্না য়াংলেন পরিং থা খোঙ তোন নাইনা উরা হুমদাং পৈয়া পরে লোন তোপ তোপ্না মালেমদা মঙাল নাইরিবসিগী শাহৌফম মরু অমা লৈ। লাই হরাউবনি।

কৌব্রু লেমফুন্দা মরু ইহুনবা নোংমাই থেন্দা লৈশাৎ তম্বা কংলৈ খোইপুঙলেন্দা মহে থরাক য়াম্বুবা লাই হরাউবনা লাইগী লারৈ লারোন লাথুপ তথুপ্পবু নুংলোন পরে কীশি থোক্লা খোইরি লীরি লীরেন লাক্লা নমু পোং সলাই চাবু হীবি কোন্না কোনফাবনে। মসিমক্তনা মণিপুর সমাজনা মরোমদোম নিংথৌ পানবা লৈবাক অমা ওইদুনা মতম অমদা বৃটিশপু মাইযোক য়াখিবনি।

ঙসিদি মীওইবা মবক্তা কনা কনাগুম্বদি অদুঙৈ ইপা ইপুনা য়াৎপীবম্বা লীক্লম মতমগা চাশিন চুশিন্নবা য়াদ্রবা কান্নদবনি খন্দুনা থাপ্লা তাম্না নাথৈদুনা থৈ থৈদুনা চৎপনা সমাজদা মান্নদবা মচৎকী খেন্নবা লীচৎলোন কয়া কয়া মরু হুনখিদুনা মপান শা মহে কাংদোং ফাবে। মরম অসিদগীনি নোংচুপ হারম খোর্জে লুপ, নোহাখোলনা-“লাই হরাউবা অমসুং মণিপুরী সাহিত্য” হায়বা লাইবিকসি পুথোক্লিবা। খোমজীনবা লাইরিকসিগী অহুমশুবা অইবা কুঞ্জো নীংঙোম্বনা- “ট্রেদিশনেল মণিপুরী থিয়েটবগী হৌরকফম লাই হরাউবা” হায়বা ইরিবসিসু মরম অসিদগীনি। অইবগী মীৎয়েংদি মণিপুবী থিয়েটবনি। কাউশিংগী জগোই ঈয়াইথক্তা শাবগুম মণিপুরী থিয়েটবদি মসিগী কলচবদা যুমফম ওইদুনা শাগৎখিবনি। অদুনা অইবনা ইবি-“লাইগা মীগা শন্নবিঙৈ মতমদগী হৌরগা ঙসি ফাওবা চথবক্লিবা মণিপুরী হায়বা জাতি অসিগী কলচর যেংলুবগা মণিপুরিশিংগী মরু ওইনা চীংমী তম্মী জাতি অনীশিগী অপুনবা কলচব অমা শাগৎখিবনি হায়বসি পুম্নমক্লা যান্নরবা ব্রাফম অমনি। মণিপুরী কলচবদা যুমফম ওইরগা মণিপুবী থিয়েটবগী হৌরকফম থিবা হাযবসি মশানা তাজবা ব্রাফম

অমনি।” লাই হরাউবসি অরিবা মতমদদি শুপ্নতগী অমাইবা অমাইবীশিংতগী মপুং ওইবা লাইগী থৌরম থৌদা লীক্লম পরিং হুনবা থৌ অমা ওইরম্মী। হোংলক্লিবা মতমগী মতুংইন্না লাইরেম্বা লাইরেম্বী হরাউনবা লাইরোন তিল্লোনগা ঈবোইননা জগোই ঈশৈ শাগোন্নরকপদা মীসু তুং ইন্দুনা য়াওশিল্লকই। মমৈথংদদি মখল মথেল কয়াগী থৌরম কযা হাপচিন্দুনা লাইশু মীসু নুংঙাইনবা অপুনবা অহোংবা য়ান্নবা চৎনা লোনচৎ অমা পোক্লকই। অসুম্না থিয়েটবগী মচৎ অমা থোরকখি।

তশেংনমক লাই হবাওবগী লীচৎ ওইবা কাব্রং তীন্না তোংঙানবা শকওং অমা ওনখ্রবদা শাদোং ওইবম্বা মাগী অমনবা কুরাংবান মহুম্না মুগাগী লং নাইদুনা নিংথিববা মশক নাইবা থিয়েটরগী তোংঙানবা মওংগী অহীংবা কলা অমা ওইবি হাযবা অইবা কুঞ্জো নীংঙোম্বনা মযেক লানা মানা মাগী খুৎই খুৎলাম্থোকসিদা পুন্দুনা লৈরম্বা থিযেটবগী লংলা লংজীন কীশি অমদি থোক্লবনি।

হবাউবোনগী নুংলোন্না পল্লোন্দা পীবিবা লীক্লমদি মৈহৌবোন্দা লাইযাম্না নমু পোং সলাইদা লাংদাই পাউশাদুনা হীবিরোন নুংলোন শিংকাপ নাউহুই থাবনি। নাউহুইননা লংদাই পাউশাবনি। পাউবী লীরেন থোকপনি। পাউশাবোন অদুমক ঙসিগী থিযেটবগী ডাইলোক্কী হৌবকফম্নি। অবিবা মতমগী লাই হবাউবদা খুদম ওইনা পাতোন চৎপা নত্রগা ঔগ্রী হঙ্গৈন্নচিংবদা ঙাংনা শক্লবিবা পুম্বা অৱাই অখুমগা নক্লবা ডাইলোক্কী মশক ঙাক্তনি। অথেংবা মতমগী লাই হবাউবদা হাপচিল্লকখিবা মথেল হাযবদি চুবাচান্দ মহাবাজগী মতমদগী মীযামগী নুংঙাইনবনি হায়দুনা হাপচিনখিবা তাংখুল নুবাবীগী থৌবম মণিপুরী থিযেটবগী শাহৌফমনি। মসিমক্তনা অইবনা মযেক শেংনা ফোঙদোক্লি-“লাই হবাউবদা থোক্লিবা পুম্নমক পাবফোবমব ঙাক্তনি। পবফোরমরশিং অদুনা এক্তব এক্ট্রেষ্ট ওইনা থোক্তনা লীলা শান্নবনি। পাবফোবমবশিং অদুনা উৎলিবা শাজৎ-শাথেক অমসুং ঈশৈশিং অমদি যন্ত্রশিং থিযেটব অমগী মচাক ঙাক্তনি। মবম অসিদগী স্কোলারশিংনা লাই হরাউবা হায়বসি মণিপুবী ট্রেডিসনেল থিযেটরগী হৌরকফম্নি হায়না লৌনরে।” অসুম্না মণিপুবী থিয়েটরগী মরুদি লাই হরাউবনি হাযবসি হেন্না মযেক শেংহল্লে নৌহৌননা অইবা কুঞ্জো নীংঙোম্বনা।

মথংদা-"লাই হবাউবা অমসুং মণিপুরী সাহিত্য" হায়বা লাইরিকসিগী মবীশুবা অইবা লনচেনবা মীতৈগী মীৎয়েংনা শৈরেংনি। চুম্না শৈবেং কবিনো নৈনবা নত্তে। মণিপুরী শৈবেংনা উচন চানা তোপ তোপ্পা লাই হরাউরোন নুংলোন্দা ইরিবোন ইচেল নাই ঈহুন তমলম্বা নুংশক অদু পুথোরকপনি। মীওইবনা খঙঙমদবা কযাগী মবক্তা অমা হায়রগদি মদু শৈবেংনি। শৈরেংদি শৈরেংনি। মবমদি শৈরেং ওইনা শাহৌরকপনিনা শৈবেং ওইনা অদুম লৈহৌগনি। মসিমক্তননি কবীদি মীৎতাংবনি মীৎতাংবা। অদুগা য়াম্না নুংঙাইবিবা অমনা মীৎতাংবনা সংসাবসিবুসু অমুক মমীৎ লাউনা পাঙথোক্তুনা উঙল্লিবা নুংগী ফজবা মফজদুনি শৈবেংগী নুংশক। মসিমক্তনা শৈবেং কবিনো ঙসিফাওবা কনানসু খঙঙম উঙমদ্রিবনি।

অসুম্না শৈবেং করিনো খঙনা লনচেনবা মীতৈনা মাগী ৱারেং-"মণিপুবী শৈরেংদা তাবা লাই হবাউবগী মমি" হাযবসিদা ঙসিগী মীবোলদা মণিপুরী শৈবেংনা মপোপ কাইদনা কাংখিন চানা শারেপ মঙম তানবদা হবাউবোন লীবি তেঙ্গাদা নুংলোন তেন্না তেন্দোং না লীবেন কীশি থোক্লবা হোৎনবনি। অইবনা অহানবদা লাই হবাউবা কবিনো তাক্লবা হোৎনৈ। অদুগা লাই হরাউবগী মণিপুবী শৈবেংদা তাবা মমি অমসুং অনীশিগী মবি তৎনা থানবা য়াদবদু পুথোক্লবা হোৎনৈ। মসিমক্তনা অইবনা ফোঙদোক্লি-"শম্না হাযববদা অঙনবা মতমদা লৈবম্বা মণিপুরী শৈবেং কয়া লাইবোন ওইনা শীজিন্নবনা লাই হরাউবদগী মখোযশিংদু লৌথোকখ্রবদি লাই হবাউবা হাযবা থৌবমসিমক মপুং ফাদবা ওইগনি। অমনা লাই হবাউবদা যাওবা অমদি শক্ল শোননবা শৈবেং কযা অঙনবা মতমগী মণিপুবী শৈরেংদগী লৌথোকখ্রবসু অঙনবা মতমগী মণিপুবী শৈবেংগী মশক লেপ্পা ঙল্লোই। "লাই হবাউবগী লাইফি শেৎপদগী হৌবগা লাইবোই ফাওবদা চৎথবকপা পবিংদা যাওরিবা ঈশৈ অমসুং শৈথারোনশিংসি অমমমতা ওইনা শৈবেং ওইনা নৈনবা অসি অইবগী থোইদোক হেন্দোকপা খুৎই খুৎফোঙদোক ওইনা লৈহৌরগনি। তোঙান তোঙানবা পন্দিট-ওজা কয়াগী লাই য়াকৈবগী মান্নদবা শৈথাবোন কয়া অইবনা নৈনরি। অমত্তং লৌখত্তুনা

য়েংশি-

চীংঙু খোইমোম লাইনিংথৌ

ঈনুং ঙাল্লে য়াওল্লো

হাওবৈ নোংপোক পাংবদা

সনা চীংদোম পোক্তগী

মশেক মঙাল লোয়ননা

মঙাং গুরু চাকৱাযরে

কোবৌ নোংদোন ঙাল্লক্লে। (নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্রগী মবোল)

য়াকাইবোল অসিমক নীংথিববা শৈবেংগী ছন্দা-মাত্রা ৱাৎত্রবা শরুক অমনি। মসিদা শিল্লেবল তবেৎ তরেৎ পবেং খুদিংগী লৈ। ফজবা ইমেজবী অমসু মীৎমাংদা শংশং উহল্লি। মসিমক অবিবা মণিপুরী সাহিত্যগী লৈচলনি। অইবনা মযাই ওইবা অমসুং অনৌবা শৈবেংগী লৈচল কয়া পুথোক্তুনা নৈনবি। অসুম্না মণিপুবী শৈরেংদা লাই হবাউবগী মমি তাবিবা কয়াবু মচা তানা থিন্দুনা তাকঙন্বা অসিমক্তি অইবগী লেংদনা লৈহৌবগদবা খুদোল অমনি। মসিমক্না মণিপুবী শৈবেংগী ঈহৌ শাগৎপদা অনৌবা মাইওন অমা লাক্লবগী লীক্লম অমদি যাৎলবনি।

অবোইবদা -"লাই হবাউবা অমসুং মণিপুবী সাহিত্য" হায়বা লাইবিকসিগী মঙাশুবা অইবী ডো: একাসিনি দেবীগী-"লাই হবাউবদা পাঙথোক্লিবা লাইনিং লাই॑োলগী থৌবমশিংনা অবিবা মণিপুবী সাহিত্যদা পীবা ইথিন" হায়বসিদা লাই হবাউবগী চৎনা কাংলোন্না মণিপুবী সাহিত্যদা কদাই ফাওবা শাফু পীঙম্বগে হায়বদু নৈনবি। লাই হবাউবগী ল্যইহৌদগী লাইবোই তাল্লকপদা পাঙথোক্লিবা থৌরম থৌদা কযানা মতম মতমদুগী মীবোলগী থম্মোযদা দং দং হকথেংননা য়ৈ।

মদুগী চৈফুদুনা থম্মোযদা তাম্থা তান্না মীওইবনা সাহিত্যগী লৈচল শেম্লকই। খুদম ওইনা অইবীনা তাংখুল নুরাবীগী অৱাই অখুম্না মণিপুবী সাহিত্যদা পীবিবা

শাফুদু নৈনরি-"তাংখুল: হা ইবেন্মা, চিংশোম খুনুদি লমলৈমা লমগী খুনুদি থারিকপী... নুরাবী: ইশাবী মাঙ্গা পান্মুবা / লোইয়ুমগী মপাউ মক্তবু ঙাইবদি..." অসুম্না সাহিত্যগী মচল ওইনা অৱায় অখুমগী ধরন শৈলী অমা লাকপসি লাই হবাউবগী পাঙথোক্লবা থৌরম অসিনা ময়েক শেংহল্লি। শাফু অমসু পীবনি। অসুম্না অনোইবোল ঔগ্রীনচিংবা লাই হরাউবগী থৌরম কয়ানা মণিপুরী সাহিত্যদা অকন্বা শাফু পী হাযবা অইবী একাসিনিগী খুৎলাম্থোক অসিনা লাই হবাউবা অমসুং মণিপুবী সাহিত্য অনীবু অহীংবা লংলা অমনা চেৎনা কীশিল্লবনি।

তশেংনমক, লাই হরাউবনা লাই হবাউবনি। মণিপুবী সাহিত্যনা সাহিত্যনি। অদুবু-ঙসিদি- নোহাখোননা- "লাই হরাউবা অমসুং মণিপুবী সাহিত্য" ফোঙলবগী তুংশিদদি লাই হবাউবা অমসুং মণিপুবী সাহিত্য শেনগী মমাই অনীনি। অমনা অমগী ঈহৌবকফমনি। মণিপুব সাহিত্য চাউখৎপা হায়বসি মণিপুর সমাজ চাউখৎপগী মমিনি। মবমদি সাহিত্যদি সমাজগী মিংশেননি। লাই হরাউরোনগী খোইপুঙলেন কংলৈ কংলা মঙাল নাইববতদা মণিপুবী সাহিত্যসু অনৌবা য়াওলদা শক্কনি। মসিমক্লি নোহাখোলগী পান্দম। ঐখোয় য়েংখিবা তাবি। ○○

# নাউশুম ঈশৈনি কুনমাথোইশুবা শদাব্দিদা- শৈরেং ২১



লাইরিক্কী মমীং . শৈরেং ২১
অইবা : অটল বিহারী বাজপেয়ী
হিন্দীদগী মণিপুরীদা · কুঞ্জো সিংহ নিংথৌজম

কবিদি কবিনি। কবিদি কবিতানি। কবিগীনি কবিতা। কবিতাগীনি করি। করিগীসু কমদৌনা কাউকগনি কবিনা কবিতা। কবিনা কল্লকচৈ কবিতা। কবিনা কৎলিবা কবিতাদনি। কবিনা কাইখ্রিবসু কবিতাগীনি। কবিনা কাবিবসু কবিতাইনি। কবিনা কপকদৌবিসিসু কবিতাগীনি কবিতাগী। কবিগুম্বদসু কনা কনাগুম্বনা কবিবু কবেম্নবীবদা কবি ককনাউনা কনা কনাগুম্বদসু কৈদৌনুংদা কবিগীনো কাইনা কবিগুম্বদসু কৈদৌকুদে। কবিদি কপচেৎপনি। কনাদা কবি কাইকুবে কবিনা কবিগীবু কপ্লুগনি। কনানা কনাদা করিগীবু কপনিংলিবা। কপ্লগনা কবি। কপত্রগনা কবম। কপ্লগনা কবিগী কদাইদা করম্লা কৈদৌদুনা কপ্লিবা। কপ্লা কপ্লা কৈদৌবৈ কবিনা কৈদৌবিবা। কপত্রগনা কৈদৌ কৈদৌদুনা কবিগীসু কবিনা কনাবু কপহল্লিবা। কনাগুম্ববু কপহল কপহল্লগা কিবকপ্রা? কিরক্ল কিরক্লগা কপ্লকপ্রা? কপ্ল কপ্লগা কল্লকপ্রা? কল্লক কল্লক্লগা কুরু কারবা কীশিদি কোম্লকপ্রা? কীশিনা কোম্ল কোম্লগা কনানা কবিগী কদাই কদাইদা কৈনো কৈনো কনা কনাগীদা কনা কনানা কপ্লা কপ্লা কনা কানিদা কংলাক্লবিবা ? কনা কনাগুম্বদদি কপ্লিবা কবি কলিগী কংসনি।

অহিং নুংথিল নাইবা তাইবঙপান মঙলান তাইবঙ অনীগী কুম্মৈগী ফম্বাক্নি। থৱায য়োকচবগীসু থৱায় লল্লোনবগীসু ঙম্নমক কুম্মৈ শান্নরিবনি। কনানসু কনানি খঙনবগে। পুম্নমক মতম তোরৈথক্কী কাউশিংনি। অসুম তাওথখি। অসুম তাওথখি। ঈচেলগী ঈবৈনা হুদুনা পুবীখ্রবা কাউশিং ঈহৌফমদা মালংবনা শাগল

লাক্লুনা চিংদুনা খক পুবক্তে। অহোইনদুম লুশম মেত্তুনা ঈপাক্তা ইছুবী। থম্মোয মাদি থম্মোযতনা খঙই। ব্রাখল মান্নবখক্তা লোন ফাওনৈ। পুক্লিংগী কীশি পুক্লিং মাতনা থোকই। কাউশিংগী জগোইদা মালংবনা নোকই। শিথ শিথ নোকপা মালংবগী খোঞ্জেল্লক্তা খোইদৌ থিৎলবা ঈবৈসু কাউশিংবু মথানুংদা লোৎলি। পলোন কযাগী পনখাং কযানা কোইনা লাঙ্গোই চল্লক্লবদা ঈচেলগী ঈবৈসু মচিন থিবকই। খানা যেংলকই পনখোঙ। অদুগসু থম্মোযদগী পাথোবকই ফাথবা ঙমহৌদ্রবা খোঞ্জেলদো-"ওঃ!" অদুদগী কুচু তাইফেৎ তাইববা মাইথোংনা ব্রাংনা থাঙ্গৎলকই হাংল মালং তবংদা। পাগী পল্লোন লান্না মীৎয়েংসু পনখে লাম্থোবকই। অদুগা নুংহিক্লববা পুক্লিংগী লাবৈ লাথুপ নুংলোন পবৈ থোক্লকই। থম্মোযগী থোৎলবা খুৎশাবু শেগাইবগা ফোইদত্তুনা মুল্লগা পুবকই ব্রাখল নোংলৈনা কংলবা চীনবানগী কোম্থোংচৈ লান্না মীৎশুম্মাং তম্না...

মসিমক্তননি অটল বিহাবী বাজপেযীগী থম্মোয খোম্থাং, নাইবক্লিবা। থম্মোযগী খোম্থাং মঙোন্দদি কুহু কুহু কৈদৌকনি কোকীলনা। কোকীল মাদি বসন্তগী মপাউ পুবা পাউমীনি। নুংশি ঈপাক্তা নুংশি ঈথক ঈপোম লাংহনবনি। নুঙ ওনখ্রবা থম্মোযগী চেকখাইখ্রবা মযিদি তাইশিন্নবা খক ঙমদে কোকীলগী খোঞ্জেলনা। অহোইনদুম হেন্না লাউথোবকই মযি। কাইববা থম্মোযগী মযিদি তাৎ তৌদ্রবা পুক্লিংগী মোং হাদবা ঈপাক্তে বাখলগী খুৎশানা খুজোক খুজোক লোৎনা শোক্লুনা হুদুনা পুবল্লগা মক্লবা থম্মোয কংনালপুলদা যোকপা তরু তরুবা পীবাংতনা তাইশিন্নগনি। মসিমক্তননি "শৈবেং ২১" শাফোঙলক্লিবা। মসিমক্তননি লোল অমদগী লোল অমদা চীলহাযননা পাউথাংনদুনা নাপোম অমদৈ নাপোম অমদা পাউনিলখোল যৈবগা চীংমাই অমদৈ চীংমাই অমদা পাউখোং চন্দুনা থম্মোয অমদৈ থম্মোয অমদা থম্মোযবু শুম শুমদুনা নাউশুম হাইবিবা ব্রাখলনা পুক্লিংবু নাউথেম্নদুনা মোম্থবক্লিবসে পুন্সি কাউশিংসু তাইবঙ ঈপাক্তা। তশেংনমক তাইবঙ ওল্লাং মৈশা মৈব্রাইনববা থব্রায কযাবু হংঙা মীৎকপ থেম্বনি বাজপেযীনা। নাউশুম ঈশৈনি কুনমাথোইশুবা শদাব্দিদা- "শৈবেং ২১"।

অমম্বনা অঙানবা তাকপগুম কোরৌসু নুমিদাং য়াহিপ তাল্লি। কোরৌহনবনা চেপখ্রিঙৈ নোংদোন থাজ থৱানশিংসু তনিক তনিক্লা মপুগী থৌখাই পুবনি। শিম্থা মাবু পাংবদি মপুগী লীক্লম্সু তাকপনি। লীক্লম মাবু ইনবদি শিম্থা মাবু পাংবনি। শিম্থা মাবু পাংবদা হু কারবা অমুবা শাই তিংখঙসু মোল্লবা লশীং মফোলনি। তাইবঙ শিম্থাদা হুমাং কাংলিবসু থম্মোয়গী অমকপা নুংশক পান্দা উৎথোকপনি। শুক্তোক্লিবা মাইথোংনা মপুবু তুংওইনবনি। তাইবঙ খোঙথাং মখোল থোক্তে তাকপনি। মশানা মশাবু চবম মেৎপনি। তিংথোকশি থম্মোয় ফিথুপ মখোল থোক্তুরা য়েংশি তাইবঙ খোঙথাং। ঙাইদুনা লৈবমগনি অয়ুক্কী কোবৌ মঙাল মশেকসু। নোক্লদুনা কাউকগনি তাইবঙ মৈখু। চেগী হী কোইতাও তাওদুনা শান্নবক্কনি সমুদ্রগী ঈপাক ইয়াই থক্তা। অদুদগীদি খুনিংথেক শাববা তাইবঙ লম্বীদা খোঙকাপ মশিং থিবক্লনি পুন্সি পাদম লৌদুনা...

তশেংনমক ঙসিদি লৈতাবা হৈত্রবা বাজপেযীগী থম্মোয় নুংগী ঈফুৎনা ঈচেল নাইবক্লবদা মালেম লৈতঙ্গাইথক ঈৱাই ঈনিল নাইবকপা তাইবঙ লীচৎনি। হানৌ নহাসু শাথেক জগোই তম্লদুনা থিন্দুনা তাক্লি তিংথ্রৌ মতোন্দগী থক্তোবক্লিবা মঙালগী মশেক। নুঙ্গাইরক্কী লৈবাক্লেবু থম্মোয় কনানা মীনম্বা ঙম্বগে। মীৎযেংশিদা উচুংগুম লেপ্লবা বাজপেযীনা লৌথুপ লৌকোই লৈতনা হায- "ঐগী পুন্সিদা নীংঙমদবা অমখক্তি ঈনীং তম্লা শৈবেং ইবা ঙমজদবা অসিনি। অদুবু ঐগী থম্মোযনুংদা মতম পুম্নমক্তা লেঙদনা লৈবিবা, মশাগী ওইবা মতমগী অশেংবা মতৌবু তুংইনগে খন্দ্রবা কবি মহাক্কী মফমদদি ঐনা মতম পুম্নমক্তা ঙক নোঞ্জে। ঐহাক্তি ঐগী পুন্সিগী শেন্দোং মাঙজববনি, অদুবু ঐনা বাজনীতিগী কর্মী অমা ওইনা অমদি অইবা অমা ওইনা লৈনবিবা অনীগী মবির্বুদি থানদনা থম্নবা লেপ্লা লৈতনা হোৎনজৈ। কবিগুম্বদা শৈরেং ঈনিংবগী ৱাখলনা ঐগী থম্মোযবু কন্না লাকশিল্লক্তুনা অতৈ ইথৌ পুম্নমক থাদোক্লগা শৈবেং অমসুং লাইবিকশিংদা থৱায় হকচাং লুপশিন্দুনা ৱাখলগী মঙলান্দা তাওদুনা লৈবশিবা হাযনা খল্লক্তবসু নত্তে।" মসিমক্তনা ভারতকী সাহিত্য লৈকোলদা বাজপেযীনা লৈবাং চারা অমা থারিবনি। কবিগী থম্মোয লকানুংদগী চেম্থবকপা ঈরীক্লা খিক

খিক্তুনা চাউরকপা ঙসিদি শারেপ কাংদোং ফারক্লে। থিংঙমদ্রবা মালংবনা হুদুনা পুরকপা লৈনম লৈকাই পল্লান্দুনা মণিপুরী সাহিত্যগী শমজীগী নাচোম ওইররে। তশেংনমক ঙসিদি নোহাখোলগী প্রেসিদেন্ট ওইরিবা কুঞ্জো সিংহ নিঙোম্বম্না হিন্দীদগী মণিপুরীদা ত্রান্সলেট তৌদুনা মণিপুরী সাহিত্যগী লনগৈ অমা ওইরে- "শৈরেং ২১"

লোৎনা ফুন্নম্বা থাজদবা কয়া মথি ফোঙলক্তুনা মশা শারেপ ফা শাখপ তোইরকপা মঙলান নত্তে তাইবঙনি। ভারতকী অহুল্লক প্রাইম মিনিষ্টর ওইখ্রবা অটলজীগী শিংথানিংঙাই ওইবা-ক্বাদি কবিরাইকী কুন্তলিয়া, মেরী ইক্যাবন কবিতাএঁ, লোক সবামেং অটলজী, নিউ ডাইমেন্সন ওফ ইন্দিয়াজ ফোবেন পোলিসি অসিনচিংবা লাইরিক কয়া ভাবত সাহিত্যদা খুদোল তমদুনা পোকপদৈ শাগোন্নবকপা লৈতেংনা মঙাল নাইবিবশিসু অমনি। মহাক্না হায়জে-"ঐ লাইবিক হৈবা মীশক অমসু নৎচদে, ইন্টেলেকচুযেল অমনি হায়নসু খঞ্জদে, ঐনা ইজৈ ঐগী তাইবঙদা ফাওবকপা ৱাখলশিংদু, ঐগী পুন্সিদা শীংনবকপশিংবু মাযোক্নবা ঙম্নবা পাঙ্গলদু ফংনবা হোৎনজৈ... ঐগী শৈবেংশিংদা ফোঙদোকচনিংলিবদি নীংবা কাযবা অমদি মাইথিবগী ৱাখলদু নত্তে... অচেৎপা থাজবা অমদি মায পাকপগী হনবা লৈত্রবা অনীংবদুনি।" "শৈবেং ২১" হাযবিবা লাইবিকশিগী অহানবা শৈরেং-" অনৌবা মাইলগী নুঙ" হায়বা অইবা মশাগী ৬১ শুবা মপোক কুমওন্দা ইখিবা শৈরেংশিংদা কবিগী অনীংবা অপাম্বশে চপ চানা মমি তাই-"নুমিৎসু ময়েং তাদে, মালেমসু মচেৎ তাদে/হকচাংসিতনি হীংবা-শিবা নাইবিবা/অদুননি কুমওন অমা লাকপদা কুম্মৈ অমা ওইরিবা/...লৈজবা পুম্নমক্না পোম্থা ওই, তাইবঙ কৈথেন্দা লল্লোল্লুরে/অনৌবা মাইলগী নুঙ অমদি লাম্থোবক্লে।" শৈবেংশিদা লোম্বা নাইদবা থৱায়গী খোঙচত্তা মখল মথেলগী ফিজোল হোং হোংদুনা মাযাগী ফম্বাক্তা কুম্মৈ লাংলিবা পুন্সি মশকপু উৎথোকই। তাইবঙনা খুদুম শিংনা লাকপনা খুবাম তিংনা হনখিনবা শেম শাবদা নীংবা কাযবা মাইথিবগী ফজদবা পুন্সি মশকপু হনবা নাইদবা অচেৎপা থাজবগী মায পাকপৈ মঙালগী লংলবা মাইথোংনা নমহৎপা মতৌদুদা থম্মোয়না শিথ শিথ নোকপা ঙম্বা মচৎপু উৎথোকই।

অনীশুবগী শৈরেং - “খোয়শাওনবা” হায়বা ইং, ১৯৭৭ তা ইমরজেন্সি মতমদা জেলদা ইখিবা অসিদা কবিনা মীওইবৈ খ্বাইদগী চাউবা যেক্লবা-অশাওবনা শ্বায়তানগী শক্লোন লৌদুনা মালেম্ন মারতুন্না থোম থোমদুনা মচেৎ মচেৎ উফুল তানা থুগাইনবা হোৎনরগা মমৈথংদা মশাগী মখুবাইদা থোমজীনজদুনা মশানা মশাবুসু নোরোক্কী লৈখুন্দা কুমথবা পুন্সি মশকপু উৎননবা হোৎনৈ-“কাসিসু হাঙলে/খোইশাওনবসু হেনগৎলক্লে... অতিয়াসিসু খুমজিনখ্রে/চরম অসিসু ফুনজিনখ্রে।”

অহুমশুবা শৈরেং-“কুমজা অমা হৌখ্রে” হায়বা অইবনা ইমরজেন্সি মতমদা জেলদা লৈরকপা চহী অমা মপুঙ ফাবকপদা ইখিবা অসিদা কবী অমা ওইবৈ হৈথোইবা খুৎই খুৎলাম্লোক উৎঙমই। অইবগী নুংবু পান্দা মশা পান্দুনা কোইনা লৈনা পাইবা হৌরকপদা কনাগী থম্মোয়দা দং য়ৈবা ঙম্বা অপার্বশিংগী থম্মোয়গী মীৎনহাবু কবিগী কলপানাগী সংসারদা কোইরৈ লৈদুনা য়েংহনবা ঙমই। কবিগী ইমেজরীগী ফজবা মশক্তু লোত্তুনা লৈঙম্লক্তে-“শারং মনুংদা তাইবঙনা কিথি-কিরুম হীংলি/তপথদ্রবা থব্রায় চেক্লানা কিনা মশা খপ্লি/মালেমদগী নোংমদোন ফাওনা/নীংতম শৈশক্লা খোম্থাং য়ৈরি/কুমজা অমা হৌখ্রে।” অদুগা “অৱাংবা” হাযবা অইবনা পদ্মাভুষন হায়বা মিংথোন পীবগী থৌবমগী হেক তুংদা ইখিবা শৈরেং অসিদা মফম্না মতম্না হুদুনা পুখিবা যাববোইদবা য়াম্লমক চুং ফিবাল চাবা চপ চাবা মীওইবা অমগী অৱাংবা ফিদমদু উৎলি-“অৱাংবা চীংদোন্দা/উজাওনা মউ লিংদে/উপালনা নেম নেম হৌদে/হানৌনা লেঙ লেঙ চত্তে।” অসুম্না পনখৈগী ৱাংমা লাল্লক্লবা কনাগী পুন্সিদি খোঙথাং খোন খোম্থাংনা তম্নরকই। মীৎয়েং মঙম শাল্লকই। নোকপদা পীরাং পীরোইনবকই। কপ্পদা খোইকুম মোমোন্নবকই। মঙলান তাইবঙ লংদাইনবকই। থক খা চীল্লোক্লদুনা অহীংবগা অশিবগা লেঙ্গোন্নৈ পনখৈনবু লানখ্রবদি পুন্সিনা। মসিমক্লি কবিনা থিন্দুনা তাক্লিবা-“ৱাংখৎলিবা অদুক্কী মতিক/নাইতোম তাবা হেনগৎলকই/পোৎলুম পুম্বা মথন্তা পুই/ চিনবান্দনা মোমোন মীনোক/থম্মোয়দনা তেংথাখোল/ মীৎলুদনা পীবাং।” মতাং অসিদা যাম্না নুংঙাইবিবা অমনা ট্রান্সলেটব কুঞ্জোনা

ট্রান্সলেট তৌবা মান্দবা মপুক থোক্কী শেমজীন শাজীনবা য়াওদবা কবি মশামক্কী মণ্ডলানগী ব্বাহে মানবা খুৎই অসিনি। মসিমক্তি অতাংবনি অদুগা শৈরেংসিগী লোইরকপা পরেং " মেরে প্রভু!" হায়বসি " হে তাইবঙ মপু!" হায়না হন্দোক্তুনা লোন অনীগী খেন্নবা লৈহনদনা খল চান্নহনবা ঙম্বসিমক্তি ট্রান্সলেটর অমা ওইবৈ চপ চাবা গুন্নি। মসিমক্তা পাউদমজরিবা ঐগী থম্মোয়দা ফাওরকপা ঈহুলদু ফাঙম পুনঙমদবদগী দোং লাউনা মীয়ামদা পাউদমজবনি। শকওং য়াম্বা হিমালায়গুম্লবা বাজপেয়ীগী পুক্নিং নৈনবা ঐগুম্বগী ব্বাদি থমখিশি মতিক চারবা ফাওনবা খম্থনিংঙাই ওইরিবনি।

'দুবু-মসিমসু পন্দবা ঙম্লক্তে-ইং ১৯৮৮ দা ন্যুয়োর্ক্তা মশা লায়েংলিঙৈদা কবিনা ইখিবা শৈরেং-"অশিবগা লাম্থেংনবা" ফোঙদোকপীনবা ধর্মযুগকী সমপাদক্তা চিঠি ইদুনা থারকই-" ঐহাক মফম অসিদা লায়েংলি হায়বা অদোম্না খঙবিরমগনি... ডাক্তরনা ওপরেসন তৌরগনি হায়রকপা অহিংদু ঐহাক তুম্বা য়াখিদে। থম্মোয়দা চিংনবা অমা কন্না ফাওরক্লম্মী। ঐনা নুমিদাংদুদা ঐগী থম্মোয়দা ফাওরকখিবা ব্বাখলদু ব্বাহৈদা ওম্থোকচখিবনি। ফজবা শৈবেংদি ওইদবা য়াই অদুবু ঐগী পুন্সিগী নোট অমা ওইনা লৌবিয়ু।" তশেংনমক অটলজীসু শদোং পাল্লি। মীওইবনা অশিববু তাৎ তৌ তৌদুনা হীংননবা হোৎনদবা কনাবু য়াওখ্রবগে। অশিবনসু মীওইববু মীনোক য়াওদনা করেম করেম্নদুনা তুং কোইনা ইন্নে। তাৎ তৌরিবা তাইবঙনা অশিববু কাউশিন্নবা তাইবঙ লীচৎনি খঙলিবা অশিবনি। 'দুবু-অশিবনা মবুক হাপ্লবা কংলবা খূৎশা চরোংনা থরাক থরাক য়াম্থদুনা মীৎমাংদা ফন চোংথোরক্তুনা হেক্তমক লেপ্লরবদদি তাৎকী চন্নফম লৈতদুনা অশিবগা মীৎচান্নরকপা মীৎকুপ্তো করম্লবু পুন্সি লম্বী থৈদুনা চৎপা ঙম্লুগনি মীওইবা। মসিমক্তনা চেল্ল চেল্লগা কোইজোম্বা অদুম ওক্লরবা বাজপেয়ীসু অশিবগা মাইয়োক্লদুনা খুদুম শিংলকই-" অশিবা! নহাক নখোঙ ফাজিন্দুনা, হুরানবগুম নোন্না লাক্লনু/মায়োক্লবা লানফমদা ঐগা চাংয়েং তৌনসি/ শিবগীদমক খল্লুদনা পুন্সি খোঙচৎসিদা লাক্লবনি/নুমিদাংব্বাই খুদিং শংবান্নে, অহিংদনা বংশীগী শুর/অদুবু ব্বাদে হায়বদি ঙম্লোই/ঐ অমদি ঐ নত্তবগী অব্বাবা ব্বাখলদি ময়েং তাবা লৈতে।"

'দুবু থাংখ্রবা খোঙথাং মনিং হন্দবা পম্বুংনা হদুনা পুবা পুন্সি খোঙচত্তদি নীংহন্নদবনা লীরুংনি। মঙালনা তেনজৈনি। হেকথে সনাগী লৈহাও পুন্সি য়েন্দাইদা। অটলজীগী হনবা লৈত্রবা মালেম লৈমাই নীক্তুনা থাংবা খোঙথাংগী মখোলনা অশিববু শমাই লৈহনবা ঙমই হায়বসি কনাগুম্বশিংদদি মঙলান্নি। মরমদি বাজপেয়ী ঙসিসু হীংলি ঐখোয়গী ইরক্তা।

অদুগা অমনা-কবিগী থম্মোয় লৈয়োল অদরগুলাপকী লৈয়োল অনীগী খেন্নবা নুংশক পাউদমজরিবা ঐঙোন্দদি তশেংনা চমমনৈ। 'দুনা-ঐনা লৌজে-মরোল থোকপা থম্মোয় লৈয়োলনা মরোল থোক্তবা থম্মোয় লৈয়োলদৈ থোৎপা হেল্লি হায়না লাউনা খোংনা খোম্থাং য়ৈরক্লগদি মদুদা অটলজীগীসু য়াওখ্রবনি। থম্মোয় পীনবা কনানা মীনমদনা হায়বা হেক্তা খম্থদনা হায়বা ঙমগদ্রা-অটলজী লান পাম্মী। চিহৈ নাইবা শান্তিদু নত্তে মানা পাল্লিবা। মহাক্না হৌদোক্লিবদি থম্মোয়গী নাউশুমদা তুমখুন তাল্লিবা শান্তিগী শান্তিনি। মসিমক্তনা কবিনা-" লান্দি তৌহল্লরোই" হায়বা শৈবেংদা তুমখুন তাল্লিবশিংগী থম্মোয়বু নীক নীক্তুনা হৌদোক্লি-"খুৎলাই মপৈগী মথক্তা মখোয়গী আসন থারিবা/ চিনবান্দনা শান্তি, শেগাদনা বম, লৌনম্বগী ব্রাখল/শিখুমফি য়েল্লিবশিংদুদা লাউরগা হায়য়ু/তাইবঙনা খঙনরে নখোয়গী অশেংবা শক্তম/লাকশিনগনি মখোয়গী খোঙথাং, নেৎখায়হল্লরোই কনাবুসু লান্দি তৌহল্লরোই।"

করিগুম্বদনা কনানা হায়-কবিদি অঙাওবনি। তশেংনমক অঙাওবনা ঙাওশিল্লকপনি। কৈথেল থোরক্লবা মাগী মমীত্তদি কৈথেন্দা মমীৎ কোৎথোক্লদুনা মনা ফোইদৎনরগা মশম ফোইনরিবশিং অঙাওবনি। 'দুনা কবিগী পুন্সিদি কলপ্নাগী ঙবোং ইনবা শান্তিগী পাউজেল পুবা পাউমীনি। কবিগী পুন্সিদি শৈরেংনি শৈরেং। অদুনবু কবিগী ব্রাখল অঙোবা চেবাংনি। থম্মোয়গী তুরিনা কবিগী কলম্নি। পুক্লিং পাত্তে পাথোরকপা ঈচেলনা চেবাংথক্কী মুক্লি। কবিগী খোঞ্জেলদি শুরগী ঈপোম্নি। কবিগী ব্রাহৈনা শৈরেংনি। হ পুব্রা য়েংশি অটলজীনা ইং ১৯৮৮ গী স্বাতন্ত্র দিবসতা

লাল কিলাদগী লাউথরকখিবা পাউজেল-"মাইথিরে হায়বা য়ারোই/অনৌবা শাথেংনবগী শেম শাগনি/মতমগী মরাইবক্তা ইশিল্লি অমসুং মুথৎলি/অনৌবা শৈশক অমা শকই/" মসি " অনৌবা শৈশক অমা শকই" হায়বা "শৈরেং ২১" লাইরিকসিগী শৈরোই শৈরেংনি। ঐগীসু য়ারোইশিন্নি। মরমদি চিংথোক্লিবৈ লোম্নাইদ্রবা অটলজীগী শৈবেংনি। অটলজীগী শৈরেং অটলজীগী পুন্সিনি। পুন্সিগী শিন্থানা তাইবঙবু নাউশুম্বনি। OO

# নুংশিবগা ফাইবোক্লি-*মীনুংশি*

নুংশিবদি নুংশিবতনা নুংশি। য়েক্লবনদি য়েক্লে। তুক্কৎচবনা তুক্কৎচৈ। য়েংথিবনসু য়েংথিবী। তুকৎচবনা তুকৎচববু তুংওইনরকই তাইবঙদা। য়েংথিবনসু য়েংথিববু য়েংনিংলকত্রবদা য়েক্লবৈ ঈথক ঈপোম ঈহৌদুনা ঈকা ঈকুমদ্রবা ঈচেলদা ঈরোইদুনা শান্নমিন্নে নুংশিবনা মীনুংশিগা। নুংশিবগা ফাইবোক্লি মীনুংশি। চপ চপ মান্নে। কনানা কনানো কনানবু হংনদবগে-ফাইবোক। তৌবতবু লীচত্তি খেন্নে। নুংশিবনা নুংশিবনি। মীনুংশিনা মীনুংশিনি। নুংশিবদি হৈদোক্লিমখৈ লোম্লাইদবা মখা ফাকপা মনিং ফুনবা য়ুবী খুজাই য়াইওইবনি। নুংশিবদি পন্থুংবু তানবনি। নুংশিগী পন্থুংদি কাইনবা নত্তে। পন্থুং লৈত্রবা নুংশিবদি পল্লেপফম য়াওদ্রবা খোঙচৎনি। অদুবু মীনুংশিদি মনিং য়াওদ্রবা কৈবুই কৈওইবৈ উতোংনি। মীনুংশিগীদি পন্থুং লৈতে। কাইনবসু নাইদে।

যুম্ফমশিদা শাগৎখিবনি নোহাখোলগী হান্নগী প্রেসিদেন্ট এল তোলপীশঙ্কা মহাক্কী অহানবা নোভেল-"মীনুংশি"। তশেংনমক নুংশিবগী লৈমাইদা য়েক্লবগা তমথিবগা তুকৎচনবগী য়েংথিনবা লৈতে। পুন্সি শিন্থাদা হৌখ্র পুন্বা কাউখ্রদুনা নোক নোক্লুনা লেঙ্গোন্নরগা চৎমিন্নে ঙম্নমক। ইংনা চীক্লা তুমখুন তাল্লম্বা পুক্লিং ঈপাক্তা থম্মোয়গী নুংশিবা মাগী ঈথক ঈপোম্না জগোই শাথেক তম্লক্লবদা মীনুংশিগী ৱাখল নোংলৈনা তান্থা নাইরকপা তাইবঙ থৱাযনা হৈনা তুংইনবনি। মীনুংশিনা থল্লবা কনাগী থম্মোয়দদি তাইবঙ কুম্মৈসু মপুগী থৌখাইনি। মীনুংসি য়াওদ্রবা মীহিংচাগী মীৎমাংদদি থেল্লিবা পুম্নমক বলিগী হামেংনি।

মসিমক্তনা অইবনা নোভেলসিদা মীনুংসিগী উপাল অমা থারিবনি। উপালনা মালেম লৈতঙ্গাইলক্তে হৌরক্লগা শারেপ কাংদোং ফাদুনা মপুগী শিন্থা পাংদুনা তাইবঙ থৱায় কয়াগী পোৎথানফম ওইবা অঙকপা নত্তে। মশিমক্তনা অইবনা মাগী নোভেলগী মরুওইবা করেক্তর- ডো জীনা হৈশিংনা অইবৈ ৱাখলগী তুরিনা য়েক্লি। কম্থাপুবাগুম্বনি অইবগী ৱাখলনা লৈশি-লৈথোনবা লোইয়া লমগী খুঙ্গং- মোয়াংঙম্বা। খুঙ্গংসিগী লুখ্রাবী মচানি জীনাসু। লাইববী মমাগীদি

ধ্রুবতারানি। মণিপুর পূম্বগী ক্লাস টুৱেলপকী পরিক্ষাদা অহুমশুবা পোজীসন লৌখিবী জীন্না থংনবা খুলগী ইনাক খুনবগী মচা রামেশকী শেলগী মতেংদে মখোয় অনী কোলকতাদা এম বি বি এস তম্মিন্নৈ। নোংমা চাউবা কৌবা মী লল্লোনবা অমগী শরৌ লাংদা থুরুদুনা জীনা অমসুং রামেশ অনীনা চাউববু লমন খুম্নবগী খুদুম শিংলকই পুক্সিদা। মসিদগী নোভেলশি শাহৌরকই।

য়াম্না অঙকপা অমনা অইবৈ কলমগী মচীন কনাগুম্বা শকউদবা অমনা থৈ থৈদুনা পুঙম্বসিনি। অইবগী মীৎমাংদা শং শং লেপ্লিবা মহাক্তি য়েক্রুবনা য়েৎ থংবা খজাইদা খুৎপাক্লা থারকপদা ওইথংবা খজাই ওনশিনঙম্বনি। মশিমক্তনা জীনানা হাৎকে তান্নরক্লিবা চাউববু মচানুপী ঈঙেল্লৈগী ব্রাহে অমদৈ খুত্তে খুৎলাই তাখিবা খঙহৌদে। নুপীদি নুপীতনা খঙই। মপা নত্তনা কনা লৈত্রবা ঈঙেল্লৈগী মাগুন্নবা পুক্সিগী খল্লুবদা থৌনা ফনা রামেশকী মমাংদা লেপ্তুনা চাউববু কনখি। মসিনা রামেশ জীনাগা মরি তৎনখি। অসুম্না নোভেলগী ময়াং ক্লাইমেক্স তানখৎলকই।

মৈরীকপু থৌশাদবা তাইবঙ লোনচৎনি। 'দুবু-মৈজাওবী হৌরক্লবা মতমদতা মমীৎ লাউথোক্তুনা খংদুনা চোং চোংদুনা চেন্নবা ঙাক্তনি। ওথেল্লোদসু অদু মঙাই-রুমালগী ব্রাহৌদগীনি ডেমতেমোনাগী থব্রায়না পীখম্নখিবা। 'দুগা-*ত্যাগ পৎত্রদসুনি* লমচৎ নাইদবী মনে শ্রীনালীনিগী মফমদা মাইথিবদগীনি ব্রায়েল কাতি পাইরিবা মহাক্লসু ত্যাক পৎত্রদো ঈখিবা। অসুম্না "মীনুংশি" অসিদসু অইবনা য়াম্না হৈনা শিংনা টেক্লিক অসি শিজীন্নরি। জীনানা নুমিৎ খুদিংগী চন্দোল উপু অমা ধুপ থাউমৈ কত্তুনা হেক হেক খুরুমজে। য়াম্না নুংঙাইহিরিবনা অইবনা অপাবশিংদা নোক্লিংবা অমা মতাংসিদা ফাওহনবা অসিনি। মতম কুইনদগী মৈরা পাইবীশিংনা লুমদুনা লৈরকপা অমা ঙসিদি লৈমহন্না-চন্দোল উপুদু জীন্নাদগী মুল্লগা লৈমাইদা থুগাইরে। য়াওরমগনি খল্লুবা চাউবদগী লৌরুবা পাপকী শেলয়ামদুগী মহুত্তা চেজেৎ অমতং য়াওরম্মী। ইরম্মী-"মীনুংশি চংত্রবা থম্মোয় তুংনফম্নি শান্তিগী, নহাক্কী মীনুংশিনা হাংদোকহনবা ঙম্লবদি অতোপ্লগী থম্মোয় থোং, পীবা ঙম্লগনি মালেমদা শান্তিগী পাউজেল।-লীও তোলসতোয়"

মৈরা পাইখীশিংনা মশম ককপীগ্রবী জীনা উপাই লৈতনা তঙক তঙক য়েংদুনা লৈখি হায়বদো মালংবনা হূমদুনা পুরকপনা রামেশকী মনাকোং য়ৌখি। জীনা রামেশকী তৎলুরবা লংলা লাংদাইনরে। তৌবতবু কীশি অমনদি খল্লে।

হুনা হুদদি অমৃত্রনি। মদুমক্তননি মৈ হৌরগা মৈবা চীংদুনা বোম্বু হৈতুপ্লি খল্লিবা। 'দুবু-থম্মোয়না থম্মোয়বু জয় তৌখ্রবদি গুমভিরগী পীরাংসু চন্নফম লৈতে। রতনাকর ওইদ্রবা বালমীকিগী ব্রাঙাং পংনা তাদবসু ওইথোক্তবদি নত্তে মালেমসিদা। মসিমক্লনি মচানুপী ঈঙেল্লৈদা চাউবনা হায়রক্লিবা-"খোঙ খুৎ তেক্ত্রিবা মীৎ উরিবা, না তারিবা নখোয়না মীগী দান য়ারিমখৈ লৌবোইদবনি। লৌবা তারবসু অয়ুক নুমিদাংগী পুন্সিগী মশক খঙলগা লৌগদবনি। মরমদি মীওইবগী থুপ্লবা থম্মোয়গী থোঙ হান্না হাংদোকহল্লগা চৎখিবা মীদুনা মপুক শেপ্লক্লম্লবদি থম্মোয় নৈখাইরকপা য়াওই।"

'দুবু-থরায় খুবাক্তা হাপ্লুনা চীংনুংদা লোৎখৈ লো৲লুবগা মেলবিয়াদগী মমীৎ উরুদ্রবা চাউবা ঙসিদি জীন্নাগী থৌজান্দগী তাইবঙগী অঙানবা মশক উজবা ফংদুনা জীন্নাদা চংজবকপদা জীন্নানা হায়-"থক্তা থোকপা থাজনা লাইর ইনাক খুনবা, য়েক্লবা নুংশিনবা খায়দনা মঙাল চপ মান্ননা পীবীবি। ...পূম্নমক চপ মান্নবা মীৎয়েংদা থৌজালগী মীনুংশি উৎফম থোকপনি।" মসিমক্লা জীনাগী করেক্তর শাগৎপদা অইবগী হৈশিংবদু ময়েক শেংনা উবা ফংই। ব্রাহৈগী মফজবসু উৎথোক্লি।

অসুম্লা মরু লুকপা উপালনা কনাদসু উহৈগী মমল থিরুদে। অহোইনদুম উরুম লাংহল্লি। তাইবঙ মৈশা কোকহল্লি। মপুবু লৈএ তাকপনি। জীন্নাসু মাগী নুংশিজবা রামেশ ঈঙেল্লৈগীদমক কৎথোকখ্রে। মীনুংশিগী নাওশুমদা চাউরকপা কনাগী অনীংবগী মাইয়োক্তা কনানবু লেপ্লা ঙমখ্রবগে। রামেশ ঈঙেল্লৈসুনি। অসুম্লা নোভেলসিগী পোল্লোইদা জীন্না তাইবঙ জীবগীদমক খোঙফম চেৎনা লেপ্লুনা মীৎয়েং শান্না খুবাম তিংথোক্লি।

কৎথোকপৈ লীরিনা পুন্দুনা পুবা পুক্নিনা য়েক্লববু নুংশিবা ওস্বা তাইবগু লীচৎপু উৎথোকগুম্বা নোভেলনি "মীনুংশি"। কীশি কোন্নপ কীবা মানবা প্লোৎকী মশক্তি। ব্রাহে ব্রাতা থোৎনা মেংই। মফম অমা শৈথাবদসু অপাবৈ মীৎমাংদা থেন্দুনা থমগুমই-"চীংনুংগী লুরবা লাইজনা লীক্লাই মহী হৈথরকপগুম ঈশিং, খোংদুদা চেম্থুরি। চুং ফিরাল চারবী নুজাগী খ্বাংদা অঙৌবা চরৈনা খ্বাংজেৎ মচি লাংবগুম লৈচীল মপৈনা লোইবী চীংযাংদা থাবি..."। অসুম্না-" তায়োন্নবা শৈরেং" ফোঙখ্রবা অইবগী মখা খুৎই ঙাইখিবা তারি ঐখোয়। OO

# কে কু ফোঙবনি-নোংমৈগী লমন

কে কু ... কু কে ! ফোঙ... ফদি ফরা! লু... লুফেৎ লুফেৎ লাদা তাই । মমশুক মল্লক্লগা মোমোন মোমোন্নরবা মীৎলাউর মকুশিং মীৎকা মীৎকা মীৎচান্নরকই। অদুদগীদি অমম্বসু অঙানবনি... অঙানবসু অমম্বনি... অশিবসু অহীংবনি... অহীংবসু অশিবনি... তম্নলাইমক্না তাং তৌবকই তাইবঙদা। তাইবঙমীনসু তাৎ তৌবী তম্নলাইবু। তাৎপু তাংনা তৌশিন্নদুনা তাৎ তৌবনি তাইবঙপান। তাৎ তৌদ্রবা তাইবঙ তামখিবা তাবনি তাইবঙদৈ। তাৎ তৌরিবা তোকপা তাইবঙগীনিনে তাইবঙগী।

নোংমৈনা নমথবা নোংমতগীনি। নীনীগীসু নত্তে। থম্মোযদি থম্মোয়তনা থেম্বনি, থম্মোযবু থম্মোযনা থেম্বদা থোৎত্রবা থম্মোযদুবু থম্মোযবা। থোক্কীগী থম্মোযমকসু থুমহৎলবা থম্মোযমক্না থেম্বদা থম্মোয়গী থোক্কী থোক্লকই। পীবোইনবা পুন্সিবু পাম্বদি পুক্লিং পনখোঙ পল্লানঙমদে পুন্সি পানজুম্বা।

অসুম্না কু কেদ্রবা লমদম ফদি ফবানা ফোঙদ্রবা তাইবঙদা অচুম্বে উপালনা মরু লুকই। 'দুবু ...ঙসিগী তাইবঙদা মঙা লোংবা খুৎশানা তাইবঙ চীঞাক্কীদমক্লি শুরি নোল্লিবা। করিগুম্বদসু খুৎশা তকুক লোঙবা নত্রগা হেন্না লোঙবা য়াওদবসু নত্তে তাইবঙদা। তৌবতবু মীওইবৈ খুৎশাদি মঙানি। মসিনি তাইবঙ লীচৎ।

মতম অমদা ওডিপস কমপ্লেক্স য়াম্নমক ঙক্লবমই। অদুবু ঙসিদি অদুগুম্লবা থৌদোক কযানা মীৎমাংদা শং শং ফন ফন চোংলববশিদদি কনানবু ঙক্লবিবগে পুন্সিদ। অহোইনদুম উৎসবকী শুকতানিগুম ঙাইহাকসু পাকথদুনা শুকথবগা মীৎ লাউথোক্লুরিবা অওনবা তাইবঙ লীচৎনি।

মীৎয়েংসিদনি অইবা কেশো লুব্রাংনা মমীৎ লাউথোক্লুরিবা। অইবনা মনা ফন্দোক্লুবদুমক্না মনা মাগী-" নোংমৈগী লমন" শাফোঙলক্লিবনি। ঙসিদি মকুবোক মতৈ উবদা মকোক খুম্বা মৌগী মশিং থিবা লাইরে। মসিমক্তি মকুবোকপু পাবুং নত্রগা বাজী কৌনরক্লুনা মতৈবুনা ইচৌনচিংবা মিঙ্গৌ ওম্লোকখিবদগীনি। মীতৈ চৎনবী লীক্লমগী ব্রাংমদা মকুবোকপু উরগা মকোক খুমদবী মৈত্রবাক্কী মৌরবা

মৌ চগ্রিং খরনা মকুবোক কয়াবু শায়োকশংগী শা ওষ্মোক্তুনা কৈশুমশঙগী বন্দি ওইহনখিবা ঙসি ঙরাংসু লেপত্রি। অদুগা ঈরোইবা হৈতবী মনাওনুপীনা থোঙ্গ্রা তেক্তুনা ঈয়াইদা ঈরাক্লরবদা তোর্ব্বান্দা লেপ্তুনা কোইরাও লাওজবা মনাওনুপীগী থব্রায়মক লৌবা ঙম্বা মতৈ লৈতবসু নত্তে মালেমদা। 'দুবু মতৈগা মনাওনুপীগগী মচা কয়া অহল ওইরগা মপুগী লৈকোলদা লৈনমগুম তিনখ্রে হায়বসিসু ঙসি ঙসিমক ঐখোয়গী ইবক্তা হীংলিবা মখোয়গুম্বা কয়া অসিনা শাক্কিনি। তৌবতবু উৎনা ব্রাইনা খুমজীন্দুনা মীওইবৈ খুৎশা মঙাতমক পালহনবনি। অসিগুম্বা কে কুগী মচৎ অসি অইবা কেশো লুব্রাংনা ফোঙনা মণিপুরী সাহিত্যগী অনৌবা লৈবাং চারা অমা ওইনা পুথোবকপসিদি পংনা থোকখিদ্রি।

অইবগী অঙকপা নুংলোন হীরিরোন অমনা য়েক শলাই খাইবিবা মীতৈ সমাজদা মমা মপা, মপা মচা, মচিন মনাও হাৎনা শুনরিবা ঈ মশেলগী লান মৈব্রাইবক্লিবসিগী মৈহৌফমদি শাইজীন শয়াদা নত্রগা খোংবান লুকপান্দা কোইপাই পাইরম্বা হামচৎ হাম্বোইনরবা থব্রায় মীবেলবু কলিগী কুন্তি কযানা মীতাকদুনা তাইবঙ মীবু মীরাইহৎ ওইনা মীতম্লকপদগীনি উৎঙম্বা খুৎইশিনি। অসিগুম্লবা খুমাং খুদুং নাইবা মতু চোম্লবা মীওইবৈ পুন্সি মচৎপু মপুঙওইনা শৈথাবা ব্রারীমচা ২১ গী লাইরিক্লি কেশোগী - "নোংমৈগী লমন"।

ব্রারীমচা খুদিংমক অইবৈ-ব্রাখলগী চুমথাং খনবা নত্তে। থোকখ্রবা থৌদোক পরিংবু নুংলোন যাইদা য়োৎশিনখ্রবদা মতমগী খুৎশানা শেৎ শেত্তুনা পুথোক্লমই। অহানবগী "চাদা নাওদা" হায়বা ব্রারীমচাসিদা হেক্তমক উবা ফংবীগনি- কেশো লুব্রাং কনানো। ব্রারীমচাসিগী অহৌবা পরেংনি-" ইবোহল পাখং শরিনি।" অদুগা অবোইবা পরেংনি-ইতৈ ঐ মৈ হৌগৎলুরগে, চাক থোংলুরগে হায়রম্লগা সন্ধ্যাগী মমলি মমলিরবা ইমুংদা তুংথ মাংথা তপ্লা চংমিন্নখি হাংদোক্লম্বা থোংজাওদুসু তপ্লা লোনশিনখি।" পরেং অনীসিদা অইবনা শুপচিনবনি-মতৈগা-মনাওনুপীগা য়ুম্বালমিন্নখিবা কে কুগী লীচৎ। নৌনা মমা মপা কাইনখ্রবদা ইবোহল মনাওনুপা সনাতোম্বা মী ওইনবা হোৎনবদৈ পাখং

শরি ওইখ্রিবনি। য়ুম্বাল পুন্সি তুংওইনরবা ইবোহলনা সনাতোম্বা য়াওনা লুপ অমদৈ সরেন্দর তৌরবা তুং লুহোংবীরে। থা খরগী তুংদা সনাতোম্বা শকখণ্ডবা খরনা ফাদুনা পুখ্রগা মীরেল শংদৈ লৌরুবসিনা ৱারীগী ময়াং তমখৎলকই। মমৈথংদা লুখ্রাবী ওইহৌরিবী মেমচা মমানা ফনা হায়দুনসু মতৈ ইবোহলবু থাদোক্তুনা মপামদা হনসি য়াদে। মতাংসিদনি অইবগা খোঙ অনিনা চৎলম্বা মীওইববু মরীনা চৎহল্লক্লিবা। নুপীনা ঙমদবা লৈতে হায়বদুসু উৎপনি। ইবোহলগী ৱাদি থম্মু থমখিসি মুনিফাওবা লাইনিং কাইরিবনি উৎঙম্বা ৱারীমচানি।

তশেংনমক খোঙ তোন নাইবা ৱাবী পরিংনি। মতৈনা মনাওনুপীবু নমদুনা লৌবদি নত্তে। তৌবতবু ইরুনিংবগা থোঙ্রা তেকশিল্লকপা মানবা খুৎইসিদি তোপ তোপ্পা অমনি। মতাংসিদা নুংঙাইহরিবদি ঙসিগী খুনাইদা নুপী খবগী চপ চাবা মশক লেপ্লিবা মেমচাগী পুন্সি য়াম্নমক নৈনবা মথৌ-তাহনবসিনি। মেমচাগুম্বা চগ্রিং অমনা চেংকোক অমখক মাংথোকখিবদি কনানসু পূক্লিং থিংজীল্লুগনি। লুবিবদি অদুগুম্বা অমাংবা চেংকোকতুনা উৎনা ৱাইনা খুমজীল্লুবৈ মহৈনা মহৈ থরাক য়াম্থদুনা অদুগুম্বা চেংকোক ১০০/১০০ না খুজীং ওইদুনা মশা পান কোইনা লৈনা পাইরগা মরৈ হা হা তম্লক্লিবসিদদি করি ওইনি মালেমসে। মতৈহন দাইপাইয়নগী যোগগী শক্তিনা মনাওনুপী অম্বীকাগী শিযোম্মুংদৈ পোকখিবা দ্রিসত্রবাস্ত্রগী মচা ১০০ না কুরু শাগৈ তুমহনখিদুনা বীন্দা পীননবা লৈখিদবদু ইতিহাসনা শক্সিনি। কেশো লুৱাংনা ঙসিগী মীরোলদা খুদোম্বী থিন্দুনা অমম্বগী মশকপু কে কু ফোঙবনি-“নোংমৈগী লমন”।

তশেংনমক-“চাদা নাওদা” য়াম্নমক শিম্বোলিক ওইবা খুৎইনি। অবোইবা পরেংদা মেমচাগী হায়হৈদবা-কে কুগী ৱাহৈনি-“ ইতৈ ঐ মৈ হৌগৎলুরগে।” মেমচানা হৌগৎলিবা মৈরীসিনা নোংমদি মালেম ইমাসে কম্বীদা ভৌরনি হায়বদু অইবনা উৎপনি। হায়হৈদবা হায়দুনা তৌহৈদবা তৌরুবৈ মহৈনি - সন্ধ্যাগী অমম্বলক্তা পুন্সি থোংজাও তপ্পা তপ্পা লোনশিনখ্রিবা। অসুম্না কে কু ফোঙদুনা য়োখোক লান মচিন মৈ মুবনি। নত্রগবু নোংমৈগী লমন লৈয়েনা করম্না শিংগনি। মেমচাগুম্বগী শিয়োম্মুংদৈ পোক্লকখিবা থৱায় ফৌহাম কয়ানা মীতম লাং খুত্তা নোংমৈ

পাইদুনা হা হা কান্বদা অচংবা থৱায় কয়াগী ফিজোল খাংঙু থক্তা উফুল ওন তাক তুমখিবা হীংলিবা শিরবা খণ্ডমদ্রবা ঐখোয় খ্বাইগী মীৎশুন্মাংদনি। ঙসিদি মচি মচিদা নোংমৈ পাইজদবা কয়ানসু ফৌদা শুগদবা শুক্রা কোক্তা শুরে, লৈমাই তেমগদবা লৈযৈনা কোক্তা তেন্নে, নাপ্পী ফানগদবা য়োৎপাক্রসু লৱাই ফাল্লে। পুম্ন মকসি উৎঙম্বা ৱারীমচানি লাইরিকসিগী মিংথোন পুরিবা ৱারীমচা- "নোংমৈগী লমন"। লাইরিকসিগী অরোইবা ৱাবীমচা-"শিরবসু মকনা য়ুবা" হায়বসিদসু অদুম মঙাই কে কু ফোঙবনি। করিদগী কবম্না মৈবীকপীদগী মৈজাওবী হৌরক্লিবনো হায়বসি নৈননিংঙাইনি হায়বসিনি কেশো লুৱাংনা ৱারীমচা খুদিংগী থৱায হাপ্লিবা।

হান্নগী নোহাখোলগী প্রেসিদেন্ট ওইবীরম্বা কেসো লুৱাংগী কলম মচীন থৌই হাযবসিদি খুৎইসিনা তাকচরবনি। কয়ামুক থৌবগে হাযবদু অইবগী মঙাশুবা খুৎইদা য়েংমিন্নরসি। OO

# শৈরেং শিরে...

শৈরেং শিরে... শৈরেং শিরে... শিরবশিংতনা শোম্থাং শোম্থাংননা শোন্নবনি। শৈবেংদি শিদে। শৈরেং শিরগবু শৈরেং শৈদিন্নখিগদ্রা? শৈবেং শৈদিন্নরিবশিংনদি শৈবেং শিদে শৈরেং শিবনি। শৈদিন্নরিঙৈদা শৈনিদপুরেন্না শৈরেংবশিংবু শৈরেং শৈদমনহল্লি। শৈবেংবশিংনসু শৈবেংশিংবু শেৎ শেত্তুনা শিংকুপ শানা শেগাইরগা শাইগুপ শাইনৈ। শাইর শাইবগা শাংতোবকই শৈরেং। শিননি শৈরেংদি শিনাইদে শিনাইবা শংশারদা । শৈবেংদি শ্বর্গগী শক্লোংপনি। শংশারদা শকথিন্নবা শকউদবনি। শৈরেংদি শৈবেংনি।

শৈবেং শিবে হায়নবদি অঙ্গুর শিল্লে হায়নবনি। য়োংমুনা যুবী কোন্দুনা কপচবদি মশিন্নি। মীওইবৈ লৌশিংগী লৌপাক্তা সাহিত্যগী লাঙ্গোলনা লাঙ্গোল লীক্লম ফাৎত্রঙৈ সাইন্সকী মকুনা মরু ঈহুন লাংদ্রিঙৈ শৈবেং শিদহীদাক পান্বীদি শাবেপ কাংদোং ফাখিবা মঙলান নত্তে তাইবঙনি। তশেংনমক শৈবেংদি মৈহৌবোন্দগী মীওইবনা পোক্লকপদৈ শাগোন্নজবকপা লাইনা থাবা লৌশিংগী মৈরানি। লাইনা থাব চবিক মপাল নোংথংনবা নুংলোন হীবিবোন যাইপুবা লীরিবেন লীরেন্নি শৈরেংগী নুংচৎলোন। মসিমক্তননি মীওইবনা নীংশিংবা থোক্তুবা মতমদৈ ঙসিফাওবা শৈবেংবু করিনো খঙদনা কবিনোনে য়েংলক্লিবসে।

লাইপোক ওইরবা ঙসিগী মীবোলনা শৈরেং করিনো কনানা খঙবগে। অদুনবু মীওইবনা শৈরেংগী নৌরেলবু খুবাম চেৎনা পাইদুনা মালং তাম্থা তুংইন্না তাইবঙ ঈপাক্তা হোল্লিবনি। করম্নবু খঙলুগনি মনিং হোবা তুম্বাদা তুংবা মীওইবৈ লৌশিংনা খঙঙম উঙমদবা শৈরেংগী শকওং। মসিমক্তনা মাইথোং যাম্বা শৈরেংনা ঙসিসু শৈবেং ওইনা অদুমক লেপ্লি। শৈবেংগী পুন্সিদি হোংবা নাইবা মীওইবৈ পুন্সিগা মান্নদে। ঙরাংসু ঙসিসু হয়েংসু অমত্তনি শৈবেংদদি। অদুনবু শৈরেংদি ঈশ্বরমক্কিনি।

খঙদবমুক লাইবা অমমুক লৈত্রে তাইবঙদা। ঈশ্বর ফাওবনসু খঙদনা লঙজরুবৈ দোশ কোকপী হায়নবা লৈরিবনি। অদুননি শৈরেং করিনো খঙদনা শৈরেং পংইদা ইনরিবা থম্মোয় নীংঙাই থেমদুনা। পংইদা ইনবা শৈরেংনা ৱাই চাইরবা মালেমথক্তা মীগী খোঙনেৎফম্বু থিবদা ৱারবা শৌগ্রী য়ুংবগুম য়ুংলিবা মীয়ামশিনসু শৈরেংবু পংপাদা পাবীয়ু য়াদবশিমসু অঙকপা অমনি। পংফাও ফাওরক্তুনা পংই ইরদি পংপা পাগদবনি। অদুবু ওইথোক্তে। চীলহাও য়াম্মা থি। মসিনা তাকপদি লঙ্গোম খপত্রদি খোইরিনা খোইজৈদা উরু উরু য়েৎশিন্দুনা লৈশিনবনা হেন্না ফৈ তাকপনি। খোই চোপ্লিবনি হায়দুনা পংচোপ চোপ্পদগী পাউথোক্লরক্লিবনি- শৈরেং শিরে... শৈরেং শিরে...

খন্থরুরবদি-শিখিবা নত্তে। শিবনি। শিল্লকপনি। চহী কুম্লাং কুমওন কুমকাউরবা মৈতৈ য়ুমজাও হনু কোকচাওবা মশম মনা ইফা ফারদুনা উরা হুমদাংনা মখূৎ তিংথোবক্লবদা অনৌবা তুম্মৌ ই শিন্দোকপা হৌনশানি। অদুনবু লৈকাং চা কম্লাক কুরু কারবা খামতেক্লবা মল্ল ই য়ুমথক্তে শিরে। অসুম্মা শৈরেং শিবে হাযবনি। অশেংবা শৈরেংদি মফম্মা মতম্মা হুদুনা পুঙমদবা যুগ কয়াগী অহীংবা মযেক ওইনা সনাগী তাবুনুংদা মনি ওইনা ঙানবনি। নাকেন্থাগী উনা মালং খূৎশানা খোমদুনা পুখ্রগা জ্বাই জ্বাই চাইখাইদুনা মতমগী উফুল ওইনা লৈখুন তম্লকপা শাশিন্নবা নত্রগা তাৎ তৌবা শৈরেংশিংনি। মসিনসু শৈরেংগী নুংশক উৎথোকপনি। ঙম্লমক মহৌশাগী লীচৎনি। তাবা হৈবা তাই। উবা তম্বা তাই।

তৌবতবু- থাগী লমদমদা কোইরুবা মীওইবনা তাইবঙগী পুন্সি মশকপুদি হকচিন্না খঙঙম উঙমদবগুম সাহিত্যগী শংশারদা কাউশিংগুমসু ককঙাওননা কোইতাও তাওবিবশিংনা মালংবৈ শাহুমদৈ ঙাইহাক মীৎকুপকী পূক্লিংগী ঈথক্লা ৱাইথুংলুদুনা লমদল্লুবা ৱাখলগী ঈথক্তুগী শৈরেংগী লৈমাইদুগী মীৎয়েংগী পনখৈগী ৱাংমদগী পংখাংনদা মোনখাংনরম্বা ঈচেলনা নাথৈখিবা তাইবঙগী লীচৎনি, পুন্সিনা পুন্সিদা পাউখোং চল্লিবা অশিমক্তনা ৱাখল পরিং-লীশাং থারমদুনা পূক্লিংগী ডোরিনা উংলিঙৈ কিশী কিহৌগে অতম্লনা তেমশিংনরুবা চোকথরবা থৱায় কয়ানা মীৎতাংলা নৱাশিংগী শক্তম্লাং থোৎল খূৎশানা

মেৎ-মেত্তুনা শামুগী শকওং তাক্লুম্নি শৈরেংগী নুংশক; তশেংনমকসু খৌজেং লানশিনঙমদা নাম্থোকখ্রবা খোঞ্জেলদুগী খোম্থাংনি নৎত্রগবু বরমুদ্রা ত্রাইএঙ্গলগী ফজবা অকিবা মশক্লা সাইন্টিষ্টশিংবু মঙলানগী নাউশুম্লুংদা শৈরেংগী খঙঙম-উঙমদ্রবা মশক্লা শুমহত্তুনা শুম্বা ঙমখিদরা ঙসিগী তাইবঙ।

'দুননি-খেন্নবা এঙ্গল মশিংদগী তোংঙানবা মীৎয়েং কয়া অমনা তৈনা তোৎনা তাওথরক্লিবা। কনানা হায়-শৈরেংদি পুক্লিংগী ঈফুৎনা হৌনরুবা তৌদনা মতম মাগী চৈথেং নংলবদা মরোমদোম পাথোরক্তুনা ঈচেল নাইরক্লগা তাইবঙগী অচিকপবুসু তম্নরবদুবুনি। কনানদি লৌই মশিং থিঙমদনা ফুগাইনা শাৎলিবা মচু কযানা হুরিবা লৈবাংশিংগী লৈকোল অমদৈ লৈ লেংবী অমনা মাত্তগী থম্মোয়না খোইদাজবা লৈবাংশিংবু নুংশিগী য়েন্দাইদা থেন্দুনা লৈখল শুনা অমমমতা ওইনা অহীংবা লংলাদা লেংদুনা অপাম্বনা হৌবগা অপেনবনা লোইশিনবা মক্তুবা লৈবাং পবেংদুনি মালিবু মালহৌনা মালেম্বুসু শুন্নিবা-"শৈরেং"। কনানসু খল্লি-মসিদি পুক্লিংগী মোল্লবা খূৎশানা মচোই তানা ফা৷ববা ৱাখলগী শন্নাংবু তপ্না তপ্না নাম্থবিদুনা সাহিত্যগী অশেংবা অচুম্বা ফজবৈ ফিজোল থোল লম ঙান্না থেন্দুনা নৌদুনা মায়কৈ হোংদনা পম্থৌগী মাঙ্গোল খেঞ্জোং লাংদগী কুমথবক্তুনা মশাবী নাক তম্লক্লিবী লুহোংলিবী কৈন্যগুম্না মীৎয়েং মঙম শান্না পনখৈগী ৱাংমদা লাল্লুদুনা পুন্সিনা পুন্সিগী খঙঙম উঙমদনা শুমহৎলিবা অনৌবা মপোক্তা থেংনরিবা শংশার অমগী শকওং শদা শৈথারকপদুনি পাউখোং চন্দুনা তাইবঙদা।

"শৈরেং" অসুম্না-কবিনো হায়রগদি অমম্বে মশক্লি; 'দুনবু অমম্বদা মীৎযেং পনখৈনুংদা মুশি মুশিরবা মমিদুনা মীৎয়েংদুগী পনখৈদুবু হেক লাম্থোকখ্রবদা শক্লোন য়াম্না হংলাইগী শক্তম লৌরক্লবসু পূম্নমক তাইবঙগী লীচৎনি, কনানবু মীতানরিবগে ; কবিগুম্বদা হৌদুনা লাউ খোংলগা থৈ থৈদুনা কিরগা চেল্লগদি মদু লৌনম্নি ; থম্মোয়দুগীনা তাৎনি, পুন্সিগীসু নমথাক্লি ; মসিমক্তনা শৈরেংনা মাগী শকওং য়াম্না মমাই লোংবা মাইথোংনা মোমোন নোক শুমহৎনা তাইবঙ থৱায় কয়াবু য়াই থাদুনা মাতগী নাউয়োম্নুংদা পো- 'হুম হুম" হায়না নাউশুম

ঈশৈ শক শক্তুনা নাউথেম্বীরগা মাতগী মাযাগী শংশার'মদা পুবিদুনা লোম্বা নাইদবী মাগীদি পম্বুং তাল্লিবা পুন্সি খোঙচত্তুগী থৌখাই পুহল্লিবনি তেল্লবা তাইবঙ কয়াগী পুন্সি কয়া অমনা হেক মুন্দুনা কেমদ্রিফাওবা অমগী মথংদা অমা মথং মথং মাতগী নিশাদুগী মযাইনা ঈপাক্তুদা খুৎলাম তোইনা কৌরদুনা খুৎশম্লরা ঙসি ফাওবদা হে তাইবঙ !

'দুনা-পুন্সি পাঞ্জিরমদাই পাদম লৌবনি রোবার্ট ফ্রোষ্টনা মহাক্কী শৈরেং- "ষ্টোপ্পীং বাই রুটশ ওন এ স্নোযি ঈভনিং"। কোলরিজগুম শৈহৌ শৈরোই নাইবা পুন্সি লীশাংনি ফ্রোষ্টনা উবিবসু। তাইবঙ পুন্সিনা মীৎকপ থোক মীৎপান লংলকপদা মাযা মাগী লাংমিত্তা থরাক থরাক যাম্থদুনা লৈবম্বা তাইবঙ লীচৎনি। অহোইনদুম কল্লক মীহৌজ থন্নায় চেক্লানসু মীতাজবনি ব্রাখল লমজৈ থাদুনা। 'দুবু- লীন্না মখূন চংলমদাই থেক খোইবম্বা যাংলেন চুম্লকপগুম পুন্সি ঈশৈনা শৈরোই শৈহেক তাল্লকপদা কোবৌ মৈশানা নেম নেম ব্রাইব মঙালনা অতিযাদা খনবা চুমথাংগী থোং লান্দুনা তাইবঙ থন্নাযবু থেল্লববদা মল্লবা হকচাংনা মাযাগী লংমিত্তা পৎ পূমদুনা থরাক মহৈ যাম্থবদু উবদা খংদুনা চোংখৎলি মঙফাওনদুনা পুন্সি পাঞ্জুম্না। থন্নাযমকপুসু খূদাং পীফম নাইদুনা নাউথেম শৈহেক শৈদম্লকই। মসিমক্তননি উনগী ফজবদা কাউশিংগুম তাউকবা ফ্রোষ্ট পুন্সি নুমিৎ যুমজংলমদাই খংদুনা শগোল চুপ্পি পাইবকপনি। 'দুবু কদাই... মসিনি শৈরেং। শৈবেংদি শৈবেংনি। 'দুনা মল্লবা মতমগী উফুল যাংদৌ নময়াংদা কীম্থবগুম মল্লবা শিংতেক শিংনাং, চবোৎ হাক শিথবনি মৈতৈ যুমজাওদগী। মশিননি শৈবেং শিবিবা। অসুম্না অশিবশিংদনা অশিবনি অদুগা অহীংবশিংদনা অহীংবনি। কয়াদা ঙকখ্রবনো হে শৈরেং।

শামু য়াইশা নাহুৎ নাবেং থাং মনা কাতি থাঙম্বা তবাইবা নত্তে। শাগী শাশক খঙদনা খোঙগুন খুনাম যেংদনা নুংলোন পবৈ হন্দনা চৈবী চৈথেং চৈফুনা শমাই পরিং থাবদি অমম্বদা চৈশু শু অনানবদা ব্রাইর খোঙকাক নাউহুই থাংবনি। শৈবেংগী শরেপ শাদম লাকপসু শাগী শউন শাবু অমবু হঙ্গাম মরু মীতম লাং উতং তেন্দি তেনকাপ তেন তেনজৈ তেন্দোন তেন্দুম্বা তেন্দোংনা লীবি পবিং

তিংদুনা পাউবী লীরেন হুন নাউহুই পাউথাং য়েবনি। মালং তরংদা তমঙানবা লৈচীল মফোনবু ফোইবনি। নৎত্রগবু মীৎতাংবনা শামু খোঙজাও কোনবদা শামুবু সনা য়ুম্বীরেন্নি হায়দব্রা? নৎত্রগবু মীৎতাংব মানা শামু মনা খৃৎজীন্না শিকপদা শামুবু য়াংকোক হুমাইনি য়েত্তব্রা? নৎত্রগবু-মীৎতাংবা মানা শামু মনাতোন তকপদা শামুবু উজাউ উরেন মউনি নিংদব্রা? নৎত্রগবু-মীৎতাংবা শামু মবুক নাবদুনা শামুবু ফৌবা ফক্নি খন্দব্রা? নৎত্রগবু-মীৎতাংবা শামু মমৈ নানবদুনা শামুবু থৌগল চামোরনি লৌদব্রা? নৎত্রেগবু... পূম্নমক শামু শাগী শকওং শাদানি। খেন্নবা মীৎয়েংদা য়েংলুদুনা খেন্নবা এঙ্গল থোরক্লিবনি। ব্লাখল চীহাই নাইদুনা থম্মোয় ফদি ফবা শেৎ পূক্লিং শল্লাং ফাবা নত্তে। পূম্নমক হাপলেনগী কোমফুদা তাবা মা মাগী অশেংবা মমিনি। মাগী মাগী মমিনা অতোপ্পদা তম্নলাই শাবনি। পূম্নমক অচুম্বগী অচুম্বনি। মসিমক শৈবেংনি।

শৈরেংদা শাউনা চৈরুববা শোইদনা শল্লাং ফোইরক্কনি; মোমোন নোক্লুববা মীৎনোক তম্লক্কনি; পীবাং পীরোইনরুববা পীবাং শিন্থবক্কনি। শৈবেংদি অথুম্বদা খোইহীনি; অখাবদনা নোংমাংখানি; অশিনবগীনা হৈবুংনি; হুগীনা নুংহুনি।

"শৈরেং" লাইনা থাবা লীবেন্নি। ঈশ্বর মাগীসু লীচৎলোন্নি। মদুমক্তনা মপু মাগতা শাগোন্নজবা মনাইনি। মনাই মাসু মপু-মকনি। লাইগী ওইবা লীবেনবু খোইরি থোক্লুনা হীজিং হীরাউদুনা হীবি কোন্না কোনফারগা নাউহুইননা পাউহন্নবা পাউবী লীবেন নুংশাং থোক মঙাল মশেক্লা তাইবঙদা তমঙান্দুনা মপুবু লৈত্র তাকপনি "শৈবেং"।

নৎ ত্রগবু-ঐখোযনা ঙসি ঙসিমক মৈতৈ পুয়া, গীতানচিংববু কবিগী খূরুম্নবিবা? পূম্নমক শৈরেংগী শৈরেংমক ওইবননি। পূব্রাবীনা শক্কিনি। শান্তিদাশনবু মৈতৈ পুয়া মৈ থাঙমখিব্রনে? গীতাগী মশা মরেংনা নোংমা নোংমগী পৃথি লৈমাইদা মশা চৈরোং সনা ফন্দোরক্কুনা শাবেপ কাংদোং তাল্লকপা ঐখোয় খ্বাইগী মীৎমাংদনি। ঙসিসু গীতাগী অমুনবা মহেনা লাইথুং পকপশিংগী শিদহীদাক ওইনরিবসিনি। অমরোমদা অদুঙে ঙরাং, পামহৈবা সনা হাক্তক্তা শান্তদাশকী

শরৌ লাংনা সনা মহী কোল্লুবু য়েখাইদুনা নম নমদুনা রামান্দি ধর্ম্মা চৎহনখিবা নমদুনা নম্বোই তুবোইরবা ঙসিগী কংলৈ মীরোলনা উকু শেৎ জোটা পু মদোন হৌনা হৌনদুনা কাংখূন্দা মুৎলক্লবদা হয়েংগী মীরোলনা ঙহানমুকী মীরোলগা খূৎশম্নবা উরকপসিদা কনাগী থম্মোয়বু খুদুম শুদুনা ব্রাখলবু অরাক অখং নংহন্দুনা পূক্লিংবু পুন্দুনা পুন্সিবু কৈশুম শংদা মীয়াৎ তাবা য়াওখ্রবগে? পূম্নমকসিনা তাক্লি-“ মৈতৈ পুয়া মৈনা চাক্তে”। মৈনা চাকপদি চেথী চেগুম্নি। অদুঙৈ পুয়া মৈ থাবা হায়বা থৌরমদুদা থাখিবদুদি পুয়া শাবশিংনি। ইনিংথৌ পামহৈবগী পুক্লিং ফিগৈ পরৈ চেপ্লনবা থাখিবা মৈথানি। ব্রাই চাইরিবা শিরে শিরে হায়নরিবা শাশিন্নবা শৈরেংগুম্বনি। নৎত্রগবু-করম্না মাইচৌ তরেৎনা কে কু লোৎলগা ফোঙ ফোঙ ফোঙলক্লনি। ঙসিদি মাইচৌ তরেৎনা থোংলোন তরেৎ ফাৎলক্লে হাযবসি মৈতৈ ঈযেক্লা উৎপূঙলক্তগী ঈযোল মযোল চোং কংলৈ কংলা সনা তাবু য়াইদা মঙাল মশেক্লা চীরোং নাইনা খিং খিং খিংগানরকপসিনা উৎচরবনি। (ঐখোয় ঙাইখিবা তাবি।) মসিমক পুযানা শৈরেংগী শিয়োন্নুংদৈ চাউবকখিবননি। মসিমক্লনি শৈবেংগী নুংশক ওইরবা মৈতৈ পুয়াবু ঙসিসু ঐখোয়না ঈরাৎ থৌনি পূঙকোইবিবা।

’দুদি- অমুক্তং তিন য়োৎথদুনা য়েংশি শৈরেং শিরবা। হোই-করিগুম্বদা পূম্নমকসিবু মীনম্বনি হায়রগদি ঈশ্বর মাসু লৈত্রে। অদু ওইরবদি ঐ ঐসু রোবোৎ ওইবা তাবনি। বোবোৎ মঙোন্দদি শৈরেংগী চন্নফম লৈতে। মতম চুপ্পদা মঙোন্দদি অনিগা অনিগা মরিনি। মরিদগী হেনবা শুকয়া য়াদবা রোবোৎকা মবিদগী হেনবসু য়াবা তাবসু য়াবা শৈরেংগা ঙসি থাং শৎনরক্লিবসিদি মতমগী উফুল থাংজীল্লকপননি। কনাদবু তাইনরুনি। মদোম খাঙজবা তাবনি। তশেংনমকসু পুন্সি মাগী মথেলনি। নৎত্রগবু শৈরেং শিবে শিরে লাউনরমখিগদ্রা? ’দুবু- থিংবা ঙমদ্রবা মতমগী তোরৈদা কঙাওননা ঙাওনা ফৈনসু তাউজবা কাউশিং-ড্রামা, নোভেল, ব্রারীমচানচিংবা কয়া কয়ানা শৈরেংবু শিংকুপ শানা শোইদত্তুনা শিদোক্কে তেমশিংনরম্লগা মরাই লুক্লা লোৎনা তুমিন তুমিন কিথি কিরুম হন্নখিবা ফনা তোপ তৌদুনসু মঙলানগী তাইবঙনি। তাইবঙগীসু মঙলাননি মঙলান। ঙসিসু লেপ্পি হীমালায় চীংজাওগুম-“শৈরেং”। মসিবু খঙদবা কনানদি হায়-“শৈরেংনা ব্রাই চাইরে সাহিত্যগী

লৈকোল।" অশেংনমক শৈরেংগী ঈহুন মরীক অমত্তা পকত্রবা-ড্রামা, নোভেল, ৱারীমচানচিংবা মপা মান্দ্রবা মচানি। লৈকংলাগী কেকতশ পাম্বীমক্লি। হৈরু পান্দবা হৈরোলমক্লি। য়েন্নীংথা চাম্মসু লাকসনু খূৎথেক জগোই তম্নরোই। লৈঙোই শেনপাক থক্কী মালং নাখলনি। নাচোম মাদি মরু পানবনি। সাহিত্যগী মরুনি-"শৈরেং"।

"শৈরেং" লৌশিংগী ইফুৎনি। শৈরেংবু খঙনিংলিবা মহাক লৌশিংগী উচান থাউমৈনি। শৈরেংদা খংলবা নহাক মফম কৈদসু খক খংলরোই তম্লাইমক্তা ফনা তম্নদুনসু। শৈরেং খঙলবা মহাক্তি পূম্নমকপু খঙলবনি। শৈবেংগী মহাও তংদ্রবা পুন্সিদি নোংমগী মতমদা অহিংগী মতম্নি অশুকপা। শৈরেংদি পুন্সিবু শৈবাংবনি। সনাগী লৈহাও হেক্লিংলে শৈরেং পাউ। লুপাগী পীরাং পীরোইনগে শৈরেং তমউ। শুরগী ঈথক্তা হীনাউ শারুগে শৈবেং থিউ। গুন পূম্বে মপুনি শৈরেং। মসিমক্লনি ঙসিসু ঐখোয়না শৈরেংবু খঙঙমদ্রিবা। 'দুগা-ঐ কনানো খঙনিংলবা শৈবেংদা হংঙু। নঙগা মরুপ শান্ননিংলবা শৈরেংগা মরুপ শান্নৌ। মহাকপু উনিংলবা শৈরেংদা য়েংউ। শৈরেংদি স্বার্গ পৃথি নোবোক তুনা খল্লিবা চুমথাংনি চুমথাং।

'দুনা-শৈরেংদি মমাই লোংবা প্রীজম্নি। মসিমক্তনা কৈনা শৈরেংগী শিয়োম্নুংদা চংখিদুনা করিগুম্বদা অঙাংগী শান্নপোৎ ওইনা পোক্তুনা অঙাংবু থেম্নে। কবিগুম্বদনা তপ্তাগী শাদোং ওইনদবা নত্তে। কবিগুম্বদসু শাহীং চাবশিংগী অরাম খুভম ফংনফম থোংজীন্নি। মরম অসিদগী ৱীল্লিয়ম ৱাউসৱার্ডনা মদোম পাথোরকপা পূক্লিং ঈখূৎপু শৈবেং ওইনা থম্মোয়না পমদুনা পুখৎলক্লগা ৱাখল নাউশুমদা শুম্বীরম্মী নৱা ওইনা। ডো জোন্সন্না মালংগী তাম্থাদা শুরগী ঈপোম লাং নাউশুম ঈশৈ ওইনা শক্লকই শৈবেং। মীৎকপ থোক মীৎপান লাংলবা শৈরেং কোল্লবিজনা খূৎশম্নদুনা ফুগাইনা শাৎলিবা লৈরাংশিংগী লৈকোলদা পুশিনবীদুনা থম্মোয়গী লৈরাংবু অপাম য়েন্দাই থন্না হেকহল্লে অদুগা অহীংবা লংলাদা লৈখন চানা লেংদুনা খূৎকী লৈতেং ওইহল্লে নুংশিগী কুন্দো পরেং। শৈরেংবু শেন্নরম্বা মেথিয়ু আরনোর্ডনা শোম্থাংননা শৈথারকই- হে শৈরেং খূত্তা পাইবা লৈগী পরেং গোরবর্ধোন নুমিত্তা ষনবী ষন্নাউ ঙক্তা থোনবা শান্নরৈ পরেং নত্তে। নত্তে নত্তে- উরোক পরেং পাইবসু নত্তে... নুংশি মাগী ঙকশমদা নুংশি কোম্থৌরিগুম হুক্কদবা নুংশিবগী কুন্দো পরেংনি কুন্দো পরেং।

অসুম্না স্বাগগী লাইরিরেন লীচৎলোন কয়াৎলোন কাংলোন্দে উচন লৌদুনা মালেমগী ওইবা শৈরেংগী শকওং শকথিন্নদুনা শকমাই উরেপ তম্বশিমক্তি মীওইবনা ঈশ্বরগী মচানি উৎথোকচবনি ঙসিগী তাইবঙদা। তশেংনমক থোকউদা থোকপা য়াইওইবা য়ুবী খুজাইনি - শৈরেং। তৌবতবু ঙসিগী মীরোন্দা রোবোট ওনখ্রবা কয়ানা শৈরেংবু শংশাবগী সনা শোরোক য়ংবী থক্তা শ্রো শ্রো শাগল লাক্তুনা চীংবদি উদ্রিঙৈনা উদ্রিঙৈনি অউবশিংদি মখোয়বু খামজীনফম থোকই হায়বসি মাংদা তাববা থৌনি। নৎত্রবদি-তৌহৈদবা তৌরুবৈ উহৈদবা উরকপদা উরমদবা কয়াসু নোংমদি মমীৎ খুপ্লক্কনি। মসিমক্তি লাইবক থিবনি মালেমগী শৈরেং।

মীৎয়েংসিদনি- নোহাখোলগী "ঈচেল" ঈচেল নাইনা চেম্থরিবা। চহী চহীগী চহী কুন্নীথোই চুপ্পা শকয়েং মিংশেল ওইবক্লিবা "ঈচেল" খূদিংগী "ঈচেল" কৌবা পরেং ১৪/১৪ গী শৈরেং অমমম শোইদনা থেংনবীগনি অহৌবদা। মসিমক লুপ অসিগী ফাউন্দব প্রেসিদেন্ট গোবো থোঙামচানা শৈবেংগী শিবা নাইদবা পুন্সিবু চাংয়েং তৌদুনা মীয়ামদা উৎথোকপনি। নোহাখোলগী ঈচেলনা ঈচেল নাইরিমখৈ ঈচেল কৌবা শৈরেংসু ঈচেল লেপখিবোই তাকপনি। তশেংনমক চিংথোক্লিমখৈ লোম্বা নাইদবা মাযাগী থৌবি লীথুপ্তু লৈবম্বা তারবদি তাইবঙদা মদু অতৈ নত্তে শৈরেংনি-"শৈবেং"।

অসুম্না-চীংঙা চীনমু চীন্দুম চীনপাক্লা চীন্দমফমগী চীংজুম্লেন চীংজুম-লাইজগী ঈৱাই ঈনিল ঈহৌফম ঈফুত্তৈ ঈহৌবক্লগা ঈপাক ঈতম্লকপা ঈচেলগী পুন্সিনি। খৌগংনববা থৱায় কযানা শাংলবা মরৈ তিংথোক তিংথোক্তুনা অৱা মৈচাক খাংনরিবনি। কযা কয়া লাক্লম্লগা ঈচেলদৈ হন্নখিবা ঙাক্লি। 'দুবু-ঙসিসু চেম্থবি লেপ্পাইদবী ঈচেল মাদি। অসুম্না নোহাখোলগী শৈবেং ঈচেলনা চহী কুন্নীথোই চুপ্পা ঈচেল নাইবকপদা মনা নীক্লিবসি অতোপ্পা খূৎই ড্রামাগুম্বা ওইরম্লবদি গোরো থোঙামচাগী কলম মচীন করম্না থৈরোইদগে। মসিমক কোন্না কোনজীন নাইবা মথেক লুথেক শথেক থেকপা মচৎতুনি- শৈবেংগী "শৈরেং" ! চুমই- ঙসিগী বিজ্ঞানগী ফম্বাকথকসিদা মাতগী কল্লবা শাফুনা চেংখৈবগুম খৈরক্লবদা চোং ফল্লি থৱায় হকচাং; ময়াই কারবা পুক্লিং ৱাখলসু খূৎশম্নরা থাবলদুম চোংমিন্নে

মালংগী তাম্বুদা, কয়াদা ৱারে খাংবদা- হে থম্মোয়; 'দুবু-ঙসিদি অনৌবা মতমগী সাহিত্যগী লৈতেং কয়ানা কজেংলৈগুম থোল্লবা য়াওল কয়া'মা তুংওইনরমদুনা লাক্লিবা থাংবা চোকথরবা খোঙথাংদুনা চীংদুনা পুরক্লিবা মায়কৈসিদদি পুংফমদুনা নকশিল্লক্লবনরা করিনো পকশিল্লক্লিবা থাংজীল্লক্লিবা উফুল ৱাইফুল ঙম্লমক নৌহৌননা মল্লবা মতমগী নময়াংদা মদোম মুন্দুনা কেলহৌরি; 'দুনবুনি মতমসিদা মীরোলশিংগী থম্মোয়নুংদা থিংঙমদনা মদোম লোৎনা ঈনোৎ অমা কারক্লিবা শাফুদুবু ফাঙমদা দোং লাউনা হেক্তমক চীনবান কাংথোবক্লিবা- "হৈ !"

পূম্নমকসিনা মবম ওইদুনা ঙসিদি শেমজীন শাজিন যাওদনা তশেংনমক চাওথোক্লা হাযবা ঙম্লে মদুদি - " শৈবেং" হায়বসি সাহিত্যগী লৈচল অমনি; মসিদা মহৌশা ইমাগী তম্বাক্তা চেন চোংদুনা শান্নবিবা (শুক্তোক্তুনসু যেংসনু)- থৱায কযা'মগী উঙমদবা অঙকপা ফজবৈ শুমহৎপা মতৌদু উৎথাক্লবা হোৎনবদা ভাবনা শাক্লিনবা, পুক্লিংগী ঈথিল অমদি থম্মোযগীসু ঈহুলগী পাউখোংগী থোঙ লোন্দুনা অঙকপা, অশুকপা, খাঙমদবা শুমহৎলবা জাদুগবগী লৈমায তম্না চিংই। মসিমক্তনা লমজীং ওইদুনা খুববা মীৎম্না অনীনা পাক্লবা জগৎসিবু উবা ঙম্লিবনি।

'দুগা খেন্নবা মহাও কযাগী তোঙানবা মশক্কী নুংশক কযা কাউঙমদনা থম্মোয়দা চুংশিন্নবক্লিবনি; কবিগুম্বদসু মীৎ তাংলবা, না তাথিকবা নৎত্রগা লোন থোক্তুদুনা অমম্বগী সংসারনুংদুদা শুপ্নতগী মাগী পোক্লকপদৈ শাগোন্নরক্লবা গুনখক্তননি... ৱাফমসিগী মরুমদনি Edit Stilwell না ফোঙদোবক্লম্লিবা - "Poetry is the light of the Morning where in the beings whom we see passing in the common street are transformed for us into the epitome of all beauty "

মসিমক্তননি - Walt Whitman গী " O Captain ! My Captain " দা কেপ্টেনবু কেপ্টেন ওইনা উঙম্লক্লিবা। William Wordsworth কী

" To The Skylark " অসিদসু স্কাইলার্কপু অপাইবা জীবদগী মীৎয়েং থৈদোক্তবসু ইয়ামক য়ারক্লিবা। 'দুগা অমুকসু য়েংশি John Keats কী " Ode to a Nightingale " দা খোইনিংশিবু ইচম হেক চম্বা চীতেকপী চীতেকপা উচেক্কুরা-

" Thou was not born for death immortal bird !

No hungry generation tread thee down;

The voice I hear this passing night was heard

In ancient days by emperor and clown."

লীচিংসিমক্লা শজীবুই নোংলৈগী শক্লোন লৌ লৌদুনা পুক্লিং ৱাখলবু হুম হুমদুনা হেক-হেক উনা-উনা মীৎকী মীৎমাংদৈ হু হুদুনা মাতগী মঙলৈবাক্তুদা পুখিদবগীনি খাংবদা চোকথরবা P.B. Shelley নসু খোম্থাং নাইবক্লিবা - " Poetry lifts the veil from the hidden beauty of the world and makes familiar objects to be as if they were not familiars. "

'দুগা য়াম্না নুংঙাইরিবা অমনা-শৈরেংগী মশক্তি মীৎনা খোঙনা খুৎনা লাম্বদা ইরাই লায়না ফংঙম্বা ইচম হেক চম্বা ফিজেৎ লৈতেংই অদুবু মাগী মচত্তি অঙকপনি; ওন্ন তৈনবনি তাইবঙ লীচৎকা। অখাক অরাওনা তম্নদুনা চৈবী চৈথেং নংদুনা চৈনাখোল্লক্তা পুক্লিং ৱাখলবু থম্মোয়গী বন্দি ওইনা মনিং তৌনিংলম্বা অনীংবনা কৈশুম শংগী চেক পন্নুং লানঙমদা মদোম কংদুনা কেমদুনা কনানা শোকঙম উঙমদনা মাংখিবদুগী তুংদা তম্নলাই ওন্দুনা অচিকপা তাঞ্জাদা তাইবঙ খোঙথাংনা লুমথরক্তুনা ঙাইহাক হংচিৎ মকা লাংলিঙৈ থম্মোয়গী থোঙবা নন্নক্তুনা- " দোং! দোং! " থিল্লকই হেক্তা শম্না হায়বদা - কোংক্রিক্কী মাইখুম উপ্তুনা এপষ্ট্রেক্কী লীচৎ চৎপা ফোঙনা শক্লোৎপা অমনি " শৈরেং"।

মসিদগীনি-ঙসিগী তাইবঙ মীওইবা অনি থোক্লা খাইবুং খাইবুং চেকখাইরক্লিবা। কনাগুম্বা সাইন্টিষ্ট অমগী মীৎমাংদা ফুগাইনা লৈশাৎ তম্লিবী

লীলি অমবু উবদা ইচম চম্বা হেকজেন্দ্রিয়া মোনোজাইনিয়াগী কাংলুপকী লৈ পাম্বী অমনি শোইদনা হায়গনি অদুগা "ফজেনে" হায়রুনবগী মীৎকুপ্তু মঙোন্দা থোইনা লৈতবসু য়াই; পুক্লিংদুনসু খক থিংজিল্লোই লম অশোমদা। 'দুবু কনাগুম্বা কবি অমনা অদুগুম্বা লীলিদুমক মীৎক-মীৎক মীৎচান্নরুরবা মীৎকুপ্তুমক্তদা মায়াগী থোংজীন্দু কানথোরক্তুনা অনৌবা সংসাব অমদা খোঙথাংনা অসুম পুবা মায়কৈ তম্না থম্মোয় অনিনা পামজবা মফমদু থি থিদুনা লাকপসু তাইবঙগীসু তাইবঙনি মঙলানগী মঙলান নত্তে। লীলিগী ফজবৈ য়াইনা হুদুনা শুমখ্রবা কবিগী পুন্সি লনলৈমনা চেনখ্রবা কনানা মালং ঈথক্তা কাউশিংগুম তাওজবা অউবশিংতননি মীপাইজবা।

মা মাগী পুন্সিদি অঙকপনি অঙকপগী সংসাবদা। কবিনা পুন্সি মীৎয়েং ব্রাংমা লানখিদুনা মাতগী মীৎযেংনা কুপখিদুনা যেংলু য়েংলু খৃদিংনা মোমোন মোমোন তৌরক্লবদা অমম্বা অহিংগী থাজৈ মাইথোংনা কৈদৌকনি। থিন্থদনা খৃৎকা খৃৎকা খৃৎশন্নদুনা থম্মোয় অনিগী ঙানু থঙ্গোং অনিনা পুাক্লং ইযাইদা চাক্তাজবা ফজবা কৌবমক্ল সু মীতাজবনি। নুংলোন পরৈ হন্না থম্মোয ফিজীন থোক্লবকই। হৌনা ব্রাবী শান্নবক্কনি চেপথ চেপথ মীনোক তল্লিবা থব্রাযগী চান্নথোইববী লীলিদুগা হে কবি। তাইবঙ পুন্সি থৌখাইদা কাহৎলুববা মাইথোংদু ঙাইহাক মকা লামজবা উকবা চোংখুসু উকা ফৈরাথক্তা লোৎঙমদনা পাইখিবা তাইবঙ হৌনশানি। মতাংসিদনি "কবি অঙাওবা" অঙাওবশিংনা ঙাওশিল্লক্লিবা।

তশেংনমকসু-খ্বাই সনা শোরোক য়াংবী থক্তা অচাকপা ট্র্যব অমা লব্রাই লেমফু থক্তা ফিবাল চৈখোক শা য়ুংনা থাঙ্গৎতুনা চুমদ্রিং চৎলিবা মহাকপু কনানসু হায়নবা হৌনবা তৌরুদনা থৈ থৈদুনা চৎনরিবা মখোয়সে মঙোন্দদি অঙাওবগী অঙাওবা ঙাক্তনি। থৈবিবশিংনসু মাবু অঙাওবনি খন্না থৈ থৈদুনা চৎনবা ঙাকনি। অঙাওবনা অঙাওবশিংদা ঙাওশিন্নবা তাইবঙসিদা কনাবু তশেংনা ঙাওদবগে। অদুননি-শৈবেং শিরে... শৈরেং শিরে হেক হেক শিরিবসে। পৃম্নমক্কী মরুদি কনানসু কবিনো খঙদবদগীনি - " শৈরেং"।

"শৈরেং"-তশেংনা তিংথোক্লিমখৈ লোইবা নাইদবা থৌরি লিথূপ্লি (মায়াগী) লমহেল্লা তাইবঙগীসু খূদাংদা পুল্লিবা। মসিমত্তংননি মৈহৌরোন্দগী হৌনা মীওইবা সভ্যতানা য়াওনমিন্নদুনা লাক্লগা মল্লবা সভ্যতানা মতমগী উফুল ওন্দুনা মালংবনা হুমদুনা হুপ্লবসু শৈবেংদি নোংজু নুংশানা শোকঙমদনা উচুং ওইনা ঙসিসু লেপ্লি তাইবঙ মীৎমাংদা খূদোম্বী থিন্দুনা অচুম্বা লম্বীদো অঙানবগীদমক। অসুম্না মায়াগী ঈপাক্তবু তেমশিংনবী সবজেকটিভ অমসুং ওবজেক্তিব হায়বা শক্লোন্নুংদা লীবিক, ওড, সোন্নেট, ইলেজী, ইপীক, বেল্লেট, ব্লেংক ভর্স অমদি হাইকুগী ঈথক ঈপোম লাংলিবা অচুম্বা নেশাগী ঈপাক্তুনি-"শৈবেং"। শৈরেংদি কংনাইদবী চীংজুম লাইজ ঈফুৎনি। খম্বা নাইবা মীওইবদি চৎখিনি মথং মথং । লেংদনা লৈহৌগনি লোম্নাইদনা- "শৈরেং"। ○○

# সমাজগী ফি থোংদ্রবা শক্তম্নি শুমাং লীলা - *রেষ্টরন্ট*



লাইরিক মমিং : রেষ্টরন্ট
ঐবা : ডো শশীকুমার
থহানবা কুমথা : ২০১০
অফোঙবা : প্রমোড মীতৈলা নেওয়ানালগীদমক

কবিগুম্বদা কনানা কাউরুদুনা কলাদবু কংলাক্লরুরবা কলাকারনি। কলা কাংচুপ্লবু কংলবা ক্রোং ক্রোং কাং কোক্লবনি। কনানসু কনা কানি করিগীবু কনাদা করম্নসু কাংথোক্লগনি। কংদুনা কেম্লগা কীম্থরবা কোমফুন্নি। করিসু কান্নবরোই। কবিগুম্বদা কলাগী কোম্থোংজে কানশিন্দুনা কলা কাখুই কম্বল কুযোম্নবু কুপশিনখ্রবা কনাগুম্বদদি কলা কম্ত্রুক্লা কীম্থরকপদা কিদুনা কপ্লিবনি। কনা কনাগুম্বা কেগামগী কেম্ল কেম্লগা কেজবদি কলানি। কংলৈপাক্কী কলা কাইনাইদবা কংনাইদবী কংলৈ কংলাই কংনানপুলনি কংনালপুল।

মসিমক শুম্মাং লীলানি। ঙসি ঙসিমক শুম্মাং লীলাগী লাইবিক কযা ফোঙদোক্লবক্তুনা মনিপুবী সাহিত্যদা যুম্ফম অমা থোনবশিদি যাম্নমক থেংমল্লবনি খঙবা কনাগুম্বশিংনদি অদুঙৈগী দ্রামাগী মচৎনি হায়না লৌনৈ। তৌবতবু দ্রামানা দ্রামানি অদুগা শুম্মাং লীলানা শুম্মাং লীলানি। থম্মোয়না থম্মোযদা কৈদৌনুংদা খক মীনম্লুদে। মদুমক্তনা দ্রামাদি সাহিত্যগী লৈচন্নি হায়বসিদা কনানসু পীশুম শুক্লরুদ্রে। অদুবু - শুম্মাং লীলাদি মাংদা তাদুনা লৈবি। মালেমগী কাচিন কোইযা শিনবা যুংনা শকতাকপা থোইনা মথৌ তারি। মসিদনি ডো লাইশ্রম শশীকুমাব যুবেম্বম্না পুন্সি থোঙজীন থৈঙমদনা খুবাক লাইখন শা মীৎযেং পনখৈ তাল্লক্লিবসি।

দ্রামানা সাহিত্যগী কাখলনুংদা কোনা কোঞ্জীন নাইনা শাথেক লুথেক থেক মশেক মঙাল চাউনা মীওইবৈ অমম্বা থম্মোয় লাইয়ুমদা ঙাল্লি। সিনেমাদি সিনেমা ওইনা অদুম মবোমদোম লেপচৈ। মনিপুবী সিনেমাসু অদুমঙাই। অদুবু মনিপুবী শুম্মাং লীলাগী মচত্তি অঙকপলক্তসু অঙকপনি। লৈগী লৈচৎলোন্দনা শিবোই

লীলিগী লীচৎনি। শাগী শাজৎলোন্দনা শঙাই শাজৎনি। কংলৈ খুম্থোক্লোনবু পরিং লমজৈ হুন লাইরিরেন লীরেন লীথাংলোন শুথাংননা নাউহ্ইনা লাংদাই পাউশাদুনা হরাউরোন নুংলোন পরৈ লারৈ লাথুপ থোক্লা হীরি কোনফাবনি শুমাং কুম্মৈ। কলাই জগত্তা ধ্রুবতরানি। সমাজগী ফি থোংদ্রবা শক্তম্নি শুমাং লীলা। মীৎয়েংশিদা যুম্ফম ওইদুনা শাগৎখিবনি শশীকুমাবগী - "রেষ্টরন্ট"।

য়াম্না নুংঙাইরিবদি অইবগী সমাজসিদা উরিবা মীৎয়েংশিনি। লৈতেংগী মপান তাংদুনা ফজবা ফজবৈ মফজ নত্তে। ফজবদি লৈতেংনা তাংজবনি। হুগী মহুসু তংলগা য়েংগনবা মীতানি শশীকুমার। মসিমক্তনা মপানথোংদা তাং তৌদুনা কুপ্লিবা ফিজেৎ লৈতেং লৌথোক্তুনা সমাজগী ঈরোম্নুংদা চোংথরিবনি। থেংনরুবে লৈতেংলুদ্রবা ঙসিগী সমাজ। তৌশিন্নদুনা মীনম্লিবা নম্বোই তুবোইবশিংদুবু খঙলু উকবগা খোইদৌ থিংলবা অইবনা খোঞ্জেল হৌনা লাউরক্লিবনি "রেষ্টবন্ট"।

পৈশানা লীলাসিগী যুম্ফমনি। ভোলপোনগীগুম পৈশানা শক্তিগী হৌরকফমনি। বাজেন্দসুনি। ইজ্জৎ শনমান পুম্বা পৈশা পিববদা পুম্নমক পৈঙমই খনবা হৌবক্লে লাইবিক্লা লাইনিং ওইজরম্বা বাজেন এম এ লোইদুনা থবক তানখৈ তান্নরুবগা ফংলক্রুবদুদদি। মল্লবা পুন্সি ঙবোং লাক্তুনা লংথোকখ্রে। মতমগী কোৎ লীত্তুনা বেষ্টরন্ট লীংদুনা পৈশা পৈবক্লে। মন্ত্রিনসু শঙ্গাহল্লি। ঙাযোক চফুদা ঙা য়োকপগুম মীযোকফুদা মী লোইবি। বলিগী হমেংনা শদনথক্তে কুমথবকপগুম মতমগী মী মখৈ মীয়োকফুগী ফমফমদৈ কীম্থরকই। মতমগীনি খন থোংজীন কানথোকখি নোক খেদুনা শন্নাং ইফা ফা মীৎয়েং ঈফৈ ফৈনা।

ঙাওনা ফৈনা থাজৈসু নোঙিন ঙাইফমনি। মপুরোইবা মপাল্লক কাইনখ্রবী চহী ৬৫ শুরবী লুখ্রাবী তথোৎকীসু কুলা উন্নফম্নি। তশেংনমক মীয়োকফু মীগী লীচৎ লীরেন খাইফমনি। ঙায়োনফমদা ঙাহিং নম্বা হেন্নদুম পকচৈ। রাজেনগী নুপীদি শুক্তোক্তুনা খাংই। করিগুম্বদসু মীওইবনিনা মীতারুরি দেল্লিদা কোলকোতাদা মপুবোইবা রাজেন্না রেষ্টরন্টদুদৈ তাল্লকপনা মনুংগী মপালগী চহীগী থাগী লাক্ষ লাক্ষ পীখ্রগা লেমহৌবদুনা লৈশিল্লক্লিবা ফ্লেটশিংদুদা। নুমিৎ

খুদিংগীদি নীংদোম পোল্লি লীশিং অনী/অনী লৌবা লাকপা পুলিসতুবু হেক উবমক্তদা মেম্মী। শেঙ্গাউ মবুক চোল্লবদা মেম্মীগী শরৈদে রাজেনগী বেষ্টরন্ট থিংজিল্লে। অসুম্না বেষ্টবন্ট রাধা-কৃষ্ণ হাংবদে হৌবগা থিংজিনবদা লোইবা লীলাগী পরিংনি। অইবনা উৎলিবনা মপুং ওইনা মীওইবৈ লীচৎ কাইথদুনা কীস্থরক্লিবা সমাজ অমগী অকিবা মশক্লি। মসিবু থিংননবা মীয়াম অমসুং সরকারনা হোৎনফম থোকপদু উৎথোকপনি।

লীলাসিদা রেষ্টবন্ট অমগী থোংজিনদে হোত্রোং হোনা উরকই মনিপুবী সমাজগী অহোংবা লৈখুন। "ঐগী বেষ্টবন্ট অসিনা নোংমদা লুপা লিশিং ৩০/৪০ তাল্লি। মসিদা চহী ১৫/২০ দগী চহী ৭০/৮০ গী নুপী অঙাং, অহল নহা খাযদনা চংলকই।" (লা: ২৯)। তথোৎকী ব্রাঙাংশিনসু মনিপুরীশিংগী কাইথবক্লিবা কীস্থরক্লিবা অকিবা মশক্ত উৎলি - "নখোযগী কোল ড্রিঙ্কতু ফত্তে, ঙাইহাক লৈবগা নাতোন্দা হাই, কোংদ-কোংবীগদবা ওইবদি অঙাংবী ..." (লা: ৪৮)। বেষ্টবন্টসিদা পৈশা লৌবা লাকপা কমান্দোনা হায - "যাম্না চুন্মী তামো; ঐখোযসু ঐগী পোষ্টসি লুপা লাক্ষ ১৫ দা লৈজবনি। লৌ পবি ৩ মবাক যোম্থোকই।" কবপশন মরু হুনখিবনা কবপশন মযোন চোংলকই। মহৈ যান্দুনা হৈপাল লাংলকই। অকোইবদা অমস্বগী মহাও তংলকই।

মৈহৌবোন্দে হৌনা মনিপুবীশিংগী নুংদা শুমাং কুম্মৈগী ইহুন শাগোন্নরকই। মসিমক্তনা অইবগী অতৈ কলমদা মমি উদ্রিবনি। নুংলোন্না পাল্লোন্নরক্তনা মীৎপান লাংববু কুম্মৈনি। তাইবঙ কুম্মৈনি শুমাং লীলা। মসিগী হৌরকফম ঙসিসু থিনি ভাই ওইবি। ১৯শুবা শতাব্দীদা শান্নখিবা ফোক লীলা "ইযানা ইচা পুখ্রে" হায়বনচিংবনা শুমাং লীলাগী যুম্ফম থোনখি লৌনবসিমক্তি নৈননিংঙাই ওইবি। মশাগী লীলা হুম্ফু পুথোকখ্রবা সেক্সপীয়াবগুম্নসু লীলারোই ওইনা শক্তম লাংখ্রবা লমসিদা পি ঐইচ দি ফংলবা অদুগা অতৈ লাইবিক কুনতরুক অমসু ফোঙদোকখ্রবা ডো শশীকুমার শুমাং লীলাগী তাইবঙদা তশেংনা কখোল্লবা অমনি। মহাক্কী নীংজবা পামজবা মঙলান্না মতম চুপ্পদা ঙান্দুনা লৈহৌরগনি তাইবঙদা। OO

# মরু পাল্লি তাক্লিবনি- অরিবা মণিপুরী সাহিত্য নৈনবা

> "ঙরাং কৌবা মরুনা মরু ঈশুন হুন, ঙসি কৌবা মউনা উপালগী উরেপ শাদম তম, হয়েং কৌবৈ ঈনুংলোন মপাল লাং, শিল্লম শিল্পা শিল্লংনবনি তাইবঙপান। অহিবৈ নুংলোন নুংশক্কা অনৌবৈ মশা নরেপ তম মপাম্ভা নহীক য়োয়বনি। ঙসিগী মীয়োলবনা হয়েংগী লকওং যেন্নদা ঙরাংগী থাথব চত্নীক্কা হৈনা চৈঙ ওবানি। মাহিবোংদা তম্মখিবশিং নংয়োলগী মমিনি। মসিমক্তনা অইবা ওজা তেজমনিনা মণিপুরী সাহিত্যগী মরু হন্দুনা খিন্নিবনি। মসিমক্তি অইবৈ অচৌবা মথৌলাংবু উত্তুনা ?ংগী নংদা অমা থোক্লসা নৈরা অমা চুহৎপীরবাবৈ ঙসিগী মীয়োলবদা।"

| | | |
|---|---|---|
| *লাইরিক* | : | অরিবা মণিপুরী সাহিত্য নৈনবা |
| *অইবা* | : | অহোংশাংবম তেজমনি সিংহ |
| *অহানবা ফোঙবা* | : | ১৯৯৯ |
| *ফোঙজবী* | : | শ্রীমতি মাঙোলঙামবীনা রাইটর্স ক্লব মণিপুর, নম্বোলগীদমক ফোঙজবা |

উপালনা উজাও উবেন উমাইথোক উরী উনালক্তা উয়ুং উবেপ উতম্মা উথাউকোন্দা উশক উরৈ উঙাম উমাইথেক উগী উহৈ উথোকই। মসিমক্তি মহৈগী মকুনা ময়োল মনৌ মতোল্লাং মালেমথক্তা মউ মাংখিবমদবদৈনি। তশেংনা তাইবঙনা তাইবঙদা তাইবঙ তোরৈ তৎনদে তাক্লিবনি। ময়োল মবা মউ মনা মপাল মহৈ মরুদৈনি। মকুখক্তনি মকু মালেমদা। পাউখোঙনি। ফোঙগদবনি। মীবোলশিগীসু মথৌদাংনি। মীচৎলোন্নি। মসিবু মীনম্মিংলিবা মহাক্তুনা মশানা মশাবুসু মীনমজৈ। মীনম মীনল্লগনি মুৎখ্রিবশিং মালেমদৈ। মীবু মীনমদ্রবা মৈফমগী মুৎনাইদ্রবা মৈবানি মালেমদা।

মীৎযেংশিদনি অইবা ওজা অহোংশাংবম তেজমনি সিংহনা পীশুম নাপোম অনি শুক্লা মীৎয়েং শান্না চুবা মেৎলিবশে। তশেংনমকসু ঈপাক তল্লিবা ঈচেলগী ঈহৌফম ইফুৎ লৈরমদ্রগদি ঈপাকসু লৈবল্লোই। মণিপুরী সাহিত্যগী মখোঙ শোমদুনা মতমগী উফুল থাংজীন্দুনা লোৎলিবা মকুবু অইবৈ থোৎ নৌরবা ৰাখলগী খুৎশানা হোৎ হোত্তুনা থিবনি। শৈহৌ শৈশক্কী লংলা লংজীল পুল্লিবা মণিপুরী সাহিত্যগী লংজা মচিন থোকপনি। মরু পাল্লি তাক্লিবনি- "অবিবা মণিপুরী সাহিত্য নৈনবা।"

ঙরাং কৌবা মরুনা মরু ঈশুন হুন, ঙসি কৌবা মউনা উপালগী উরেপ শাদম তম, হয়েং কৌবৈ ঈনুংলোন মপাল লাং, শিল্লম শিল্পা শিল্লংনবনি তাইবঙপান।

অরিবৈ নুংলোন নুংশক্লা অনৌবৈ মশা শরেপ তম মপান্না শরীক য়োম্বনি। গুসিগী মীরোলনা হয়েংগী শকওং লেপ্পদা ঙরাংগী ব্রাখল চজীক্লা হৈনা চৈশু শুবনি। মাইথোংদা তম্নরিবশিং নুংলোনগী মমিনি। মসিমক্তনা অইবা ওজা তেজমনিনা মণিপুরী সাহিত্যগী মরু হন্দুনা থিরিবনি। মসিমক্তি অইবৈ অচৌবা মথৌদাংদু উত্তুনা তুংগী লংলা অমা থোক্লগা মৈরা অমা চুখৎপীরম্বনি ঙসিগী মীরোলদা।

য়েংশি ঐখোয় অইবৈ- " অবিবা মণিপুরী সাহিত্য নৈনবা।" শোইদনা থেংনবীগনি তোপ তোপ্পা তোংঙানবা মশক অনিগী খেন্নবা নুংশক অনী। অহানবগীসিনা নুংশিবগী নুংওনবা মপাউ তমদুনা পুক্লিং ঈপাক্তা থম্মোয় ঈথক ঈহৌহনবনি। অদুগা অবোইবৈ অনীশুবা শককশিনা থৌনা ফবা অকন অথৌদা যুম্ফম ওইদুনা শাগৎখিবা শক্তমনি। শকওং অনিসিনা পাবোৎ শক্তম শক্লাক্তুনা মণিপুবী সাহিত্যবু শক্তাক্লিসিদি মীবোলসিদা তাংলবা অইবৈ খুৎইনি। অইবনা হৌই-" হৌজিক্কী মণিপুবী সাহিত্য অসি যুগ কয়া চঙনা মা্‌ক্‌কে খুদিংমক্কী সাহিত্যগী লৈচল কয়া য়ানশিন্দূনা শেমগৎলবা লৈকোল অমনি। অদুবু আমেবীকাগুম্বা মশাগী সাহিত্য লৈজদবা ইউবোপ্তগী তাংজদুনা শেমগৎখিবা সাহিত্য অদুমক্তি নত্তে।" (লা-১)

অসুম্না অইবা তেজমনিনা মণিপুবী সাহিত্যবু নৌহৌননা মরু পাল্লি নীংশিংহল্লে। " ভাবতকী সাহিত্যদা বেদ, পুবান, উপনিষদ কয়ানা যুম্ফম ওইবগা শাগৎখিবগুম মণিপুবী সাহিত্যদসু লমদম অসিগী পুযাশিং অমদি থাজনবী লাইগী ব্রাবী কয়াদা যুম্ফম ওইবগা শাগৎখিবনি। অদুগুম্বা পুয়াশিং অদুদি লমদম অসিগী মীওইশিংনা থেংনখ্রবা, থেংনবিবা অমদি থেংনরক্কদবা থৌদোক ব্রাথোক মাইচৌশিংনা চীম্থাং য়ৈনা শিন্নবীরম্বদগী মতমগী মতুং ইন্না লারোন চন্দুনা থম্বীবম্বা কয়া অদুনি।" (লা-১)

অসিগুম্বা লাইগী লীক্লমশিদৈ মমি লৌদুনা মীনা মীগী লীচৎলোন শাজৎলোন চৎনবোন নীতি নীয়ম শমাজ অমগী মশক মওং কয়া কযাদু মীবোল মীরোলনা

মা মাগী থম্মোয়দা তাবা মমিশিংদু থকতোক্লুনা নমথোক্লবা শকওং শাদাদু হেক্তমক ঈফোঙ ফোঙনবু ওইরে লোৎনা থুপ্নবু ওইরে পাউখোঙ চন চন্দুনা তুংগী মীরোলগী খন্দুনা মতম মতমদুগী মীরোলনা লাচন চন চন্দুনা কে কু লোৎপনি - সাহিত্যগী লীরি লীচৎ। লাই হরাওরোন নুংলোন য়াংবীদা শৈদাংদুনা চাউরকখিবা মণিপুরী সাহিত্য মরু হন্দুনা থিবদা কদাইদা তাই লাদা তাবনি। অদুননি মণিপুরী সাহিত্যনা মৈহৌরোন্দে থৈদুনা চৎঙমদ্রিবসি। মসিননি অরিবা মণিপুরী সাহিত্যদা য়েংখৎপা মতমদা মীগী লীচৎলোন কাংলোন্দে থৈদোক্লুনা নৈনরিখে লোমনাইদবা লাইগী লাইবিরেন লীরেন হেক হেক হীরি কোন্না কোনফরিবসে। মসিমক্লসু অদুম তাকচরে-মণিপুরী সাহিত্য মরু পাল্লি।

হেন্না নুংঙাইবিবদি শক্তা চুদা করিনো কনাগীনো কবিসু খঙদবা পোৎশক অমবু ব্রাখল লমজৈনা নাপ ওন ওন্দুনা শকওং শক্তম লাকশিন্দুনা পুক্লিংনা পবিং থাবসিনি। মসিমক্তি অবাইবা নত্তে। অদুনবু অবিবা মণিপুবী সাহিত্য নৈনবা য়াম্নমক নীংঙাই চাউবা অঙাংবু থেন্বনি। "ঐখোয়না কবিগুম্বা লাইবিক অমবু অবিবনি নৎত্রগা অনৌবনি হায়বা লেপ্পদা সাহিত্যগী ইতিহাসকী মতেং চঙই। তশেংনমক করিগুম্বা লাইবিক অমবু নৈনবগা মসি অদুগুম্বা মতমগী পোৎ ওইগনি হায়না লেপ্লবগী মচাকশিং লৈফম থোকই। নৎত্রবদি যাম্না সবজেক্তিব ওইবা মওংদা মানা মানা পাম্বা মওংদা খাইদোক্লবকপা যাই।" (লা-৪) মরম অসিদগী অবিবা লাইরিক অমবু মশক লেপথোকপদা চংদ্রবা য়াদ্রবা মচাক মরুওইনা লোন, লোনযান অমসুং হীবম অহুম অসি ঙসিসু নৈনরিবনি। মসিমক লাইবিক অসিদা মচা তানা নৈনবি।

অসুম্না লাইরিক অসিগী অহানবা তাঙ্কক্তা-"পাম্থোইবী খোঙ্গুল" হায়বসি মমুৎ তানা নুংশিবগী য়ুম্ফমদা শাগৎতুনা নৈনৈ। অইবনা নৈনরিবা লাইরিক অসিগী নুংগী চেল্লিবা ঈচেলসিদা মাহাভারৎকা য়াম্না নকশিন্নবা মতাং অমসু উৎথোকই। পাম্থোইবী, নোংপোক নিংথৌ অমসুং তবম থোইনুচাগা রধা, কৃষ্ণ অমসুং আইওনগা লৈনবিবা নুংগী ওইবা ঈচেলদুগা য়াম্নমক মান্নবা মচত্তু চাংদম্নবা হোৎনৈ।

মথংদা পাম্মোইবী নাহেরোল, খোংজোম্নুবী নোঙ্গারোল, নুংবান পোম্বী-নুব্রাউবা, চোথে থাঙব্রায় পাখংবা অসিনচিংবা অরিবা লাইরিক কয়াবু নুংশি লিরিদা তেঙ্গা থোংদুনা নৈনৈ। মসিদসু নৎতনা মোইরাং শাইওনশিং-অকোংজাম্বা ফৌওইবী, হেঞ্জুনহা থোংনাং লাইরৌলেম্বী, শাম্বা নহা লমগানবা খমনুং য়াইথিংকোনু, ব্রাংলেন পুংদিংহনবা চকপ্রম য়াইনু ফিশাহৈবী, ঙানবা শংলৌলেম্বী, খোয়েন হাউবা য়াইথিংকোনু, কদেং থাংজহনবা তোনু লাইজিংলেম্বী, উরা নহা খোংজোম্বা পিদোংনু অমদি খম্ব থোইবীগী নুংশি নুংওনগী ওইবা নুংশিবনা নুংশিববু নুংশিজবা কৎথোকপৈ মতৌদু তেল্লপ তেল্লপ্না মথেল মচা অমমম ওইনা শুপচিন্না নৈনবশিনসু লাইরিকসিবু হেন্না মরীক চুমহল্লি। হেন্না হেন্নদুম ঈখৌ লাংহন লাংহন্দুনা লাইরিকশিং পুম্নমক অসিবু নুংশিবগী য়ুম্ফমদা কাতুপ-কাতুপকী কাখল-কাখল নাইনা উরা হুমদাং যাম্বুদুনা অমত্তা ওইনা শাগৎঙম্বা অইবৈ খুৎনৈনা খুৎলাম্থোক অসিনা তুংগী মীবোলগী মুৎনাইদ্রবা মৈবা অমবু চুখৎপীবম্বা অসিদি তশেংনমক তাংবনি।

অদুগা লাইরিকসিগী অনিশুবা শরুক-নুমিৎ কাপ্পদগী হৌরগা তুতেংলোন, চায়নরোল, চেংলৈরোল, থব্রান থাবা হিবান অমদি সমসোক ঙম্বা ফাওবদা নৈনরিবা খুৎনৈনা অসিনা অকল অথৌদা য়ুম্ফম ওইদুনা শাগৎখিবনি। মসিনা মৈহৌরোন্দে হৌনা মণিপুবিশিংদি শাদা লান্দা থৌবনি হায়বা নুংলোনবু পাল্লোন্দা উৎথোকই। মাইক্রোকোজমগুম্না তেনতক্লা মণিপুবী সাহিত্যগী শকমাই অনী পুথোক্তুনা শক্তাকপসিদি মীরোলসিগী ব্রাখল শম্বুন শমজীন থোকপনি। অসুম্না লাইরিক অমা থিবদা অব্রাবৈ মশক ওইববা লাইরিক কয়াবু পরেং লেংদুনা লৈখন চানা লেংশিন্দুনা নুংলোন পবৈ কিশি থোক্লা লীবিরেন লাবৈ লারোন লাথুপ থোকপসিদি ওজা তেজমনিগী অচৌবা হোৎনজমন্দু মীরোল মীবোলগী তাবুনুংগী মনি ওইহৌরনি। OO

# মুৎনাইদ্রবা মৈরানি - কংলৈ মাইচৌশিংগী পুৱারী




| | | |
|---|---|---|
| লাইরিক মমিং | : | কংলৈ মাইচৌশিংগী পুৱারী |
| ৎোবিবা | : | ইরাবোৎ নিংথৌজা |
| পুথোকপা | : | লৈচৌ নুংচৌ শংলেন পোয়া লোইশঙ |
| চহী | : | ২০১২ |

মৈত্রবাক্কী মাইচৌ মুৎনাইদ্রবা মৈরানি মালেমদা। মমশুক মমশুকপদা মল্ল মল্লগনি মুরাবগী মরীকপীনা মালেমদা মীনম মীনল্লগা মুৱাউনবৈ মুশি মুশিরবা মৈরানা মালেমথক্তা মানা মাগী মঙাল মশেল্লক্তা মঙলাক্ল রিবা। মুশুক মুবা মোরানবীগী মৈখুনা মমশিল্লুববা মালেমসে মৈরীকপীনা মৈবাথোক মৈত্রেংবগী মঙালনদি মুৎথৎলি। মৈখুনা মদোম মৈঙালগী মৈশাবক্তা মনিলগুম মাংখি। মায়ানা মমশিল্লবা মালেমগী মৈবানি মাইচৌ।

মপুবেন মাগীদি মনাই মাইচৌশিংনা মখুত্তা মৈত্রেং অবাবা পাইদুনা মালেম থক্তা অহিংগী অমমববু কোকহল্লি। উইশিল্লগসু উঙম্বা মীৎয়েংদা য়েং, পাথোক পাথোল্লগা থনবা হেনগৎপা পুক্লিং পুবকশৌবীনা শৌ পুন্সি সনাযুম্বীরেন পবিংবু হুনবদা ৱাখল মক্রীংনা লমজৈ থাই। খুন্নিং কাংনা খুদুংবু ওনশিনবী অহিংগী অমম্বা মমিদা। খুউ লৈতানা খুন্নিংথেক শা খুম্মাংবু ওনশিনবী খিং খিং খিংগানবিবা খমলেন খম্বা খাইবীবেন্দা। থেন্দুনা থারিবা তাইবঙ মাযাগী লাংমীৎশিংদা থবো কাংক্রম ওন্দুনা পৎ পুম্নগা থবাক মহৈ য়াম্থরিবা অহাম্বা থৱায় চবোংশিং মখা লাউবা তুঙ্গোলগী খয়াৎনা যোৎশিনদ্রিঙৈ মখুজেং পাইদুনা থাদোকপী। খুন্নিং নেৎপী খুম্মাং নেৎপীদা খুন্নিং খুম্মাং খুদুং ইল্লি। পুক্লিং থোক্কী পরৈকিশী থোক থম্মোয ফিথুপ ফিগোন লাং তীন্দাই লাইতাইননা লাইবিবেন লীরেন লীথাংলোন লীথাদুনা নুংলোং পাতোলবু লাইবেন শাথেক নুংথেক্তা হেক হীবি কোননবু কোনফাবীবনি হাদা পোম্বী চেল্লাচা। মাঙফদ্রবা-লীক্লুরেনগী লীকফাংবু লীক্লাং লাইয়াৎ যাৎ লীক্লাই লাইচু চুম্মাইথোক চুবীরেন চুঙম্বনি মাইচৌও।

হয়ি ঙৈগী হায়ানে। হৈয়ুম হায়নবু হৈথিগে। হয়ি হায়া হয়ুম... পাউবী লীরেন পাউমাইথেক পুঙমাই লীথাংলোই লীথাংলোন্না নাউহই হুইরেন পাউশাদুনা হীরিরোন নুংলোন ঈরিরগা লীথাং নাইথাং নাইবনে। লাংশু পরিং থাদুনা পাউহইনা লাংদাই পাউহনবনে। হাদা পোম্বী চেক্লো চাও-নহুম পোঞ্জেং পাইখরে। তল্লা উকা ফৈরা থক-"তুং তুং তুংদুম্বী..." লক্লা শুকখোন তাবদা ৱাখল শাইজিন ঈকা চোইদুনা পুক্লিং ঈপাক লাং হংঙা মীৎকপ নাউথেমএ-" থা থা থাবুংতোন..."

পরিংসিদা ৱাখল নাপচৈ ওন্দুনা থম্মোয় ফিথুপ থুপ্লগা পুক্লিং উরা হুমদাং য়াম্বুবনি খোরিলাংবা ইরাবোৎ নীংথৌজাগী -"কংলৈ মাইচৌশিংগী পুৱারী।" থৱায়না লুরেন মরুনি। হকচাংনা মউ উজাউনি। পুন্সি শিন্থানা মপাল হৈরোংনি। ঈহৌফম ঈখাইফম ঈবিফম নাইবা তাইবঙ ঈচেলনি। চেম্থুরিবনি লেপ্পাইদনা ঈচেল মাদি। ঈচেলগী কাউশিংসু মশিন্নি তাওথবা। তৌবতবু থিংঙমদ্রবা মতমগী তোরৈলক্তা ঙাওনা ফৈনা শারিবা কাউশিংগী জগোই জগোই নত্তে পাউখোঙনি পাউখোঙ। পাউখোঙসিবু ফোঙজবনি ওজা ইরাবোৎ নীংথৌজানা ঙসিদি মীবোলসিগী মীৎয়েং পৈরবা মখোয়গী মফমদা। নুং পান নাইবা শকমাই থোনবা মাইচৌশিংগী পুৱারীগী তাবু হাংবা তরাইদে। য়ুবী পাম্বী থক য়োংমু লাবনা য়ুবী কোনজবা য়োংলৈমদদি অনৌবা নত্তে। তৌবগীদি ফিজং হায়দোক্রবদি কোন্না কোনজিন নাইনা মচী লোংবা অমম্বগী য়ুখলসু হাইদোক্লোই। তাংলৌ লৈনা থেংলবা নোংয়াই ঈতুনা থৈয়াইননা থৈখ্রগনি অয়ুক্কী ঙঙ্গান্নবা মচুগী চুমথাংনা তাদিং তাদিং চোংজরিবা মহৌশাগী তম্বাক্তা। মীৎয়েংশিদনি খোরি লাংবা ইরাবোৎ নীংথৌজানা পুক্লিং হীরি থোক্লা খুৎমারিবা।

লাইতাই ঙম্বা তীন্দাই ঙম্বা মাইচৌনি। পুন্নমক মতম্মা শাক্কিনি। মতমগী তুহাও চোন্নবা খুৎশানা তিংথোরক্লগনি তাইবঙ মীনু মীবাইহৎ মীপোক্লা হংকোক মচা ওন্দুনা মকোক লৱাই শগুন তৌ তৌ হেক হেক ফোইরিবা। মতমগী নময়াংদা কনানবু চেনবা ঙমখিবগে। তৌবতবু মাইচৌশিংদি চীহাই কনবা মতমগী চীরোংবু খুবাম চেৎনা পাই নময়াং শাজৈ থা শয়াং শাথক তোং করি করিগুম্বদসু

শাথৌবনি। মসিমক্তনা ঙসিগী মীরোলনা মাইচৌশিংগী পুৱারীগী লরাক্কুংদা ৱাখল লাংজীন থারিবনি। মসিমক্কনি ওজা ইরাবোৎকী ৱাখলগী চুমথাংনা মচু তরেং খন্দুনা তাইবঙ থৱায়বু নাউশুম্লিবা। মুৎনাইদ্রবা মৈরানি-"কংলৈ মাইচৌশিংগী পুৱারী।"

শৈহৌ শৈরোই শৈনাইদবা শৈরোলদি শৈশকপুঙদা *শৈরাং পুরেনবু* শৈথাবনি। শৈশক শৈদাবু শৈহেক শৈদম্লিবা শৈশকপগী শংশারদি মঙলানগীসু তাইবঙনি; তাইবঙগীনা মঙলান্নি; মঙলান তাইবঙ অনিগীসু মঙকৎ তম্বনি। মদুমক্তনা ওজা ইরাবোৎনা মহাক্কী লাইরিকসিদা মপুং ওইবা যুগ পুবা মাইচৌ তরেং তরেৎনা খুজিং ওইদুনা নৈনরি। মসিদা য়াম্না নুংঙাইরিবদি কংলৈপাক্কী শকওংবু মতমগী কাখল অহুম থোক্লা হায়বদি-(১) লাই, (২) পোং অমসুং মী হায়না খাইদোক্তুনা নৈনবসিনি।

অসুম্না নিংথৌ শিংকক পুয়াগী লাতম- ২৯, ৩০, ৬৯, ৭২ দা যুম্ফম ওইদুনা শাগৎখিবা লাইরিকসিনা মৈহৌরোন্দে হৌনা লৈরক্লবা মাইচৌশিংগী তোপ তোপ্পা পুন্সি পাদম ঙসিগী মীবোলদা পাউদম্বনি। মসিমক্লা খোরি লাংবা ইবাবোৎ নীংথৌজা কনানো শক্তাকচরবনি। লাইরিকসিগী অহানবা তাঙ্ককসিনা তাক্লি-মৈত্রবাক লাইগী লৈবাক্লি।

অসুম্না খৃ: না পোক্লিঙৈগী মমাং হয়ি হায়া লংদাইঙৈ লাংবা চক্তা চিংঙু খোইয়ুম লাইয়ামশিংনা লাংহৈননা লাংদাই কোন কোনফখিবা পোইরৈ সনা লৈবাক্লি-কংলৈপাক। কংলৈ কংলাদা পানখিবা লাইগী নিংথৌ-পাখংবগী মতমদগী হৌনা হেনথোইবা লাই (মাইচৌ) তরেৎ - (১) হৈরেম পোংহনবা,(২) য়াংকোই নোংসুক, (৩) পোং শাংকোইবা, (৪) কৈরেন লাংসু পোংহনবা, (৫) হৌসু পীনাই পোংহনবা, (৬) লাইরেন পোং পীনাইবা, অমসুং (৭) পীনাই পোং লৌখিবা অসিনচিংবগী পুৱারী মরীক চুম্না চৈচৎলোন চৈশিংগা লোয়ননা নৈনরি।

অনীশুবা লাইরিক অসিগী শরুক্তা উবা ফংবীগনি লাইগা মীগা শম্নবা ঙম্বা পোং কৌবা মী তঙ্খাই লাই তঙ্খাইগী তাইবঙ শাথৌবা পোংহনবা হেনথোইবা

মাইচৌ তরেৎ- (১) লানহা পোংসুহনবা, (২) কাইরেনবা চোনবা, (৩) য়াঙ্গোই হৌসুবা, (৪) পীনাইরেন লৌকাংবা, (৫) মাইচৌ কাইবু তোমপোকপা, (৬) লৌশি শিবুবা, অমসুং (৭) কাংবী-হুইথাংবা অসিনচিংবগী পুন্সিরোল পুবারীবু শিংকোক্লোন শিংকক শিংথাইরেন থাদুনা উৎথোক্লবা হোৎনরিবা। অহুমশুবা অরোইবা লাইরিকসিগী বারোইশিন্দা পোংদগী হুইথরকপা চাথাং নাইথাংনা নাউহুইরকপা সলাই চাদা নাউদাদা হেন্থোইবা সলাই মাইচৌ তরেৎকী পুবারী নৈনৈ। মৈনা বাই তাংনা শমথরকপনা পোংগা হেক তাইনবা মাইচৌ পুরেন হেন্থোইবা মঙাং অপোই মচাগী তুংদা খুদুং ইন্দুনা খুমাবা সলাই মাইচৌ তরেৎতি- (১) খোংনাং থাবা, (২) গনক থেন্ত্রা, (৩) মোইরাংথেম লুখোই, (৪) মোইরাং ললহানবা, (৫) তেপীপা, (৬) খারম থাদোই, অমসুং (৭) শামুরৌ চিগোংনি হায়না কাখল কাতুপ নাইনা চৈশিং চৈচৎলোন উৎনা লীরেন লীথুপ মথুপ মথুপ থোক্তুনা তুংগী মীরোলদা লংলা লংজীন কিশী মচিন থোকপসিদি মমল নাইদ্রবা ওজা ইরাবোৎ নীংথৌজাগী খুদোলনি ঙসিগী মীরোলদা। লৈহৌ নুংহৌ শংলেন পেন্না লোইশঙগী লমজীং পুরেন ওইবীরিবা খোরিলাংবা ইরাবোৎ নীংথৌজানা মালেম চুখোঙ পুয়াগী লাতমশিংবু লরাক লাচন চন নুংলোন নুংবী নুংথুপ লাথুপ পরৈ থোক্লা খোরিবীবসিদি মীরোল মীরোল কয়াগী তাবুনুংগী অহিংবা ময়েক ওইহৌরনি। ○○

# কুগী মৈদি নত্তে - *য়েংববু হৈরদি পুন্নমক কুম্মৈনি*




| | | |
|---|---|---|
| লাইরিক মমিং | : | য়েংববু হৈরদি পুন্নমক কুম্মৈনি |
| অইবা | : | কে সি নন্দ |
| অহানবা থোক্লবা | : | ২০১২ |

নুংগীদি নুংশিবনি। পান্দা পাথোকই। নুংশিবদি নুংশি। নুংশিবনা নুংশিজে। কল্লকপনদি কল্লকই। মীহৌবনা মীহৌই। তাথিবনদি তাথিবী। পাউথোকপনা পাউথোকপী। নীংজবনদি নীংজে। শোনজবনা শোনজে। পামজবনদি পামজে। লাৎচবনা লাৎচে। নুংশিবদি নুংওনবনি। নুংশিবখক্তীনি নুংশিবা।

নুংশিবনা নুংশিজবদি নুংশিবখক্তনি। নুংশিবা নত্তববু নুংশিবদি নুংশিশন্নবনি। নমথাক্লি। লৌনম লাংথাক্লি। মীনা মীবু মীনম্বনি। তাইবঙনা তাইবঙদা তোকপৈ তাৎ তৌবনি। ওইজবখক্তী ওৎপনি। মীৎকুপকীনি।

ঙসিদি মতমগী উফুলনা অহিংগী শনজাবুংদা মালংবগা খুদৈশেন কাউশেন য়ৈনবদা কাংহুগী কাংদ্রম ওল্লবা নুংশি ঈচেল খোঙজেল তপথরক্লে। মসিদনি মীপাই চাউরবা অইবা কে সি নন্দনা খোঙফম চেৎনা পাম্বোম ব্রাংনা থাঙ্গৎলক্লিবা-নুংশিবগীদমক। মায়াগী ঈপাক্তা তাওরিবা কাউশিংনা ঙাথু থেংথুনরিবা পুম্বা মায়াগীসু ছায়া ঙাক্তনি। খোঙফম শেমদুনা খোঙকাপ'মা থৈদোরকপদা থেংনরিবা নুংশিবৈ নুংশিবদি নুংশিববু নুংশিজবা মাত্তনদি খঙঙমই। নুংশিবদা খুদি থিরুদুনবু ওইরসু মীৎকুপ অমত্তংগী মাগী ঈপাক্তা তাউরুবা হীরোই মহাক অদুগী পুক্লিং থাখুম তরং ঈহৌদুনা থম্মোয় পানথক ঈথক ঈপোম ঈহৌবদি তাইবঙ লীচৎনি। অদুবু-তত্তনা তাইবঙদা তম্নবীরিবদি তৌশিন্নবা তাক্তুনি। তাৎনা তাত্তা তাৎ তৌবদি তৌশিন্নবা নত্তে। কৈন্যাগী কোথক্তা কজেংলৈ থোনবনি। মায়াগীসু তাইবঙনি। তৌবতবু নুংশিগী অতিয়াদদি থম্মোয়গী থাজবু হুগে হুল্লাল্লকপা অমুবা অপৈবা নোংগী নোংদুম্লি।

অসুম্না য়োংলৈবাক্তদি য়োংথুন্না ধুল্লোক থিল্লী। য়োংলৈমনা জগোই শাই। য়োংজাওনা শিথ শিথ নোকই। য়োংমৈতৎনা পৈশা থাই। য়োংতাৎনা তাল্লুমই। য়োংমুনা মঙে নীক্লা তানবু থারি। য়োংনাওনা চোংলি ফল্লি। য়োংখুরেনবীনা পীরাং পীরোইনরি। .... য়োংবু য়েংহৈরদি কুগী মৈ-কুম্মৈনি কুম্মৈ। পুম্নমক মাগী মাগী লম্বীনা চিংবা লীক্লমদা চৎনরিবনি। কে কু লোৎনরিবনি মায়াগী ফিজং মরুমদা। চীনবানদি কাংগুমদা নুংদা মচিন থিজবা তাইবঙ লোনচৎনি। মসিমক্লা চীতাই মৈরী মৈশা ফাওনদে। অদুননি কুগী মৈদি নত্তে-“য়েংববু হৈরদি পুম্নমক কুম্মৈনি।”

অসুম্না শাগৎখিবা অইবৈ ঈশৈ লাইরিক-“য়েংববু হৈরদি পুম্নমক কুম্মৈনি” অশিনা অইবগী তাইবঙদু মশক উৎথোকই। “সিক্করদা” মতমগী হংলাইশিংনা পুন্সি চুপ্পমা শাস্তিবু থিবদা চোকথরক্লবা পুন্সিনা হনজিন-হনজিন হামজীন্দুনা কীম্থরক্লবা পুন্সি খুন্নিংথেক হীদেন্দা মান্নবা মশক্কী খেন্নদবা নুংশক্তা অশিবা পুথোকপে খোঞ্জেল মীৎকপ মীরাউখোল নত্তনা অতৈ`মা তাদনা পুন্সি খমখিবা মশক্তুনা অইবৈ পুন্সি তাইবঙদা তত্তনা মঙলাক্লদুনা করেম্নবীরি। অদুননি লাইরিকসিগী ব্রাহৌদোক্তা অইবনা ফোঙনা লাউরি থম্মোয় তনিক্লা - “ঐখোয়না লৈরীবা মফমসিদি, মায়া সংসার হায়না কৌনরিবনি। নুংঙাইবা করিনো, মশক খঙদনা ঐখোয়না নুংঙাইবা থিরি, তান্নরি। মমৈথংদা নীংবকায়বা অমসুং ব্রাজহৌবা নত্তনা করিসু ফংদে।”

তশেংবদি খুদুম শিংদুনা লাকখিবা অইবনা থম্মোয় থুমহৎনা নুংশি ঈবৈ ঈরা ঈহৌহল্লি পুক্লিং ঈপাক্তা শুরগী ঈপোম লাংদুনা। অইবৈ পুন্সিনা নুংশি পোং তোংদুনা শৈরোনগী নৌরেল পাইরগা থম্মোয়গী হংঙা মীৎকপ থেম্বদা মায়াগী ঈপাক্তা কাউশিংগুম লৈনা লৈনা জগোই তম্বনি। থেংনকরে, নুংলোন ঈপাক ঈয়াইথক্তা পোমশাৎনবী থম্বাল-নুংশিবা। হে নুংশিবা নঙদি মমিনি মায়াগী মালেমসিদা। মরমসিদগীনি- অইবনা নুংশিববু তাইবঙদা ফংদ ফংঙম্নক্তুগা পুন্সিনা থম্মোয়দা মোইথেম তৌরক্লিবা -“নুংশিবা হায়বা ব্রাহৈদু

করিসু মত্তে, ঈশিংদা তাবা ঐ ইশাগী শক্তমগুম্বনি-শক্তমদুবু ফাগে হায়না হেক থিংজিনলুবদা পুমচাই চাইনা মাঙখিবা অদুগুম্বনি। অশেংবা-নুংশিবদি ঈশ্বরগী মফমদতা লৈবা ওইথোকই। মীওইবদি-মপুঙ ফাদে, দোষ কয়া লৈ মরম অদুনা কুইনা খক নুংশিবা য়াদে।" (ৱাহৌদোক)

অসুম্না পুন্সিনা নুংশিগী হীথাংফম থিবদা ঈশ্বরগী হীদেন নক্লরকই। মসিদগীনি অইবনা অইবৈ পুক্লিং ঈপাক্তে ঈশ্বর মাবু শৈথাবা শৈরোল শৈরাংলক্লিবা- "নুংঙাইবা থিবদা ৱারবা মীওইবা/লম্বীদো ওন্নরে হল্লকখো লাওনে..." (লা-১২)। থৱায় পুম্বে ঈহৌফম ঈতিনফম খাইবীরেন মপুরেন মাগী থৌগন ফংজনবা হোৎনবদা মালেম ইমাগী য়াথং নত্তনদি ওইথোক্তে খঙলকই কে সি নন্দসু। মসিননি লৈবাক নীংবৈ ঈচেল'মা নাইরক্লিবা অইবৈ পুক্লিং ঈপাক্তা- "তাররোইদ্রা তনা তনা উররোইদ্রা উনা উনা..." (লা-১৩৩)। অদুনা ঙসিদি ঈচেল অহুম্না ঈতিনফম ত্রীবেন্নি শঙ্গম্নি অইবৈ পুক্লিং। অদুগা অইবৈ পুক্লিং ঈপাক্তে ঈথাইরক্লিবা-"য়েংববু হৈরদি পুম্নমক কুম্মৈনি" গুন অহুম্না তিল্লবা শক্তমদুনি শক্তম।

তৌশিন্নবা তাৎ তৌদনা থম্মোয়না থম্মোয়বু মীনমদনা পুন্সিনা পুন্সিদা চাউথোক্লা দোং লাউনা হেক্তমক হায়বা ঙমই। ঙসিসু অদুঙৈগী কোইচেন চেন্দুনা শান্নরিঙৈ নুংশিবা করিনো খঙদ্রিঙৈদা নুংশি লম্বীবু খুদোম্বী থিন্দুনা তাকপীখি মশক্তি উদনা শক্লোৎপা অমগুম কে সি নন্দনা ঐঙোন্দা। মীৎকুপ্তুদা হকখিবনি থোৎলবা ঐগী থম্মোয়দা থৌরবা মাগী শ্রেনীদুনা-"তুমহল্লো ঐবু মোংফম লৈরোন্নুংদা..." (লা-৩৮)। থম্মোয়না মদোম ঙংজবা অৱা নোংলৈবুসু থৈঙম্বা নুংশি নৌরেলনি পুন্সি মায়া ঈপাক্তা। নুংশিবা করিনো খঙলকঙৈ নুংশি পোৎলুম্না শন্নজীংগুম্না নম্থবীরবা পুন্সিনা থেন্নুবসু ঙমদ্রে থম্মোয়গী নীংঙাই ঙসিদি - "পুন্সি হায়ববু মঙানিতগী নত্তরা?/ নীনীগী আশা হুম্নি গী পিরাং/ঙাইদুনতা লাকখি থম্মোয়না মাবু/ঙাইবগু লোয়রে পুন্সিসু খল্লে/" (লা-৩৮)/নুংশিবদা ঙাওজবা কনাগী থম্মোয়দদি নুংশিবা মানা য়ুময়াইদা লম্মাংনপ্পবসু থম্মোয়গী লাইয়ুমদা লোৎনা ঙাল্লিবা নুংশি মূর্তি মাদি নুংশিবা

মাত্তগীনি নুংশিবা মাত্তগী-"ব্লারেদি হায়খিদে মৈচাক খাঙবদা/হীংখিবনি ঐনা মৈচাক্তো লোত্তুনা/মৈচাক্তো খাঙবা লাকখিনি মাগীসু/ফোঙলখিনি পাউখোং থম্মোয়না চল্লম্বা/"(লা-৩৮)/অদুনা ঙাইখিনি মাবু থম্মোয়না পেন্না তাইবঙ কনানা অয়েৎপা পীদনবা ইমীৎসে উইশিন্দুনা তাইবঙ তুমখুন্দুদা-"তুমহল্লো ঐবু মোংফম লৈরোন্নুংদা /মীৎকপসু থোক্তনবা, মঙলানসু মঙদনবা/" (লা-৩৮)

য়োৎপীবু তাওহনবা ঙম্বা কে সি নন্দনি। তশেংনা থম্মোয়সিনা চাউথোকচৈ মাগীদমক। মীগী থম্মোয়বু হুদুনা জয় তৌঙম্বা মাগা শকথেংনরুবশিক্লা শিবা নাইবরোই থোঙাম ইবোচৌ। ঐখোয়গী ইরক্তে থৈদুনসু চৎঙমদ্রে পহারি-"উবীদ্রবা ফজবা ফজকুবগী করি কান্নৈ..." (লা-৪০)/ঙসিসু মোং হাদনা ঐখোয়গী ঈরক্তা লেপ্পি অহৈবম শ্যাম-" মৈবানবীগী ব্লারীবু মৈরীনা তাবীগদরা..." (লা-৩৯) । শিনাইরবোই পুখ্রম্বম চন্দ্রকুমারসু-" লোইবী চীংলোন লান্না লাক্লে ঐহাক্তি..." পনখৈগী ব্লাংমদা লেপ্তুনা পুন্সিনা নোকপদা পীবোইনববা কপ্পদা মোমোন্নববা পুন্সিদা পুন্সিবু পুন্সি পরৈ থোকপনি। পুন্সি লীথুপ্পু খম্বা নাইব্রা? লোম্লাইদে কংনাইদবা ঈফুৎ । নুঙবু মহী চেলহনঙম্বা কে সি নন্দগী থম্মোযনি।

য়াম্না নুংঙাইরিবদি ঙসি ঙসিমক নোহাখোলনা চোংথাম শ্বার্নোলতা নীংশিং সাহিত্য মনা ২০১৩ কে সি নন্দদা পীদুনা থোঙ্গ্রা তেকশিনবসিনি। ○○

# মীতৈ থুমপাক্লি - আর কে নরায়নগী খনগৎলবা ৱারী



| | | |
|---|---|---|
| লাইরিক মমিং | : | আর কে নরায়নগী খনগৎলবা ৱারী |
| হন্দোকপা | : | চিরোম ইবোতোন |
| [illegible] | : | চিরোম রাধারাণীনা রাইটর্স ক্লব মণিপুর, [illegible] |
| চহী | : | ২০০৮ |

চু গীনি চুবা। চুবাসু চুদি চুনি। চু চাবগুম্না চুবাসু চানৈ। চু চাবনা চুবা চারুদে। চুবা চাবনা চু চারুদে। চু চারিবা চুহীংগীনি। চুবা চারিবনা চুগুমগীনি। চুসু চুবাসু চাঙ্গাক্তি চাঙ্গাক্লি। চুহীংনা চাকশানি। চুবানা চজীক্লি। চজীক চাকশা চাক্তি চাক্লি। চান্না চান্নবনা চান্নরিবা চাঙ্গাক্লি। চু চন্নবদনা চুবা চন্নদে। চুবা চন্নবদনা চুহীং চন্নরুদে। চন্নবা চন্নদবদুবুনি চৎনবী। চৎনবীশিননি চুগুম্বীনা চুবু চুমাইথেক্লা চুগুমথোক চুম চুমদুনা চুমথোক্লবা চুহীংগী চুহী চীনি চমফুৎতা চন্নরিবা।

মীৎয়েংশিংদনি ওজা চিরোম ইবোতোনগী "আর কে নরায়নগী খনগৎলবা ৱারী"কৌবা ৱারীমচাগী লাইরিকসিনা শাফোওলক্লিবা। তাইবঙ ফম্বাক্তা চপ চপ মান্ননা শান্নরিবা কুম্মৈদুনি অহীংবা তাইবঙ কুম্মৈ। তাইবঙ থৱায়না পুক্নি ফিজোল হোং, ৱাফল খদাংজেৎ লাক, থম্মোয় থাখুম খুম, পুক্লিং পরৈ হন, তাৎ তৌ তৌদুনা মানা মাগী কে কু লোৎপী শান্নবদা মীতৌ তমলুদবদি মনিং তৌই-লাই। মীতৌ তম্বদি লুই-ৱাই। হেন্না হকচিল্লিবদি মতৌ তমদুনা মালহল্লগা হীংহনবদুনি। মসিমক্তনা ওজা ইবোতোন্না ৱাখল লমজে থাদুনা লাইরিকসিগী ৱাহৌদোক্তা হন্দোক্লোই অমগী অৱাবদু থম্মোয়গী মরু ফুক্লা শত্রংগী পো কাংলি- "লাইরিক হন্দোকপা-মীয়াম্না হেন্না খওবীরবনি-অরাইবা থবক নত্তে। ইমারোলদগী অতোপ্পা লোন্দা হন্দোকপদি খরবু কোম্মী; ইশাগী ইনীংতম্বা খরসু লৈ, অদুবু মীরোলদগী, মরুওইনা ইংরেজীদগী ইমারোলদা হন্দোকপা অসিদি য়াম্না ৱাই- অপনবা চাম্মা চাম্মা থেংনৈ। হন্দোকপা সাহিত্য হায়বসিদি হান্নগী অশেংবা মহাওদু মপুং ফানা হাপ্পা ঙমদে; কনাগুম্বনা 'চুহী লৌথোকখ্রবা চুগুম্নি' হায়বম্বদু তশেংনা চুন্নবনি।"

সাহিত্যগী জগত্তা ট্রান্সলেসনগী লৈচন্না সরাক লাচন্দুনা লৈশি লৈথোল্লমদ্রগদি মালেম শিম্ভুংনা মঙাল মশেক নাইরিবা বীশ্বা ভারতিগী মপু রাবিন্দ্রনাথ টেগোর বেঙ্গলখক্তগী ঠাকুর ওইরমগনি। তৌবতবু থম্মোয়গী মীৎমাংদা পীরাং শিম্ভুনা লেপ্লীবা পুন্সি পাঙ্গুম্বা ব্রাখলগী তুরিনা পুক্লিংগী কেনভাশতা নুংলোন হীরি লাক্লা শকওং শক্তম শক্লাক্তুনা মচু থাবা কনানবু তরাইনা লৌনবগে। অকা অকুম নাইবগী ব্রাত্তনি। মসিদি তাইবঙগী হৌনশানি। লীওনার্দো ডা ভিন্সিগী মোমোন্নবী মোন্নালীশা মোন্নালীশা লীশিং লীশিংলক্তসু ধ্রুবতরাগুম্না ঙাল্লি ঙসিসু। মতমগী মোন্নালীশা কয়া কয়ানা থৌগল তৌরিবী হে মোন্নালীশা শিনাইদ্রবনি নঙদি শিনাইদ্রবা !

মালংগী তাম্বাদা তাম্বা তান্না হাইনা শুম্না কিশি কিনা কিনা থেক্লা খোইনা চেনবা ঈবৈগী শাথেক্কী নুংলোন শাথুপ্লক্তা হেনৌরবা থম্মোয়না ঈথক ঈহৌদুনা ঈপোম্না ইকারক্লদা মদোম কীম্বজৈ পুক্লিং পবৈ পাগী পল্লোননসু। মচিন লীশিং লোংদুনা ঈরোং ফাংনা চেম্থরিবা ঈচেল ঈচেল মচা কৌবা যাব্রা? গীতা, বাইবল, কোরান করম্বা পৃথিবীগী মরুওইবা লোনগী লোম্বৈগী পুক্কে ওইদবা য়াওবগে? সংস্কৃত খক্তগী নত্তে-গীতা। ইংলিশ লোন্না বাইবলদা তাংজবনি। কোবানগী থৌগললোইশিংগী মরক্তা উরদুনা নাপল তৌজবনি। লোনদি ফিজোলনি। মফম মতম তাঞ্জা-তাঞ্জাগী ফিজোল হোংবা হৌনশানি। অইবা অমসুং লোন তোর্ব্বান অনিগী সাহিত্যগী ঈচেল তাইবঙ জীবশিংগীনি। তাইবঙগীনি। খুৎই অমনা সাহিত্যগী ঈচেল নাইনবু চেম্থখ্রবা অইবৈ নৎত্রে। লোন্দুগীসু ওইদ্রে। মসিদি তাইবঙগী লনগৈনি লনগৈ।

ভারত মচাশিংদি থম্বু থমখিশি মীতোপ কনা কনাগুম্বনা থম্মোযবু পাল্লবদি খোইকম মোমোন তৌনা মোং হাদনা চেম্থরিবী গঙ্গাবু হেক উরুবদা মীৎকুপ্তো দাকফম্নি থম্মোয় লাইয়ুমদা পুন্সি মাগীদি। আর কে নরায়নগী খুৎইসু সাহিত্যগী ঈচেলদদি গঙ্গানি। নরায়নগী পুক্লিং ঈরোংদা লায়ানন্না য়া ঈখাইদুনা চেম্থরক্লিবা ঈচেলবু মণিপুরী সাহিত্যগী ফিজোলদা থেং-ঈরি ঈখাই নাইবসিদি অতাংবা লন্নি। তশেংনমক হন্দোক্লোই চিরোম ইবোতোন্না মণিপুরী সহিত্যদা নরায়নগী ফিজং অমদি হাইদোক্লে।

য়াম্না অঙকপা অমনা হন্দোক্লোই অমগী খুৎইনা অপাবশিংগী থম্মোয়নুংদা অইববু থয়াইননা থমদুনা নাকোইননা থোইনা নীংশিংলুদবা ঙমহনবসিনি। তশেংনমক ওজা ইবোতোনগী মপুকথোক্কী খুৎই মানবা খুৎলানথোক্লা ব্রারীমচাশিংসি পাবদা অপাবশিংগী থম্মোয়বু হুঙম্বসিমক্তি লমসিদা মায পাক্লবনি। ব্রাহৈদা ব্রাতাদা প্রমান্দা পম্বৈদা মীগী মান্দনা ঐগী ঐগী ফিজেৎ চাকচানা কে মৌবসিনা ব্রারীমচাশিংসিবু হেক পাক্কবদা লোৎনা থুপ্না লৈরম্বা পুন্সি তাঙ্কক্লা মান্নবা য়াওরমদুনা দোং লাউনা থম্মোযগী খোংবীনা খুদি থিক্কবদা ফন চোংথোরক্কুনা নুংলোনগী- নরাযনদুনা ইবোতোন ওইনা শংশং পান্দা চোংথোরক্লগা হেক্তমক লেপ্লরি ইমাংমক্তদা-" মংলিবা নোংসিনা লাকপদা, মসিনা সংসারসি তাউথোকখ্রনি... ঐদি নঙগী শক্তমসিদি থুগাইবা ঙম্লবোই, অদুবু কান্নগদৌবা লৈরদি ঐ ইশামকসি বলিদান তৌজবগে..." (লা- ৩৩)।

অসুম্না হন্দোক্লোইশিংনা মানা মাগী মীত্রংগী শিযোম্নুংদা জাদুগী মীথাই পীজরগা ময়া কাদুনা কংলাক্লরিবা কনাগুম্বশিংগী থম্মোয়দি মনিং তৌবা পুন্সিদি নৎত্রে। থম্মোযদুগী লানফা ওইববনি। থম্মোয়না থম্মোযবু মীনম্বদি নত্তনা মীত্রং মীথাইগী উবোকথোংনা পুন্সি মায়া তোর্ব্বান অনী লাম্থোক্কুনা পুক্লিং নীংঙাই থেম্বদা থম্মোয মৈচাক কোক্লববা অব্রাবা কাউববা পুন্সিনি তাইবঙদা। থোইনা তাৎ তৌবরোই। মসিদি পাম্বেনি পাম্বে।

পাম্বেসিবু থিজবনি চিরোম ইবোতোন। মশাগী নৈনা ব্রারেং অমগা শৈরেংগী লাইরিক অমগা পুথোকপীখ্রবা তুংসিদা থম্মোয়না পীক্লিঙৈদৈ মীহৌজরকপনা চাংয়েং অমা তৌজবনি পুন্সিদা লাইরিকসি। শরেংদা থাউ থাকপনি -"আর কে নরায়নগী খনগৎলবা ব্রারী"।

লাংবনগী লৌচি কোইঙমদবা নুংশাগী মৈশাবু লোকপা লাকপা শংবান্নরবা অতিয়াই শংলৈনবা লৈচীন মফোল নোং, পুন্সি মীৎয়েংনা শুক্তোক্কুনা য়েংলুরগা হেক উরু মীৎকুপ্পুদা থম্মোয় ফিথুপ থোক্লা নোং, পুক্লিং ঈপাক ঈয়াইথক্তা নিং নিং খোম্থাং য়ৈনা জম জম চুথরিবা ও-নোং, নোং নঙননি মায়াগী মালেমসে

মালহৌনরিবা। মতমগী উফুল থাংজীন্দুনা পৎঙমদ্রবা পোলিথিন মপৈ মপৈবুসু নঙগী ঈরৈগী নথানুং লোৎনা তুমিন হু হুদুনা নাউথেন্নদুনা পোবীরগা ঈবোন্নুংগী নাউশুমদা নাউথেন্বীরিবা নরায়ননি। মাগী সাহিত্যগী জগত্তি সমুদ্রনি। অসিগুম্লবা থুমহী চেল্লবা ঈপাক্তে ওজা ইবোতোনগী ৱাখলগী খুৎশানা তেঙ্গোৎ মচা'মা শোকচবনি। মীতৈ থুমপাক্লি-"আর কে নরায়নগী খনগৎলবা ৱারী।"

অমনসু তাদবা অমনসু হেন্দবা পরিং পাবোৎ লোন্না পরেং শানা তোংবা শেম্বাং পরেংনি ৱারীমচা ১৮ গী লাইরিকসি। "পাঞ্জি অমগী নুমিৎ" হায়বা পাঞ্জিগী মাইখুম হাংদোকপা ৱাবীমচাসিনা হৌই। নুমিত্তো পাঞ্জিদুগী পুঙ্গিদা লীত্তুনা চেনবদা হীংখিদবা নুমিৎনি। মহাকপু হাৎকনি হায়দুনা থিবক্লিবা মহাক অদুনা মহাক্কী মখুৎমক্তা মহাক্কী মখুদাংদু তাপ হেক পায়। তু খ্যাউ চুংই। খোঞ্জেলসু ফাইরকই। নীংশিংলকই নীংশিংলরোই খন্দুনা কাউখ্রবশিংদুদা দোং খুদি থিরুবদুদদি। মাই পাকপৈ মাইথিবদুনা মীচেন ওইরুববা পাঞ্জিদুগী পুঙ্গিনা মাই থিবৈ মাই পাক্তুনা খুদুম শিংদুনা লানশিংনরকই-" নঙ শিরে হায়দুনা হুন্দোক্লম্বনি। ঐ চুন্বা?..." (লা-৬) মখা লাউবা তাইবঙ থম্মোয়গী বোরা মচিন্দুবু পুল্লম্বা উতংগী কন্নম পৈয়াদু পরৈ থোক লাক্তুনা লংথোকখি-" আহ, ঐঙোন্দা খবগা হাযখো..." (লা-৬) অদুদগীদি মথৌ কন্না শংলবা পাঞ্জিদুগী জাদুগী সুরিনা যেক্লবদুগী পুক্নোপ্তা থুম্না থুম্না থিনজীল্লকই-"মতম অমদা সুরী অমনা নঙোন্দা থিনখিব্রা? " (লা-৬)। খঙপ্রেক খংনা মথাবাক্কী সুবীগী দাকফমদু পাঞ্জিদুদা উৎনা উৎনা হিকথরকই লম্লানবদু- "লম্বী চৎপা অমনা তান চারুদুনা গুহা মনুংদা মুন্না য়েংথরমদ্রবদি ঐ শিরমগনি... ঐ করম্বা মতমদা মাবু ফংগনি?" (লা-৬)। পাঞ্জিদুগী প্রতিকা পীবকই-"হয়েংমুক্কী মপোক্তা... মহাক থা মরিগী মমাংদা অরাপ্পা শহর 'অমদা শিগ্রে... লোরী অমনা তকখাইখিবনি... মসি নরাইবক্তা নম্মু অদুগা নয়ুমদা চৎখ্রো কৈদৌঙৈদসু মখারোমদা নমায় ওক্লক্কনু

অদু ওইরবদি নঙ চহী চাম্মা পুন্সিনি।" অসুম্না পুন্সি থেংখাং অমদা শকখঙদবদুনু হাৎকে হায়না হোৎনরুরগা শিহৌদবদৈ মাবুসু অমুক হাৎকে কোইথি থিরক্লবদ পাঞ্জি শকলোন্দা লাংওল্লবা পাঞ্জি পাঞ্জি ওইনা শিনিংচিৎতা হীংহৌই।

অসুম্না হীউমরদা শাদোং ওইবা মৈরাগী মশক ওইবা ব্রারী মচাশিংসিগী নুংদা হকপা শকওং শদানা তোপ তোপ্লা থমখ্রগা থুমহী-চেনবা সমুদ্রগী ঈশিংগী মহাও অয়াকপবু কংলৈচাশিংদা লৈতোন তংহনবসিমক্লা ওজা চিরোম ইবোতোন লেংদনা লৈরিবসিনি ঙসিসু। OO

# ফোঙচন চনবা পাউখোঙনি -
# মায়খোঙদা লোৎলিবা মমিশিং




| | | |
|---|---|---|
| নাটকীক মমিং | : | মায়খোঙদা লোৎলিবা মমিশিং |
| ওইবা | : | য়েন্দ্রেম্বম রনধির কুমার |
| অফোঙবা | : | য়েন্দ্রেম্বম ওংবী লেইমা অশৈ য়াফোঙ য়োকখৎলুপ, ইতম মুঙোমপীদমক ফোঙবা |
| অহানবা ফোঙবা | : | ২০১১ |

মায়থোঙদা মক্লিবা মপুক্লিংগী মমিনি। মমি মানা মুশিন্দ্রগদি মালেমদা মঙালনা মঙলাক্লবল্লোই। মঙ মঙগেরা মঙ মঙলোইরা মা মাগী মতম্মবু মীৎমাঙমক্তদা মুক্তুনা মীতাররবদা মোইথেমদুদা মুম্থরুদুনা মীৎতাঙবা মানফাও মচীন দদি মকুম মরুম মশৌরা মোল্লবা মাযাগী মখুৎ মচাদুবু মারুবা-মালেমগী মচৎনি। মদুতনি মালহৌননা মীহৌনরিবা মালেমদা। মদুগীনি মীওইপোক্লা মঙলাক্লরি... সে। মঙ মঙদবা মীবু মীরা? মঙ মঙবননি মীওইবৈ মাযথোঙদা মমিনা মবাং মরাংলিবা। মবাং মরাংবা মক্রিং মবক্তা মবাং মরাংদবা মাদি মবিং মবাংই। মম্মু মম্লক্লবা মঙলাক্লরুদ্রে মকুনা মরীকপী মরীকপদা। মম্লগা মঙলাক্লজবদি মঙালনি।

মমীৎ মশিং মান্নবা মনা মশিং মান্নবিবা মচীনসু মান্নবা মনাতোনসু মান্নবা মখোঙসু মখুৎসু মান্নবগী মান্নবা মক্তগী মমি মানবা মীওইবনা মান্নদ্রিববু মা মাগী মবাইবক্কী মশুপ মশুপ্পা ময়ি ময়িশিংদুনা মৎপীরবা মপুন্সিদুনি। মসিমক্কী মমিনি মায়থোঙদা মমশীল্লিবা মকশীল্লিবা। মমিগীসু মমিনি।

মীৎয়েংসিদনি য়েন্দ্রেম্বম রনধির কুমারনা ঙসিগী মালেম ফম্বাক থক্তা কৌজেং হারৌগুম্না ফন ফন চোংলিবা মীওইবৈ মায়থোঙদা লোৎলিবা মমিশিং শুক্তোক্তুনা তান্না তান্নদুনা কোইনা লৈনা য়েংলক্লিবা। পুন্সি ফীজঙ খনখিদুনা মায়থোঙদা তম্নরিবা মমিনা ফাজিন পুনশিনজবা ঙমদনা ইফোঙ ফোঙনা চল্লিবা পাউখোঙবু লোম্থোক্তবা থম্মোময়না দোং লাউনা ফোঙবদি তরাইবা নত্তে।

মরমদি পুন্সি চৈবী চৈথেংলক্তা চৈনাখোল খাঙবদা খাংঙমদ্রদুনা লমজাউ খোনবা লম্মৈগুম লাউ খোংলিবা থম্মোয়দুগী কাথেক্কুনা কাইরবা ময়ি মরক্তগী শুংতোক্কুনা চেম্থরক্লিবা ঈখেংনা মদোম ঈতুংফমদা তুংলক্লিবা অমুবা দাকফম্নি থাজগীসু মায়হিং। ফোঙচন চনবা পাউখোঙনি-'মায়থোঙদা লোৎলিবা মমিশিং'।

থম্মোয়না চীহে নাইনা মদোম তুমিন লোৎনা চন্নবা পাউখোঙবু চীনবান পল্লোন্না ফাঙমদা খোম্থাং নাইবকপদা পুক্লিং থাখুম খুম পুন্সি মতু পোল্লক্কুনা তাইবঙ খোঙচৎ খুন্নিংথেক থেক্লকপা হৌনশানি মহৌশাগী অচিকপদদি হীংচা য়াইতম্বমক ওইরবসু।

কনানবু ফোঙলুগনি হীংচাবী শরীগী পাউখোঙ। তৌবতবু পাউখোঙ চল্লবদি ফোঙবা তাবনি। থৈদুনা চৎপা য়াবোই। মবমদি ঈচেল নাইরগা ঈরৈনা ঈহুন লাংবনি। মসিমসু মহৌশানি তাইবঙগী। বনধিরনা তাইবঙ মায়থোঙদা লোৎলিবা মমিশিংনা চল্লিবা পাউখোঙশিংবু ফোঙলিবনি তাইবঙদা। মমিগা তাইবঙগা তাইনদুনা নুংলোন পাল্লোন অনিবু হীবি কোন্না কোনফাবা ঙম্বা খুৎই খুৎলাম্থোক্লি - 'মায়থোঙদা লোৎলিবা মমিশিং'। তশেংনমক তাইবঙ মৈশা লাংলবা থম্মোয়গী মৈশানা য়ৈবদা মহী চেম্থরক্লবা রনধিরগী থম্মোয়নি।

অঙাওবী ইমাদি ইমানি। ওক্তবী ইমাদি ইমা নত্তে। ইমাদা ইমা কৌরুদ্রবা পাপনি। ইমা নত্তবদা ইমা কৌবসু পাপনি। য়োকচবীসু পোকচবীনি। পোকচবীদি য়োকচবী নত্তে। ইমাদি ইমানি। ইমাগী শিয়োম্মুংদৈ চাউরকখিদবা তাইবঙ জীব লৈতে। মসিমক্তননি তাইবঙদা তাইবঙ কনানা পলেমগী খোম্লাংমন শিংঙমদ্রিবসি। তৌবতবু -ওক্তবী নুপীগী শিয়োম্মুংদা চাউরকখিবা অঙাংদি পাপ্পীনি, পাপকী পাপ্তা পোক্লকপা পাপ্পীনি।

পাপ কয়ানা লৈতেংলবনি। মদুমক্তনা তাইবঙ মীরোল থোক্লিঙৈদগী হৌনা মীনু চংবা হৌরে। তাইবঙ চীঙাক চা তাইবঙ মীৎয়েং উরকঙৈ তারকই তাইবঙ মীনোক। লাঙ্গোই চনশিল্লক্লিবা খারবা মীৎয়েংদা শুক্তোক্কুনা য়েংবা হৌরকই।

নুঙগুম্না তাশীল্লক্লিবা থম্মোয় নুংদা ওমদুনা ৱাইখৎলকই ৱামৈগী মৈরী। মচীন নাইরকই মৈগী চীং। অদুদগীদি কাথেরকই লংলম্বা মায়থোঙসু। ফুইনা হোল্লকই অমুবা নুংশা শ্বব। অদুদগীদি- পাইথোরকই লাভা। অদুদগীদি...

অদুদগীদি- লৈশাবীসু মচা পোক্লক্লে। মীনম্বনি। লৈশাবীদি মচা পোক্তে। অদুনবু খুবাক নামত্তা খুবদা খোঞ্জেল থোক্ত্রিবনি। কলি যুগতদি মপুরোইবা লৈনা লৈনা অতোপ্পা নুপাশিংগা হৈরাং লোঞ্জা চামিন্নবা লৈবাং লোনজীন চীনমিন্নবা নুপীদি ওক্তবীশিংদা চন্নে। ঙসিগী মীরোলদদি কুন্তি ওক্তবীনি।

মবমদি মাগী শিয়োম্মুংদৈ পোকখিবা মচানুপা মবী মপুরোইবা পান্দুগী হৈক অমত্তা নত্তে। অতোপ্পা নুপা মবীগীনি। অদুনবু-কর্নগী কবচদুবু কবি কান্নখিবগে? মশাদা মদোম তিংখঙ ওইনা য়ুশিঞ্জবা নত্তনা। করিগুম্বদা কুন্তিনা কর্নবু মচা শক্লা মথানুংদা নাউকোনজরল্লবদি কবচদুগী চন্নফম লৈবমদুনা ভারত পুম্বে নিংথৌরেল ওইরমগনি। করিগীসু শিন্থরুনি কুন্তিগী পীবাং। মহাভারত লাঞ্জাওসু থোক্লম্লোই।

ঙসিদি লৈশাবী শাবী কলিগী কুন্তি কয়ানা লোৎনা পোকচবা মচা কযামা কুন্তিগুম্না সমাজগী মীনোক মৈশা কীজবদৈ লেত্রিনগী কুমুৎ থন্নরক্তুনা তাইবঙ তোবৈ তথুপ্নরে। অনৈবনা মতাইদা অকুবনা মযাইদা চেল্লবা তানফমসিদা ঈ মশেনগী লান্দা হা কান্নরে থৱায় অহাম্বা... মসিমক্লনি লাইওইখ্রবশিংদুনা লীবি লীবেন থম্বীরম্লিবসে-'শাইজীন শাইজীন শম্নদুনা শেবোত্তা মাইরেল তোপ্পরনি... নাথৈক্বদুননি নাথৈবিবসে। তাহৈদবসু তারিবসিনি। উহৈদবসু উবিবসিনি। অদুবু...

শক্তমসিনা পুক্লিংদা লারাক লাচন্দুনা থম্মোয় ফিগোন থোক ৱাখন নাপচৈ হুন্দুনা পুম্সি পরিং থা অমুবা মচুনা য়েকপা হৌরকই রনধিব কুমাবনা মাগী অহানবা ৱাবীমচা কুনমরি-'মায়থোঙদা লোৎলিবা মমিশিং'। অহানবা ৱারীমচা-'হীদেন অমগী ৱারী' অইবনা তাইবঙগী অঙকপা হীদেন অমদা ৱাইথুংলুদুনা থম্মোয়গী তুরিনা যেকপা হৌরকই ওক্তবীগী মচা বোমচা।

মোং হাদনা লীরি লীবি লেপ্পাইদনা ঈপাক তন্নিবা ঈচেলগী কাউশিংনা শাবা জগোইদুনি তাইবঙবু শুন্নিবা। শিথ শিথদুম নোকহল্লি তাইবঙ পোৎলুম

কাউহন্দুনা। অমরোমদা লৈরাই হামজীন্দুনা তোর্বান খা রাই খঙদনা মনীং তৌনা চেল্লিবা ঈচেলগী ঈরৈনা য়োৎশিনখ্রবা কাউশিংগী জগোই তাইবঙ কনানা মীৎতারুদ্রসু হু তোপ্লবা তাগী তাজীন তাতোন তাইনফম খঙদনা তন্নকপদুনা লৈতাফমদি খঙহনদে তাইবঙ থৱায়। খাঙবা তাবনি অহিং নুংথিল নাইবা তাইবঙ। কনাদবু তাইনরুনি। তাইনবা তারগসু মদু কনা নত্তে ইমানি। ওম্ভোকপনি বোমচাগী - পুন্সি।

ওক্তবীগী মচা ওইরুবদুমকনি বোমচানা নুমিদাংগী অমম্বা মতাইদা লুমথরবা মায়থোঙদু থাঙ্গত্তুনা লুবাক্লবা মীৎয়েংনা য়েং লোৎঙমদ্রবা মমিনা মায়থোঙদা তা পান দুকানগী ফক্লাংদা ঙাদুনা ঙাইরিবা মপা হল্লকপা ভাবাগী য়ুমদু থাদোক্লম্লগা। মাবু উবমক্তদা কনানদি হংলোই- “কনাই অঙাংনোনে? অসুক থেঙলকালসিদা মাঙলোইদ্রনে সিবো ?” (লামায়-২)

পাউখুম হায়ববু দোং লাউনা তাবা ফঙলক্কনি চরোইগী তেতুদা অখঙবা কনাগী মচিন্দগী-“মচাবু পোক্কনি হায়বদি মখঙবা, মচাবু য়োক থাক্কনি, শেন্নগনিদি ঈখঙ খঙদবা মতৈ-মনাও অনীখক লৈরিয়ে; মখোয় অনীনা কোকপনি ” (লামায়-২)

মমা মপাদুগী ৱানা তোপ্লা থমখ্রগা করিগুম্বা তাঞ্জাদা লল্লানবা কনাগুম্বনদি মীনুংশি পোক্তুনা পুক্লিং নৌথরুবা মীওইবৈ লীচৎনি। লীচৎতুমক্লনি অঙাংদুদা নমিং করি কৌই হংদুনা নুংশিনা মনঙ্গন্দুদা পোপ পোপ ফুরুরিবা। অদুবু পুন্সিগী ৱাহম্ভোক লান্না হল্লক্লবা বোমচা মীনুংশি য়েক্লবা তোর্বান অনীগী ৱাংমদা য়ুংলিবা উচুংনি।

ফনা মালংবনা হুমদুনসু উনা কেল্লক্তে। পাউখুম হায়ববু তুমিন অহিংগী অমম্বা মতম্বাক্তা তন্দন্নফাওবা মীরাইবীরবা মায়থোঙদা লোৎলিবা মমিদুনা লংত্রিক লংনা চেম্থরকপা নত্তনা।

মমাগী মতম্বাক্তা নাউথী শা নিংঙাই তৌজগদবা মরাইবক্তু নোংদম্বনা খেৎতোকপীখ্রবা অঙাংদুবু উবদা ফনমক মরাল লৈরুদ্রগসু মচীন পেন্না পেন্না নাশি খোংদা তাইনবা চরোই তেতুগী শৈহেকসু অঙকপা নত্তে। পান দুকানগী

তাদদুনা মকম্থী ফুদোক্লা পঙকোৎতা কোৎথোরকই- 'বোমচা কৌবনি, শুংখুম খুল্লোইদবনি। মনুং কনখ্রবনি। নুংশিফম খঙদে। অরাইবা অঙাং নত্তে, হয়েং চাউবগা মী হাৎকদৌরিবনি।' (লামায়-৩)

তাইয়োন্নবগী তাইয়োন্নবতনা তাইযোন্নবক্লবা বোমচা তৌফম খঙদ চঙক মাইঙক্লা হুইঙক মায়ঙক্লজৈ। অদুদগীদি-শাগল লাক্তুনা হৈনৌজোম য়ুম্বাল তেলঙ্গা যাইহীপকী ইমুংদু শেবাক ফাক্তোবকই-' ইবুংঙো, মপাদো হোরেল নোংয়ায় ইতুদা যু পংখৈ ঙাওবগা হল্লক্লগা চাক থোংলগদৌরিবনি, নুমিদাং অথেংবদা শীং খায়বগদৌবিবনি। অদুগা অঙাং অসে থীনা থীনা চৈরগা ফুগৎলক্কদৌবিবনি।' (লামায-৪)

মমা হায়বসি মালেম লৈমনি। মালেম লৈবমদ্রবদি পোকপা শিবা নাইবা জীবসু লৈবল্লোই। অদুবু পাপকী ঈপাক্তা পোক্লবা বোমচাগী মমাদি-' লৈবুদি কবি লৈতনি-মঙানি শুরে যুমদা হনজিল্লক্তবা... শাথিখ্রবী হুই অমোমনি। নুপাসিদা লৈনা লৈননে অনীরক্লি অতোপ্পদা মানা মযুম পাল্লুবিবা, অদুগা হল্লক্লগা নুপাসিদা অদুম লৈবৈ।... (লামায-৪)

অসিগুম্বা পৎথ পুমথবক্লিবা নমথী হানৈববা সমাজগী অকিবা শকওংসিদনি নেপোলীয়ন্না মঙলাক্লদুনা নুংদা মমা অমগী ঈখৌ লাংবা খোল্লাউ লাউরম্লিবা।

ঙসিদি বনধিবসু পুন্সিগী অঙকপা হীদেন অমদা ৱাইথুংলুদুনা নোপোলিয়নগুম মমীৎ মনা চপ যুংদুনা তশেংনা মঙলাক্লবে। অপুম্বা অলু অমখ্ক্লা তাপ খন্দোক্লনা লুখাক কোমদা হুন্দোকহৌদবদৈ নোংমা নোংমগী বোবা পুম্বদু তপ্পা , পা পৎথ পুমথবক্লিবা মচৎপু উরুবদা তশেংনা থম্মোয নীংখাইবকপনি। অসিগুম্বা অলু অপুম্বগী নুপা তশেংনমক তংখাই শিববনি।

হীংশিনি। মদুমক্তননি মীগী রিক্সো থৌখৈ থৌকুবগা অথেংবা নুমিদাংদা মকোই মরাং ইচোম চোম মানা মাগী শক হুমদাংশিংদুবু উনশানা য়োমশিন হংলাইগী ভুৎকুম্না অথেংবা নুমিদাংদুদা সোবোক থ্রোক থ্রোক নোমদুনা তম্না তম্নদুনা চঙলকপদুদা তুফক তুফাইননা মমীৎ তরু তরু পাংলিবা বোমচাবু হেক উবমক্তদা

লৱাই লেমফুদা মৈতাল অরাবা হৈথবী। চপ লেপ্পুনা শংত্রিক য়েংই শনিগুম মচাদা। থীথরকই কলিগী পাপ কোক্লবা মিংখৈরোল ১০৮- "নঙসু হৌজিকফাও শিরমদ্রি হা? নমা লমচৎ নাইদবীদু হল্লক্লমখিরোই। মপা মশক খঙদবা চঙঙসি লাক্লো।... হা! ঐ য়ুমদগা অমত্তা হল্লক্লিংদ্রবনি।" (লামায়-৫)

কে কু... কু কে... ফোঙ ফদি ফবা... নোংথাং লৈমগী শাথেক অমম্বদনি। মৈরীনি। তপথদে।ফাঙমদে। অঙনবা অয়ুক্কী ঙঙ্ঙান্নবা মঙালদদি মীনম্বনি। মীনম্বা মানা মপাল শারিঙৈ মালং শাহুমদা শাথেক থেকপনি। অদুনবু বোমচাগী মমানা শুমহৎয়াইনা শুমদুনা অমম্বগী ফম্বাক থক্তা থেক্কা থেক শাথেক লুথোক্লিবনি হাইনা হুম্না। ' হাইফেৎ থেঙজিল্লক্লবা তাঞ্জা অসিমক্তদা ওটোবিস্কো অমা অমুক খাস্নে। মোঙ ইহা হাদনা নুপী অমা ওটোরিস্কো অদুদগী নীংঙাইদনা কুমথবক্লি।

শেৎলিবা মফি মরোল কোন্নপ তৌবী কুচু কুমেন ইথোক থোক্তবী নুপী অদুনা ওটোবিস্কো থৌবা নুপাদুদা কায়নবসি হায়বগী খুৎকী খুৎহাই অনী অহুম্নক মোমোন তৌনা তৌনা মৈঙাল অদুদা হাইবি। ...অমম্বা মাযকৈ তম্না নুপা বোমচাগী তাইবঙগী 'ইমা' হাযবা খোঞ্জেলদুনা নুপীদুগী মঙলানগী ঈপাক্তুদা ঈথক হৌঙমদে। লেপ্পাইদনা হন্না মক্তা যেংলমদনা চঙশিনখি মদোম 'মাগী ভাবাগী কাগী মনুংদা থাবিবা ফমুং মথক্তা বোম লাউনা তুশিল্লগা হেক্তা পোখানিংলবা মওংদা... কনা অমত্তগী খোঞ্জেল তানিংদে।'(লামায-৫)

তাশু তাকুদে। অদুদগীদি-মৈবা চীংলুববদি মৈ হৌরকই। মৈ হৌবক্লবদি তাঙ্গোই তাবা তাই-' ঙাইহাক্কী মতুংদা খৎনবা চৈনবা, লাউনবা, কোল লীক লংখায়বা, থোঙ কাওখাইবগী মখোল অমদি অব্রায় অখুম তাবকখি। অমনা অমদগী হেন্দে, তাদে... মরক অদুদা অঙাং অদুনা কপ্পগী খোঞ্জেল ফেনজিল্লকই।' (লামায়-৫)

মসিনি অলু অপুম্বগী তিল্লীরেন তিনচৎলোন। মসিনি-মালেমসিদা ঙসি অকিবা ফংনা শন্দোরক্লিবা লাইচৎ। মসিনি-হিদেন অমগী ৱারী।

য়াম্না নুংঙাইবিবদি রনধির মশামক্লা বোমচাগা ৱারী শাবদুমক উহৌদবা ঐখোয়দা শং শঙনা পাউদম্বশিনি। হেন্না নুংঙাইরিবদি লানফমসিদা থৌনা

ফনা রনধিরনা কলমগী থাঙশাং পায়দুনা উচুঙগুম্না লেপ্লসিনি। বোমচাগী পুন্সিনা কদোমদা? মমানা করিদা? মপানা কদাইদা! সমাজসিনা করোমদা। পুম্নমক মালেমগী লৈখুন্দনি। মসিনি অইবনা উৎলিবা। মসিগীনি বনধিবনা মখুত্তা থাঙশাং পায়রিবসিসু। বোমচাগী পুন্সিনা মাঙখিবদা মীৎকুপ খরদি পান্দুকান ফম্বী ফম্বদুনা মাঙদবদি য়াই। অদুবু থংনবা মীৎকুপ্তুদি মথং মথং লানশিল্লক্তুনা লৈখুন্দা চঙলক্লিবসিনি ঙসিগী মালেমনা।

নুংশিবা লৈতবা মফমদা শান্তি লৈবোই। শান্তিনা ঈতুংদ্রবা মফমদা ঈশ্বব মমীৎ পাংদে। ঈশ্বরনা মমীৎ পাঙদবা মফমদুনি শ্বায়তানগী য়াকাবুঙ। মসিগী অকিবসিগীনি বনধিবগী অমকপা য়াওদনা থম্মোয় থক থক নীক্লা খোম্থাং নাইবক্লিবা- "ইশা অসে হাইবং হাইবং তৌরকই। ওম্থোকপা হীদেন অমদা থুংলুরে ঐ" (লামায়-৬)

অদুবু ঙসিসু বনধির কংলাক্লরি মঙলাক্লদুনা । মবমদি শদোং পীজবা তমথিবা শানা চাউবক্লগা শাগী শাবাক তমজবনি। মশিন্নি। মসিননি লানজদবী কযাবু শানা শরাক তন্নক্লিবা নোংমা কাংদনা। শামুদি শা চাদে। মীগা মকপ ওই। শা চাবা পাম্বা কৈবেল কৈজাও কাঙখুন্দা মুৎখিগদৌবে। মসিনি বনধিবগী মঙগী খোল্লাউ।

খোঙদা তিংখঙ যুবগা কোক্তা চৈনা ফংবা কোক চীক্লগা খোঙ তেকপা তাইবঙ পুন্সিনি হাযবসি মীওইবনা কাউনৈ। মসিবু কাউনদ্রগদি বোমচাগীদমক রনধিবসু থম্মোয মচেং হানা নুংহিক্লরম্লোই। 'শারাক শান্নবা' হাযবা অতোপ্পা ৱারীমচাদুদা-ওজা নাতুমসু মখোয়দৌ থীংনা অবোইগী অবোইবা চহীগী পাউখুমচেদুদা ইবিবা-'পতা পতে কতো পারি ইকোম ককুং... (লামায়-২৭) থবৎ থবৎ কক্লম্লোই। ৱাবী মচাসিদসু অইবনা যাম্না হৈ শিংনা তাক্লি-'ছাত্র অমনা হেক পবীক্ষাদা জীরো ফংবা মতমদা জীরো ফংলিবা অসি অঙাং অদুখক্তা নত্তে। মমা মপাসু, সরকারসু, ওজাসু, লৈবাক অসিসু জীরো ফংমিন্নবিবা ঙাক্তনি।' (লামায়-৩০)

অসুম্না ৱারীমচা ২৪ মক নোক্লিং নোক্লিংনা মোমোন তৌনা পাহনবা ঙস্থা নুংদা হকপা গুন অনীনা লৈতেংবা খুৎইনি। তশেংনা তীলহাৎ হীদাক তোং তোত্তুনা চারিবা ঙসিগী মীরোলসিগী নুং পান অনীবু মাংলমচৎ তুংলমচৎকী মমি লরাক লাচন্দুনা লাম্থোক্লিবা-'মায়থোঙদা লোৎলিবা মমিশিং' অপাবশিংগী নুংদা হক্তুনা লৈহৌরগনি। খুৎলাম্থোকসিমক্লনি- য়ুম্নাম লালা অমসুং বিধুমুখি নীংশিং শেলগী মনা-২০১৩ পীদুনা রনধিরকুমারবু ইকায় খুম্নরিবা। খুৎইনা তাকচবনি অইবা। OO

# লীরেন থোকপনি-উমং লাই হরাওবদা অনৌবা মীৎয়েং অম



| | | |
|---|---|---|
| লাইবীক মমিং | : | উমংলাই হরাওবদা অনৌবা মীৎয়েং অম |
| অইবা | : | ইবোপিশক নোংথোম্বম |
| মখল | : | নৈনা রারেং |
| অফোঙবা | : | নোংথোম্বম ওংবী পাকপীন রাইতর্স ক্লব মণিপুর, নম্বোলপীদমক ফোঙজবা |
| অহানবা ফোঙবা | : | ২০০৬ |

লানবগা লান্দবগা লানশীংনবনি। লাল্লিবদুনদি লৌই-লাল্লি। লান্দবদুনসু লৌই - লান্দে। লল্লি লান্দেগীনি-লান। লান্দি লাল্লুবগীনি। লান্দবগীসু লান্দি লৈদি লৈ। লৈতবগুম্বনি। লানবু লাল্লুরবা লান লাকই। লাল্লুবগা লাকপা লানশিনি লুবিবসে। লুদা লুশিল্লক্লগনি লানগী লুতোন লোম্লিবসে। লানবন লান্নবু লানশীংনদুনা লানবানবদা লানগেবা লাল্লোইরা লানফাদি লৈ। লনাইগী লানসু লৈবাক্কী লানসু লাল্লুমদুনা লৈমাইদা লৈতোরক্লগা লোইরবতদা লান লোই। লান্দবদুদি লেপ্পুনা লৈহৌই।

লাল্লুবগীনি লাই লাৎলিবসিসু। মীওইবনা তাইবঙ মায়াগী লাংদা থবো কাঙক্রম ওল্লুদুনা লঙজবনা লংজীন থারুবগা অচুম্বা উচুংদা খুদি থীকদুনা অশেংবা তাইবঙ মশক্কী নুংগী নুংশক্লোন নুংবীবু শং-শং উরক্লবদা শেম্বীবা মপুরেন মাগী মথোঙ খুয়া থম্বান্দা পুক্লিং হীরি নুংশাং থোক্লা থম্মোয়না পরিং তিং ব্রাখল চোল্লাং ফোই লাইরেন মথেক থেকপনি। তশেংনমক পাগী পাতোন চৎপনি। পুগী পুরেপ তম্বনি। লাইরিরেন লীরেন থিবনি। তীল্লিবেন তীনচৎলোন তাকপনি। নুংবী নুংথোঙ নুংতম্বনি। পাগী পুগী পুরেপ থি শাকোক্লোন সলাই থিরেন থিবনি। পাউবী লীবেন লীথাংলোন কীশি থোক্কুনা লংদাইনা নাউহুই পাউশাবনি। লাংহৈকোন লংদাই লীরেন লীফাবনে। ইনুংকোনবু কোনফাবনে-লাই হবাওবা।

তশেংনমক উমংলাই খুম্ফোক পুয়ানা লারাক লাচন্দুনা হীরি নুংলোন কোননা কোনফাবীরম্মী - লাইরিরেন লীরেন লীথাংলোন, তীনবীরেন তীনচৎলোন, লাইতাই তীন্দাই থৌশু ঙাংঙম্লোই অমদি সলাই থৌঙম পুঙকোইরেন। হরাওরোন্দি শাকোক, শায়াং, শামৈবু লাংবনে। লাংহৈ কোন্দা নাউহুইননা লাংদাই পাউশাদুনা চাদা নাউদা, চাথাং, নাইথাং শুথাং নাইনা-য়াংবী শুম্লেন উমাইথোক উগী উরেপ তম্বদি খীং-খীং খীঙ্গানবনে। থৌরেনবা থৌকোক থৌথিবনে। লাংদাই শুম্লেন শুমদাইনবনে। থৌশু থৌপাং থৌকাংবনে। লাইতাইননবু তীন্দাইনবনে। হৌ হৌ লাউনবু হৌচোং লাংহৈনবনে...

অদুবু-অমবোমদা অমম্বা অহিংগী য়াকাবুংদা মরু ঈহুন লাংখিবা অনিংবা অপাম্বনা লাকথুবীরবা ঙসিগী তাইবঙনা তাইবঙদা তাইয়োনননা লাইবু লান্না লান্না ঈরাৎ থৌনি পুঙকোই তমদুনা তুমখুন তাল্লিবা মীত্তা থুম চাইশিল্লি। অনীংবা খবা থুংনবগীদমক ঈশ্বরগী মফমদা হৈবাং হৈকাবা লৈবাং লৈকাবা লাইনসু যাই মীনসু য়াই। লাইগী মখৈ ফংলবনিনা তাইবঙ পুক্লিং থুমহৎনা তানফংজে অনীংবা' পুম্বা পল্লোন্দা পন্দনা। তৌবতবু অপাম্বানা থুমহৎলবা পুক্লিংনা মোইথেম তৌ, থম্মোয লাকা কীশি কী মাইথোঙ থাজ ইকা থা ব্রাখল থাক্কন খন্না হৈবাং অথোইবা লৈবাং অহেনবা হৈকৎ-লৈকৎ তম্বদি ঈশ্বনা মমীৎ পাংদে। ঈশ্বর মাদি হৈবাং হৈচাদে; লৈরাং লৈচিনদে। মাগী খুৎশেম্মি তাইবঙ। তাইবঙগীনি-তাইবঙপান।

অসুম্না তরু তরু চেম্থরক্লিবা ঈহৌফমগী চীংজুম লাইজনা তাইবঙ খুন্নীংথেক কযাদা থেক্না খোইনা শাথেক তমদুনা ঈপাক তম্লকপদা কল্লক মিহৌ চাউবা তুজোম্বা মালংগী খুৎশানা মতমগী উফুল খুবাম খুবাম পাইদুনা জ্বাই-জ্বাই চাইথরকপা অঙকপা নত্তে। খুবাক লাইখন শা পোমফ্রিনরেদো হাদা চীংজুম লাইজও। খোঙজেলসু তপথরক্লে। খোম্থাংসু থকতোকশ্রে অহিংগী অমম্বনা ঙম্নমক। কোইবাওনববী মকুনা মোমোন তৌজে। ফন ফন চোংলকই চোংখু। য়োংয়ামগী ধোনজাওসু- ধোন! ধোন!...

মসিদনি নীংঙাইদনা তাইবঙ তুমখুন তানজরম্বা ওজা ইবোপীশক নোংথোম্‌বনা মণ্ডলাক্লবক্কুনা তাইবঙ ফাওননবা থম্মোয় মরু ফুক্লা লাউরক্লিবা- 'উমং লাই হরাওবদা অনৌবা মীৎয়েং অম'। ঙহান নোংগী লাইগী লৈবাক কংলৈপাক ঙরাং নোংদা মনিনা খাম্নুরবা মণিপুরসে ঙসিদি ইমা ভারতকী ফিজী ফিনা য়াম্নরে। চাকথুং ফিথুংদ্রে। অকুৎপদা লৈতৌরেদো। অতোংবদা লৈথোল্লেদো... মসিমক্তি বৃটিশনা ভাবত্তা তম্বীরম্বা দিভাইত কলগী পোলিসিনি। অদুঙৈগী নিংঙেলগী থুমখোংদা চরা চীন্দম্লিঙৈ খোইবেনতাক্কী পাম্বা কৈবেন কৈজাওসু ফাঙমখি। করিগীদি কাউজন থীনা কাউইদা।

ঙসিদি- লশিংদো লুপখ্রে; নুঙসু তাউরে। খামেন্দা কৈরাক থা নোংপোক-থোঙ হাংলে। তাবুনুংগী তাংঙৈগুম পঙথরনু য়াইদুদা। য়াই নত্তে-লাইৰানি। লাইৰা নত্তে-তীনৰানি। লাইতাইনরবনি। তীন্দাইনববনি। হৌ হৌ-হৌরো হৈ! হৈ হৈ-লাংদাইনবো হৈ। হৌচোং লংহৈ লাংহৈনরো-হৈ। হা উবীৎ নাপঙও... মসিনি ওজা ইবোপীশককী খোল্লাও।

উমং লাই খুম্হোক পুযাগী মতুং ইন্না কংলৈ মৈহৌবোন লৈশেম তুশেল্লোন, লম্মীৎলোন পাফল, নিংথৌ শীংকোক শীংকক্লোন, সলাই য়ুমদাবোল অমদি ঙসিগী খুনাই যেংলুববদি কংলৈপাক য়াংবী অহুম-লাই, পোং অমসুং মী হাযনা খাইদোকঙমই। মীবু অমুকসু শীংকোক শীংখাইবেন শীংখাই অহুম থোক্লা খাইদোকই। অহানবদা পুলোক্তে হৌবগা পামহৈবা সনা হাক্তক ফাওবনি। অনীশুবদা পামহৈবদৈ কুল্লচন্দ্র সনা হাক্তক ফাওবনি। অদুগা অহুমশুবদা কুল্লচন্দ্রদগী লৈশেম্বা সনাজাওবা ফাওবনি। ঙসিদি মীবু য়েক তরেৎ সলাই মাপল হাযনা লাই নুবা তরেৎ লাইবুংথৌ মাপলগী শীংখাইবেন্দা খাইদোক্লে। চিফ মিনিষ্টব ইবোবীগী ম্যানমাব খোঙচৎ পুম্নমকসিগী লেংদ্রবা উবেপ উয়ুংনি, মসিননি ওজা ইবোপিশক্কী-'উমং লাই হরাওবদা অনৌবা মীৎযেং অম' অহিংবা মীৎয়েং ওইনা নোংমা নোংমগী পাকথোক চাওথোবক্লিবা।

কদাইদা তাই লাদা তাই। তীনবীরেন লাইয়াৎলোন লাইরিরেন লীবেন লাইযাৎ য়াত্তুনা তাংজা লিলহানা থেক্লা খোইনা য়াংদৌ পরিং থাখৈ থাকুবগা কোংযাং চৈশুগুম মবান যাইদা চঙলকপদা ঐখোয খ্বায়গী মীৎশুম্মাংদনি। লুবিবদি উদি

উই। খণ্ডদি খণ্ডলুদে। মসিদনি ওজা ইবোপীশক্লা ঙসিগী মীরোলদা মাগী চীখাক নাইবা খোম্থাং নাইরক্লিবা।

তশেংনমকসু ঐনা ঐ কনানো খণ্ডদ্রিমখৈ ঐ ঐনা খক উরোই। ঐ খণ্ডননবা হোৎনবদা ইমা চংই। ইমা কৌবা হৈরবতদা ইপা কৌবা হৈরিবনি। মরমদি- 'ইমা! ইপা ' হায়বসিনা তাইবঙগী অহানবা অমসুং অনীশুবা খোঞ্জেলনি। মথংদা 'ইপু' হায়বসিনি। অসুম্না মথং মথং হনগৎনা য়েংখত্তবা তারবদি করম্না উগনি-নুমিৎ থা থরান। কোরৌ মালেমগী নুংলোম্না উবক্কনি - লাই হরাওবা। মসিনি অইবগী পাউজেল।

য়াম্না নুংঙাইরিবদি লাইবিক অসিগী অহানবা পন্দুপ-'উমংলাই' হাযবসিদা পাক চাউখ্রবা কংলৈ মৈহৌরোলগী মশকপু মাইক্রোকোজমগুম্না শুপচিন্না নৈনবসিনি। 'ইচম চমনা পারি-পুবী লাৎপা ওইনা উমং লাই হরাওবা নৎতে। তেংবানববু শেম্বী-শাবীবা ইবুংঙো মাবু ফংননবা কুমহৈ তৌদুনা, হবাও তযাম্বগা লোয়ননা থিবনা হবাওবগী অশেংবা অচুম্বা পান্দম ওইফম থোকই।' (লামায়-১) তৌবতদি তোংঙান তোঙানবা ব্রাহম্থোক কয়াদা মচা তানা তানা নৈনবি - 'উমং লাই হাযবদি শুক্লব তাইবঙ উমংনুং মপুগী লীখুন খণ্ডননবা মপু মহাক্ল উমং লাই হায়না ফোঙবিবি। হাযবদি-তাইবঙ হকচাংগ মনুং কৌব কংলৈলোনন পান্দা খুভম য়াববু উমং লাই কৌই। (যুম্নাম তমফাজাও : মীতৈ লাই হরাওবগী ব্রাংউলোন, লা:৯)' (লামায-২) অসুম্না তোংঙান তোংঙানবা মীৎযেংদা যুম্ফম ওইদুনা উমং লাইগী মশক মওং চপ চানা লেপথোক্লবা হোৎনৈ-'উমং লাই অসি মখল মখা যামই। শাগৈগী ওইবা, খুনগী ওইবা, নিংথৌগী মচা মশুনা ওইখিবা, ...উমং, লাইশিং অসি পুন্না ৩৬৪ নি...' (লামায়-৩)।

তশেংনমক কংলৈ, ফুরা অমদি নোংমাই হরাওরোন অসুম্না নুংদা হীরি কোন্না কোনফাদুনা লাংহৈনবিবা-' লাই হরাওবা হায়বসি মীতৈ ফুকপপু শক তাক্লবা অমত্তা ঙাইরবা কুমহৈনি। মসিদা লৈসেম-নোংসেম্ব, হকচাং শাবা (মিতম্ব), ঈনাৎ, লাইনিং, লোইনশিল্লোন, শান্ন-খোৎনবা, লৌউ-শিংউ, লম্মীৎলোন, শিল্লম শিম্থানচিংবা খবদং নৎত্রগা য়াম্না মরাঙ কায়না য়াওবি।' (লামায়-৭)

মসিমক্তনা ওজা ইবোপীশক্না মাগী লাইরিকসি হীরমশিং অসিগা মরী লৈননা লাই হবাওরোনগী নুংলোনবু পান্দা পুথোক্না হোৎনবদা মীৎয়েং মাপল থমদুনা ঙসিগী মীরোলদা অদুঙৈগী পাউখোঙদ্ ফোঙলিবনি। য়াম্না মরীক চুম্বা অমনা লাইরিক অসিদা অইবনা লাই হরাওবনা কোনশিল্লিবা মীওইবৈ হৌরক শাৎলকপদৈ শারেপ উরেপ উঙাম তম মশা য়াংবী মরেপ ফা মশা মরেং ফন্দুনা হৈউ মপান লাং হৈবোং হৈউ হৈতম্বা ফাওবগী শিল্লম শিন্থা শিন্তাকপসিনি।

অকিবা অমনা-অইবগী থম্মোয়নুং য়াম্না নুংনাংজবিবদি উমংলাইদা খোঙ্গ্রাও শেৎ কোৎ লীৎকুপ্পা মানবা অনৌবা মতমগী অওনবা অহোংবা চৎনবিসিনি। মসিনা অচুম্বা লীক্লমদৈ থৈথখিদুনা তালীদৈ নাম্থোকখ্রবা বেলগাড়ীগুম নোংমদি কংলৈচাশিং, কংলাক্লরনি। মসিদগীনি অইবনা ইপা ইপুনা য়াৎপীরম্বা লীবেন তাবু হাংদুনা ঙসিগী মীবোলনা লান্না লান্না পাঙলিবা লাই হরাওরোলগী অশোইবদু খুদম পী পীদুনা পন্দুপ খুদিংগী থিন্দুনা তাক্লি-"কনা কনাগুম্বনা লাই হবাওবদা শক্লবিবা ঈশৈশিং অসি অতোপ্পা ৱাহৈ ৱাতা যাম্না য়াওই... অসিগুমবা অসি তাবদা হংগোইবা পোকই হাযবি। খুদম ওইনা পল্লবদা, 'চেক্লা পাইখববনা/পোম্বী হনজিল্লকপদা/চেক্লাগী কায়দোংফম খঙদবনা/পোম্বী কোযঙাওনখবে। শাবী ইনেমমচা-পাম্মুবী/ চীংনুং সনা লোক্তগী পাইবিবকউ' ...মসি নোংগাবোলনি। চেকলাগী মশক ওইবা থৱাযনা পোম্বীগী মশক ওইবা হকচাংবু থাদোকপবু ঐখোযনা শিব কৌই... থৱায় চেক্লাদি শিবা নাইদে। অদুগা কাযদোংফম অমদা হোংনবা কোযঙাওননা কোযথি থি। অদুগুম্বা কায়দোংফম অদু ফংগে হাযববদি পলেম ওইবীগী চীংনুং সনা লোক্তগী পাইবকউ অদুগা কাযদোংফম ফংগনি হায়না শৈথাবনি।" (লামায-১০)

অসুম্না লাই হবাওরোনগী লাই ইকৌখৎপদগী হৌরগা ঔগ্রী হঙ্গেন লাইবোই তানবা ফাওবদা শক্লিবা ঈশৈ শোল্লিবা লাইশোন তীনশোনগী অশেংবা মশক অমসুং মতমগী অওনবা কয়া পুথোক পুথোক্তনা নৈনবসিমক্তি অইবগী মীৎয়েং শানবা খুৎই খুৎলাম্থোকনি। কংলৈদা উংলাইনা খুম্থোক্লিবমখৈ ওজা ইবোপীশক্কী-'উমং লাই হবাওবা অনৌবা মীৎয়েং অম' তাবু নুংগী অহিংবা ময়েক ওইহৌবনি। ○○

# সেক্স ব্রার্করগী ফোর্ম থারে

লা ইখিবীদি লাইরেম্বীনি। লাইরেম্বী লাৎলিবা লাইফদিবীদি লাইরেম্বীরা ? লৈদি লৈ। লাৎশিন্নবনি। লৌনম লাংনি। লৈকুৎ লৈরাইগীনি। লুকমাইথক্কী লাইফদিবীনি। লোৎ লোত্তুনসু লৈঙমই লৈতুম লৈতঙ্গাইরক্তা। লাপ্নে লুবাক্লুংগীদি লাইধি — লাইরেম্বীগা।

চুম্মী, মণিপুরগী ব্রাংমদদি সেক্স ব্রার্কর পুকচাক্কী শিম্মীনি। ঙসিদি- অসিগুম্বা মহা সাগরগী ঈমাইদৈ থৈদুনা হুল্লালকপা মতু চোম্বা অমুবা নোংলৈনা মণিপুরগী লৈকুৎ লৈরাই লুখাক কোমদা পৎথ পুমথরক্কবা লুখাক্লা কযাবু হুমদুনা পুরক্লগা কোনুংগী সন্নথোংদা পৈরবে। কিরুপ কিরুপ, পৈরপ-পৈরপ, কুৎ-কুৎ য়োৎশিনখি ঙম্নমক মতমগী খয়াত্তা। অদুদগীদি নোংযাই ঈতুগী লম্মে থানবীনা নুংথিল পোবোপ্তা নোংথাং লৈমগী জগোই শাথেক্তা লুপা কোনয়াই প্রোপ-প্রোপ কেল্লক্লিবসিদি ঙসাই অয়ুক্তগীনি। মৈরৌ হেনজীনদ্রি। মৈরৌবু হেনজীনখ্রবদি য়োৎফাও শৌদোক্লিবনি। অদুনা সেক্স ব্রার্কবগী ব্রাহম্থোক মণিপুবদা ফোঙনা মবা তারক্লোই হায়নীংঙাই লৈতে।

ওক্তবী পুম্নমক সেক্স ব্রার্কর নত্তে। মরমদি সেক্স ব্রার্কব পুম্নমক ব্রার্ক কলচব লৈ। থবক শুদুনা শেন তাবনি। আইননা য়াই। শৌদোক্লবা সমাজগী শাজৎনি। তশেংবদি মখোয় অমমমগী মনুংদা য়াংখৈদি নমপোই পোইবীবনি। অদুবু নুপী চাম্মা পোকপৈ মনুংদা ওক্তবী অমমম য়াওরকই। মসিননি-লাইরেন মরক্তা হংকোক অমমম থেৎলক্লিবা। ওক্তবী পুম্নমক ওক্তবী ওইনা পোক্লকই। মরমদি (মমা-মপাগী) পী-পাগী জীন্দা শাগোন্নরকপা লায়নানি-ওক্তবী। মসিননি মসিবু মৈহৌরোন্দগী ঙসি ফাওবদা উৎনা ব্রাইনা খুম্নরক্লিবা। তৌবতবু শ্রীরাম ফাওবনা য়াখিদ্রবা লীচত্তুমক্তি তাইবঙগী শিংলী-নাউরিদা ঙসিসু পক্লি। মসিমক্তনা সেক্স ব্রার্করগুম্না ওক্তবীগী ফিদা লৈতে মণিপুর সমাজদা।

অদুবু-হুরানবগী নোংমগুম্বা ওক্তবীগীসু নোংমা লৈ। লীত্তুনা চেনবদা হীংখিদ্রবা কুপলম্বা ফিসু তাঙ্গোই তাখ্রবা মীৎকুপ্তুদৈ সমাজনা ইম্থোকপীরবা

কলিগী সিতা কয়া পুকচাক্কী লান্দা লাম্থেংনরক্তুনা সেক্স ব্রার্করগী লায়না লাইচৎ শন্দোরকপসিদি য়াম্লমক খম্থুনীংঙাই ওইরে ঙসিগী মণিপুরদা। মাইবী শাহুম লৈবী খুদীঙমক লাইবুংদা জগোই শাদে। ফাজীন পুনশিনবীবা ঙাক্তনি। খম্থৌদ্রগদি খুন্নাই অসিগী ওক্তবী খুদীঙমক সেক্স ব্রার্করগী থোংজীন্দা মপুঙ্সি কেমদুনা লোমখিবা তাবনি।

ওক্তবীসু অহকপা দন্দি পীবা মুস্লিম লৈবাক্তা ফাবা ওইরম্লবদি হৌখিবা তাং ১৩-৭-১৩ ইংদা পাউনা কৈথেলদা লৈবা ইবেনী হোতেলদগী ফাখিবী মুস্লিম নুপীদু মখাং ফাওবা লৈমায়দা ফুমজীল্লগা মুস্লিম অচৎ অওক্পা নুঙনা থোম্বতদা চপ চাবা চৈরাক্তু ফংলমগদবনি। অদুবু উমংগী লাইনা খুম্থোকপা লমদম্নি কংলৈপাক। তৌহৈদে। তৌহৈদে।

তৌহৈবা তৌহৈদবা তাইয়োন্নবশিংদদি তাৎনি। তোকপগী মঙক্তা শিরিবা ঙারি পরেং তোকপা অতৈনা ঙক্পা থোক্তে। মপুরোইবনা খাইনবীরকঙৈদগী মখা লৈকাইগী বালাসু পীক্লিবী মচানুপী অহুমদুগী স্কুল নংননবা হোৎনবদা অয়ুক্তদি ঈরুদনা চাক থোংবা তোইশিল্লক্লে। বালা তোম্বীরৈগী অশাউবী মিংনি। মপুরোইবনা লাবা মাল্লি হায়না করেম্নদুনা ল গা ব গা ওম্থোক্লবগা - বালা কৌখিবনি। অঙকপনি তাইবঙগী তোরৈ। ঙসিদি তাতোম্বী তাংগী, তাধন্না মীরক নারক যেংলগা ' ঈতৈমা তোম্বীরৈ ' কৌরকপা নত্তনা কনানসু কৌখিদে। হীংলৈঙৈদা মমা মপানা নুংশিনা কৌজরম্বা 'তোম্বীরৈ' শিখ্রবা মতুংসিদদি অশাওবী অমুক ওইররে বালাদা।

চনী নীফু শুজববসু ফ্লোক্তং শেৎচিল্লবদি নশরী তম্বা য়াখিনি বালা। করিনা লুখমদা তুবৎ ককথৎপা মশমদু মচানুপীনা বব্বরনা অনী থোক্পা ব্রাংনা পুনখৎপীদুনা চেপথ-চেপথ নোকচরিপোৎনি। কোইরাওনবী মীৎস্নাবুসু ঙমজরিপোৎনি চুমথাংগী কাজলদুনা। মচানুপী অহুমদুনা পুল্লপ স্কুলগী ভেন্দা হেক তোংখৎখিবগা মখোয় মরিখক লৈবা য়ুমদোমপোক্কী পাখলগী য়ুমদু থোঙ শো লোনশিল্লম্লগা প্রপ-প্রপ থোরকই ইচাই চাইনা থোংজীন্দা তারিবা খবরদু অমা তাপ পায়দুনা।

জুলাই তাং ১৪, ২০১০ ইং গী খবরনি হায়বসি থোইনা খঙলুদে। য়েংসু য়েংলুদে। নোংমা ফাদোক মাগী লৈরক মচিন্দা লৈরিবা পান দুকান য়ৌদ্রি ফাওবগী মরক্কী লম্বীদা চৎনা চৎনা খবর পাবসি নত্তনা বালা থোইনা পারুদে খবর। চৎনা চৎনা খবরগী অহানবা লমায়গী হেদিংশিংদু মথং-মথং য়েংলি। শৎ অনীশুবা লমায়দুসু হাংদোকই। হুম! হায়দুনা অহুমশুবদুদা তনদে মান্দে য়েংলম্বা মীৎয়েংদু খঙফা ফাই। মমীত্তু লাউথোরকই। খোঙথাংসু তপথরকই। ময়েক্তু অসুম-অসুম লাবা চাউবা হেনগৎলকই - " শেন্দাল লম্বী ওইনা ওক্তবা লমচৎ চৎলম্বী নুপী মরি ফাবে।"

মচিন্দা দোং লাউনা হায়দোকখি- ' ইশ! লোইহবন্ননি। খঙনীংখ্রেদা- কনা কনানো' য়াম্না লাঙতক্লনা লৎ লৎ তৌনা পারকই- ' ফারবা নুপী মরি অদুগী মনুংদা চহী ২২ রোমদা শুবিবী মপুরোইবা খাইনগ্রবী নুপী অমা য়াওই। মহাক্না হায়খি, হোটেল অদুদা মখোয় লাক্লবা তুংদা ওক্তবগী লীচৎ চৎপী নুপীশিং কা অমদা লৈহল্লি। হোটেল অদুগী ব্রেটর ওইনা থবক তৌরিবা নুপামচাশিংনা ওক্তবা লীচৎ চৎচগে হায়দুনা লাকপা কষ্টবমশিংবু মমল ঙাংনবগা পুশিল্লকই।' বালা থুনা হঞ্জিন-হঞ্জিন জব-জব পাথৈ। থিবিদুদি থেংনদে। অমুকসু শুক্তোক্লনা নোম্বরগা থিবি। ফংদ ফংলকত্রবদুদদি-বালা মদোম খল্লকই- করিনো ঙসিদি ময়ুম ময়ুমগী মীওইশিংদা মতুং তৌদনবা ৱাবক ৱাতেন্নগা শিন্নখ্রে হেক-হেক হাযবম্বদু ঙসিদি যাওখিদ্রেনা। অসুম অসুম তোইশিল্লকপসিদা ফাবিবা ছাত্র ইচিন-ইনাওশিংদুনা তল্লক্লনা থাদোক্লম্বা ওইরি জাৎলা। মওল-মওল খন মুন্না য়েংই খবব ময়েক্তুদা নোকফেৎ তৌরকই-' কষ্টমবশিং অদুনা অপাম্বা নুপীশিং খল্লবা মতুংদা ওক্তবা ওক্তবীশিংগী লমচৎ হোটেল অদুদা চথৈ।' বালাসু কংলাক্লরক্লে। মখোয়গী মরক্তুদা চংশিন্দুনদুম ফম্লুবে। মীস কন্টেষ্টপু ঙমজৈ ৱাখলগী অতিয়াদা।

বালা মখুৎ থেক্তুনা পারকই- অঙাং মানা লীশিং অমা তাল্লবসিনদি ঐদি লীশিং অমগা চামঙাবু করিগী তাল্লোই। অদুসু নুংতিগী। অদুদি থা অমদা- উম-লুপা লীশিং নীফু মঙা- ইশ! হাইহাইয়ো। খোঙবীদো খুদি দোক থি, খংপ্রেক

খং মঙফাওনরকই- বালা। থোইনা শকফম হঞ্জিল্লুদ্রে। খল্লকই- ঐ অমনা ব্রাইটরদুসু লুপা ১০০ শৎ ফংলবা। অদুগা হোটেল মপুদুগীনা লুপা ১৫০/- মাগী শকক্লি তম্বিরবকো। ইবেনি হোটেলদা নুপী কুন্থ্রা লৈ হায়রি অদুদি নোংমদা হোটেল মপুসিনা ফংলিসিসু লুপা ৪৫,০০০/- নি। য়াই! মসিদি ঐখোয় পুন্না নুংঙাইমিন্নবা গোল্ডন নেটব্রার্ক্কি। চাউখৎলক্কনি। চাউখৎলকখিনি।

করিনা- হুমাং তানিংবা মীওইবা লৈতে। ঐসু ক্বা মনা অমদা লুপা অনী পীরবা মতমসিদা লুপা তরেত্তা য়োনগদবদু চন্দ্রমুখিগীদা চৎখিগদ্রা হায়দুনা মঙাদা অদুম য়োল্লিবনি। হেরা-কৈদৌজরুনি- শড়ী শিন শিন্দুনা লৈবক অচৌবদা ওক্টো তোং শৎ কারুবগা শৎ কুন্নকপসিবু কয়াম লুবা থবক্লো। মনা-মনিলসু নাইবরোই। অদুদগীদি-ঈচেল মানা অদুম পুজখ্রনি ঈথক্কী কাউশিংসু।

ঙাইখোনে-য়াম্নবু চান্নবিনে। এ! চপ চপ চাবা রোমিওনিনে- মীতৈ ২, চাংমী ১, মুস্লিম ১। অদুগসু ওক্কবা লীচৎ চৎহল্লিবা হোটেল অসিগী প্রোপাইটববুসু ছাত্রগী লুপ অসিদা লাক্কুনা ব্রাখল তামিন্নবগদবনিসু হ.থবিনে। নোকনিংখ্রেদা তৌজ শাবিশিংসে। হো-হোত্রোং হোনা উবেনে লুক্রাক্তা নকোক্লা লোৎলিবা উবেং কোম্থৌও। মীওইবা মশেলনিনা কৈনো কৈনো... হা? হৌনশানি-হৌনশানি। কবি কবিনো খব ঙাংনা শক্লবগা কবিবু তৌরুনি হায়গে ইচে ইবেনিদা। নৎত্রগবু কবিগীসু চেংগুম শৌবদৌনা শৌগৎলকখিনি মীমাংফু।

শক মান্নদবা মীওইবনিনা মীৎয়েংসু মান্নদে। অদুনবু- ষন, হীন্দুশিংদা কৃষ্ণনি, মুস্লিমশিংদা অচাপোৎনি। মীতৈদা ত্রেক্তরনি। হুইনা লৈ চীন্দে। লম্বোইবনা শমচেৎ হাস্তে। লৈরাং শাৎলদি খোইমু ইনবা মশিন্নি। মীযাম তিল্ল তিল্লগা শান্নবোয়শিংনা মতিং ফুদোকই। মীয়ামদা অমুক্তংদবু শক্তাকখ্রবা ওক্তবীগী থৌখাই নোংমা কাংদ্রে। হোটেল ইবেনিগীদি যাম্না চাওবা এদভরটাইজ অমনি। তশেংনমক মঙোন্দদি ময়োলনি। মসিমক্তনা কষ্টমর মশীং হেনগৎলক্লনি ঙসিদি। হৌদোংগীবু ঙবাং লৈব্রা? অদুননি ফোঙনা লাউবিবা- সেক্স ব্রার্কবগী ফোর্ম থারে।

হৈমা ! ঐগী পান দুকানসে য়ৌরেনেহে। ঐবু থোঙ হাংখিদ্রনে দুকানসিবো? হুম- মতম কুইরেদা- ঐনা খোংবান লুক্লাং মচাসিদা থরো-থরো ওল্লক্লিবা। ঈচাও লাক্লিঙেসিদা অচৌবা ঈপাক্তা চাক্তাহৌরগে। ইচাশিংসিসু শেৎনিং চানিংবা মনিংসু থুংজরনি। খুদোংচাবা হায়বসে অনীরক শুদে। খুদোংচাবসে মাঙহনবা য়াদ্রে। ঐনা ইবেনি হোটেলগী ৩১ শুবা ওক্তবী ওইদবা শুকয়া য়াদ্রে। হুম! - ঙসাইনা হোটেল ইবেনি থোঙ হাংলম্লনি। চোইরোনগী মতম নৎত্রে। লীৎখিবা তারে। লৈরক অরাওবসিদা হেক্তা থোকখ্রগে... ○○

# সুরগী ঈপোম্নি- লাক্লে থম্মোয়গী য়েন্নিংথা



সু রগী সমুদ্রনি সংসার। সায়াগী সংসারসিদদি সুরনা সংসারনি। সংসারসিবু সুন্নিসিসু সুরননি। সৈরোলগীসু, সৈহেক্কীসু সুরনা সংসাবনি। সুরদি সুরনি। সংসারনি। সংসারগীনি। স্বর্গগীনি। সৈরোলগী সুরনা সুমদ্রবা সংসাববু সংসাররা? সুরনা সুমদ্রবা সৈরোলবু সৈরোল্লা? সৈবাংবনা সৈখল সৈদা সৈবাংলগা সৈশক্লোন সৈহেক সৈবোল সৈদমদুনা সুরগী সংসার সেম্মী। সুরগী সংসারসিনা সুন্নিবনি-সংসাব। সুবসিননি সুন্নিবসু সলাম সান্তিবলা।

লৈকাই অমা শৈশক অমা, শৈহেক অমা শৈরোল অমা ওম্লমক সুবগী তম্বাক্তা নাউথি শাজবনি। মসিমক্তনা তাইবঙ কাউশিংদি মতমগী ঈরৈনা হুম হুমদুনা পুবীবগা মালংগী তান্থাদা ঈথক থেম তাইবঙ খুৎথেক শাাথেক্কী জগোই শাবনি কেথ কেথ মাযাবীবগী সুবগী ফম্বাক থক্তা। তাইবঙগীনি মায়া। মাযাগীদি নত্তে তাইবঙ। অদুনবু মায়াগী ফীজং মকমদা লোৎনা লোৎনা খোইকুম মোমোন মীৎনোক তম মা মাগী শুবগী ঈপাক্তা তাওবিবনি লোম্লাইদবা থৱাযনা তাইবঙ ফীজোল হোং হোংদুনা পুন্সি খুন্নিংথেক হীদেন্দা। ৱাহৈগী মাযা লাংদা থুরিবসু, অহীংবা মচুদা কংলাক্লরিবসু, শৈহেক্কী সুরগী ঈপাক্তা ঈরাক্লরিবসু পুম্নমক মা মাগী সুবগী নাউশুম্নুংদা তুমখুন তাল্লিবা তাইবঙগীসু তাইবঙনি। সলাম সান্তিবালাগী তাইবঙবু সুন্নিবদি শৈবোলগী তান্থা নাইবা ঈথক্লি। সুবগী ঈপোম্নি- 'লাক্লে থম্মোয়গী য়েন্নিংথা'।

মসিমক্তননি ওজা সান্তিবলাগী থম্মোয় নুংগী ঈফুৎনা ঈরীদুনা ঈচেল নাইরক্লিবা-'পুন্সিগী থামম্বা অহিং কয়াদসু অকনবা নোংলৈ নুংশিৎ অখাক-অরাওতনা থল্লবা অকীবা ফংলবা মীৎকুপশিংদসু নুংশিরবা ঈশৈগী সুবনা

মথানুংদা চেৎনা-নাওশুমবিখি পুম্নমক কাউথোকহন্দুনা খম্নুং মাইকৈ তম্লবা থৱায় অসিবুসু চিংদুনা পুবিরকখি সুমহৎলবা সুরগী তাইবংদা।' (অইবীগী-থম্মোয়নুংদগী) তশেংনমক অইবীগী পুন্সিদি ঈশৈগী সুরনা থৱায ওইরিবীনি। মসিমক্তনা থম্মোয় লৈয়োলদা লৈকা অহুমখক পোমশাৎনরক্নি- শেম্বীবা মপুবু শৈথাজবা শৈরোল, য়োকপীবা ইমাগী শৈথারোল অমদি নুংশিবা মাগী নুংওনবা সুরবু সৈহেক সৈদম্বা অসুম্না তাইবঙ পুক্নিং পাৎকী সুরগী ঈতিনফমদা মদোম লোং খোল্লিবী অইবীগী পুন্সিনা খ্বাঙচেৎ মচি লাংলগা থম্মোযগী তুঙ্গোল মখুম খুন্লিবনি - 'লাক্লে থম্মোযগী য়েন্নিংথা।'

নোংমদোনগী কোরৌনা থক্তোক্লিবা তাইবঙ মায়াগী ঈপাক্নি- তাইবঙপান। তাইবঙদা তাইবঙনি খণ্ডলকপসিদি তাইবঙবু সেম্বীবা মপুগী নুংলোন যাইগী যোইহেনবা মঙালগী মশেক্লা অহিংগী অমম্ববু চামথোকখ্রগা তনিক তনিক্লিবা অঙনবা অয়ুক্কী তিংথ্রৌ মতোলগী লীক্লাদা পুন্সি খোঙবীনা খুদি থিকদুনা থম্মোয়না মদোম কীম্থবকপনি। মসিমক্নি ওজা সান্তিবালাগী থম্মোয়সু মদোম শেম্বীবা মপু মাবু শৈথাজবা শৈরোলগী সুবনা মখোঙ পাল্লক্লিবা -'জগৎকী মপু ও! পীনহৈবা/ খুকমজৈ ননাইনা, পীনবীয়ু/থৌজাল ঈবিক ফংঙমদ্রবা/পীনবীয়ুনে ননাইদসু লৎনদনা।' (লা-৩)

লাইবিক অসিগী অহানবা শৈরোলনি-'জগৎকী মপুও। পীনহৈবা।' য়েংশি অইবীগী মীৎয়েংসে কয়াদা পাক চাউখ্রবনো। অকক্লবা ধর্ম্ম অমত্তগী থম্মোয়বু লানফা ওইরুদে। নোংমদোলগী চেক্লাগুম তাইবঙ পুম্ববু কোনশিল্লি। মসিমক্তনা ঐগী হায়বা অখুবা মীৎয়েং পনখৈগী ব্রাংমদা ফন চোংথোক্তুনা লেপ্লগা পুম্নমকপু শেম্বীবা মপু মাবু থৌগনজদুনা থৌনিজরিবনি। মপু মাবু নুংলোন য়াইদা হীরি কোনশিঞ্জদুনা পান্দা কোনফাবনি। মপু মাগী থৌজানগী ঈরীক্তুনি থুমহী চেল্লবা পাক্লবা মায়াগী ঈপাক ঈয়ায়থকসিদা ময়া কাখত্তুনা হ্া কারিবা থৌগংলবা থৱায় কয়ানা। মসিগীদমক্তনি অইবনা থম্মোয় 'ফিথুপ কাঙনা খু লৈতাদুনা মপুদা চঙজরিবা- 'অশোন-অনা কয়ানা/নঙতবু শোন্দুনা কপ্লিবা/ উপাই লৈত্র থৱায়নি/থৌজালবীয়ুনে হে! শকউদবা।' (লা-৩)

অসুম্না মঙাশুবা শৈরোলদসু শৈরেংবৈ নুংগী মচত্তু শং শং মীৎমাংদা চোংথোরকই। স্বর্গগী চেক্লা থৱায়না মালেম নোঙ্গুমদুনা অনৌবা ফিজোল হোংলগা মায়াগী ফম্বাক থক্তা তাইবঙ কুম্মৈ লাংই। থৌপাং মঙম শানন্নবা থৌশু মহে য়ানন্নবা পুক্লিং খোইরি লীরেন লংহিং থাং, ৱাখল তেম্না থম্মোয় ফিজীন তেমখাং য়ৈ। ঈহৌফমদৈ ঈখাইরক্লগা ঈপাক্লি ঈচেলনা তন্নক্লিবা। অইবীগী পুন্সি কাউশিংসু করম্না পল্লাল্লুগনি নমথেক্কুনা ঈচেলগীসু ঈপাক। মসিমক্তনা শেম্বীবা মপুবু নুংলোন য়াইদা লাৎচবা থম্মোয়গী মৈচাক কোক্লরিবনি - ' পেঞ্জগে থম্মোয় নঙতদা/লুপচগে ৱাখল ঈপাক্তুদা/তিঞ্জগে হকচাং ঈরিক্তুদা/তুজগে ৱাখলনা ঈথক্তুদা।' (লা-৭)

তৌবতবু-অচিক অশা খাইবা কোরৌগীসু মঙালনা নোংচুপ সন্নথোং তন্নকপদা লূমফু লুমফু শারিবা তাইবঙগীনি। অইবীসু তাইবঙনিনা পাম্বৈ থিবকই। হীন্দু ধর্ম্মগী থোংজীন্দা লেপ্লুই। মঙগ্রেম হাগ্রেম্নবকই-'তাইবঙগী লাংনা কুপ্তুনা/উদবেনে অচুম্বা লম্বী/উইনবীয়ু হে-ইবুংঙো!/ তাহনবীয়ুনে নঙগী খোঞ্জেল নুংশিবদো।' (লা-৫) অদুনা পাম্বোম ৱাংনা থাঙ্গত্তুনা অইবীনা তাইবঙ মায়াগী লাংমীত্তে চোংথোবকই লাউবিবনি তাইবঙদা 'ধর্ম্মবু অধর্ম্মনা লাকশিল্লবদা/শাযোনবীবা নঙনি ইবুংঙো/অমম্বা থম্মোয কয়াবু/ঙালহনবীবনি কোরৌগী মঙালগুম/শোল্লসি পুক্লিং ৱামগী মিংথৈবু।' (লা-৯) পুন্সিনা পুন্সি পনখৈ লান্নবা মপুগী ফাংখোঙ তানবদা মপুগী মিংথৈনা পাম্বৈনি হায়বসি অইবীগী নুংগী ঈচেলনি। থাজরুবশিংদদি ফংঙমদ্রবা লননি।

কোরৌগী-লীক্লম চৎপদা মালেমগী শিঙখাই উরকই। মদোম অইবীগী থম্মোয় নুংদা পোক্লফম লমদম ইমাগী তাইবঙগী 'ইমা' হায়বা সৈরোলদা সৈহেক সৈদমদুনা সুৱগী ঈপান লাংলকই মদোম - 'নুংশিজৈ ইমা পুকফবী/পোক্লফম লমদম নুংশিবী/থৱায়না হকচাংগা খাইনদ্রিঙৈ/হিংজগে ইমাগী নতম্বাক্তা।' (লা-২১) মসিনা লাইরিকসিগী অনীশুবা তাঙ্কক- লৈবাক্লিংবা শৈরোলগী শৈহৌনি। মসিমক্তি শজী মচানা মমাগী মথানুংদা লৈরিঙৈ পাম্বা কৈরেল কৈজাওসু কৈনিং হন্না উবনি। নুংলোন্দা পালেমগী লীরেন ফিজি য়ান্নদুনা পাগী পারেপ তান্দুনা পুগী পুরেপ থিরগা থিরেন নুংবী হকই।

অদুনা ষন্নাউদি ষনবীদা য়েংউ হায়নরিবনি। মীতৈ পোকপী পলেমগীসু মদোম শাৎচবী মীতৈ চনুনি-'কুন্নাং চরৈনা খ্বাঙদা থোং/ৱাংখৈ খুৎহৎ নীংথিবা/নমথাং ওইনা নমথোন্দুনা/মীতৈ খুন্নাই শক্তাকপী/ নীংথিজৈ ফজৈ হাদা-মীতৈ চনু!' (লা-২৬) শৈরোলসিগী নুংগী ওইবা মশক্না পান্দা উৎথোকই নৌহৌননা অকাউ পরৈ চল্লুরবা অদুঙৈগী মীতৈ নিংথৌ কয়ানা পাল্লম্না মনিং তৌবা লাইগী লৈবাক কংলৈপাক। অইবীনা শাগৎলিবা মণিপুরি নুপীশিংগী শক্তমদি ঙসিগী ফীজেৎ ফীগাই খোঙগ্রাউ শলৱারনচিংবা শেৎলি চারিশিংসি নত্তে। মপানগী অরং-অরাক্কী লৈতেং শিদ্রবা কংলৈ লৈহাওদে ময়োল থিন্দোরক্লিবা লৈশাৎ তম্নক্লিবা লৈপাক্লেদুনি। ডাল্লিয়া নত্তে। মসিমক্তি নুপী অইবী অমা ওইনা নুপীবু শক্তাকপনি।

অমত্তা ওইবনা পাঙ্গলনি লাউরম্বা ইরাবোৎ পোকখিবা লমদম্নি। অইবীগী ঈগী ঈচেলদসু অমত্তা ওইবৈ ঈগী ঈরীক কৈগীসু য়াওরোই। ঈগী খোঙজেলনা লেপত্রিঙৈ অদুনবু খোম্থাং য়ৈনা পাউথাং য়ৈররি- 'চঙশিল্লসি অপুনবা খোঙজংদা/ইমাগী নীংতম লানফমদা/পীরুরসি থৱায়না পোম্থা/শিংলসি ইমাগী খোল্লাং লমন/অমত্তা ওইনা ঐখোয় পুন্না/জয় জয় ইমাগী জয়।' (লা-৩২) অসুম্না অইবীগা ঙসি ঙসিমক মণিপুর সমাজগী অনী/অনী থোকপী লীচৎ শাজৎপু ফোঙনা শীংনবা খুৎইনি। অইবীনা খুদোম্নী থিন্দুনা তাক্লি শৌগ্রী য়ুংগুম য়ুংলিবা কয়াগী মায়কৈ খঙদবা লালহৌ অৱাবগী মশক্লি। মসিমক্তনা ঙসিসু কংলৈ ইমাসে মীগী সাইজিন সয়াদা সৈদাংদুনা চাক্লি ফিনিরি। অদুনা অইবী খোঞ্জেল হৌনা লাউরক্লি-'লান হৌর্রসি নীংতম্বগী মাইখুম উপ্তুনা নীংতম্ববু তানবদি করেম্নবনি। ওইজবা থিবনি। হীদেন্দুদগী চোংখৎলকউ। থৱায়না পোম্থা পীগ্রবা মখোয়গী লীক্লমদা চৎশি লাও খুৎকা খুৎকা খুৎশম্নন। কৈদনো লীৎকদবা নীংতম্বা মানা। ইমাগী খোল্লাং লমনসু শিংলনি। নিল্লনি কংলৈ ইমাগী শংবান্নবা অতিয়া মকোয়দা খোম্থাং য়ৈনা-'জয় জয় ইমাগী জয়'।

অদুবু কদাই-'ইমাগী শমজীরৈ নাচোম লৈরাং/লৈমন চল্লে-লৈখোক লোয়রে। লৈনা কেল্লে চোইনা তারে। শম্বুলতা ঙায়হৌরে শন্নাংনা কপহৌরে!' (লা-৩৭) মসিনা শৈহৌনি লাইরিকসিগী শৈরোই-মতম ঈশৈগী ঙসিগী মণিপুর

সমাজদা কংলাক্লনা হীংলিবী অইবী অমগী অহীংবা ময়েক্লি। নোংমা কাংদে লৈনারক্তা পোমশাৎনরিবী লৈরাং কয়া পৎ পৎ ফোইদত্তুনা নারক্তা মোংশোংদা উফুলদা ৱাইফুলদা লৈকুত্তা লৈরাইদা লংথোকপীরি। খোঙগী খুদীনফম ওইরি। তশেংনা মীপাইরে অইবী। অদুননি শম্বুলতা ঙাইহৌরিবা শম্লাংনা কপহৌরিবা।

মতাং অসিদদি শিমীলিগী ফজবদু চোংথোরকই অদুগা মেতাফরগী, চন্নফমসু লোত্তুনা লৈঙমদে। হেন্না নুংঙাইরিবদি অইবীগী ৱাহৈগী মশীজন্না অসিনি। ৱার্ডশৱার্থকীগুম চম্না ফজবা মফজনি। চমদা চন্নবা নুংদা হকই। নুংদা হকপদি পুন্সি চুপ্লেনি। অপাবগী পুক্লিংবু তম্নরক্লিবা শৈরেং অসিগী ইমেজরী অসিনা ঙসিগী শং শং চোংলি ফল্লিবা সমাজসিগী অমম্বা মরক্তা তুপ তুপ কেনখিবা খঙহৌদবা মীৎকুপ্তুনি। অহোইনদুম অমত্তা ওইনা তিনশিন য়ানশিন্নখিদুনা খেন্নবগী মান্নবা নুংশক্তুদা ৱাখলনা নোকচৈ।

তশেংনমক্তি-অইবৈ তাইবঙসু তাইয়োন্নরা তাইবঙদা তাউররে। তোকপগীসু য়াকাবুংনি ঙসিগীদি তাইবঙপান। মদুমক্তনা অকোইবদা ঈচাই চাইনা হু হুল্লাল্লক্তুনা হুদুনা শিংলিবা নুংশিংনা য়ৈবদা অইবীগী থম্মোয়গী ঈচেলসু খোঙজেল তপথবক্লে। মীৎয়েংসু শুক্তোরকই। খোঞ্জেলসু কনখৎলকই - 'অমম্বদা ইকায়বা খঙন্তু/অঙানবদা নশক লোৎকনু/অতোনবদা মীনুংশি উৎলু / মদুনা নঙগী লমচৎ ওইয়ু!' (লা-৩৯)

অমম্বা মৈখুরক্তদি নুংশি লম্বীদসু করম্না লমুক্লরোই- 'কায়নখ্রবা মতুং নঙগা ঐগা/উখিদ্রে নঙবু নোংমক্তসু/মঙলান্দা লাক্লি তোয়না-তোয়না/ৱাসু ঙাঙদা তুমিন লেপ্লে।' (লা-৪৪) নুংশিবনা য়ুময়াইদা কে কু লোৎখ্রবদা-'খাঙহৌরে ঙসিদি মৈচাকসে/কেমহৌরে পুন্সি মৈরীলক্তা/কপহৌরে থম্মোয় চৈনারক্তা/ নুংশিরুবা ঈরাল ওইরক্লে।-(লা-৪৫) লোৎলুবা পাউখোঙনা ফোং ফোঙলক্লদা করিদি ওইরুনি বীদাই নত্তনা- 'বীদাইগী পুঙজানি মীৎকুপসে/মীৎলুদগী শীন্থিবিবা পীরাংসে/পুন্সিগী পিনি লৎত্রবা/থম্মোয়গী মৈচাক্লা চাক্লবা/পুন্সিনিনে হিংঙমদ্রবা ঐগী!' (লা-৪৬)

লীন্না চীক্লবা মীতনা লিনগী মহু খঙবনি। বীদাইগী চৈথেং নংল-নংলগনি বীদাইবু লেঙ্গোন্নদুনা চৎমিন্নরক্লিবা-'ঐগী ইরালসু ওইজসনু/নঙগী নরালনি হায়জসনু/ৱারোৌনগুমসি নঙগা ঐগা/নুংশিবা মানি লানখিবদি/ইবান্নিগীনা কায়না চৈথেং!' (লা-৪৭) অদুদগীদি পুন্সিনা পুন্সিবু শকখঙলকই। নোম চোমশকীগী থিওরিগুম অমগী মথং মাইথিবা অমনা খুৎশম্নরকই। খানা য়েংলকই শুক্তোক্তুনা/শুমহৎলবা সুর অমনদি থম্মোয়দা খোঙগাওনরকই।

অসুম্না চৈথেং কয়ানা চৈবী চৈফু পীরবা সমাজদা নুংশিবগী নুংওনবা লৈতে। ফজবনা শুমহত্তে। অচুমবগী চন্নফম তামখি। অদুননি লয়হুইনা অঙ্গুর শিল্লক্লিবা। অদুননি সান্তিবলাসু নুংশিবদা তাৎ তৌরক্লিবা-'নিববোই অমুক নুংশি ভীক্ষা। লোনশিনখ্রবা থোঙনি হাংলরোই খন্না। হল্লগে ইদোম হাঙলবা থম্মোয়সে পুদুনা।' (লা-৬৪)

অহিংবা কৌবনিনা হিংদবদি য়াদে। অদুনা থম্মোয়বু থেমজবনি সান্তিবলা-'কপ্লগনু হে থম্মোয়/কৌদুনসু তাবরোই মাদি নীংশিংদুনসু লাক্লরোই কৈদৌনুং/পাইখ্রগনি মাগী থৱায় চেক্লাদি! ' (লা-৬৫)

শক্তমসিদা শাগৎখিবা-'লাক্লে থম্মোয়গী য়েন্নিংথা' মীবোল অসিগী তেকথ কীন্থরক্লবা মচেৎ মকায়শিংগী য়ৈখাই থিনগাইবৈ খোঞ্জেলগীসু নুংহীক্লরবা খোম্থাংনি মঙম শাল্লবা। অওনবা কয়ানা হোংলক্লিবা মণিপুর সমাজবু নুং-পান অনীদা চাশীন চুশীন্ননা শক্তম লাংলিবা অহিংবা ময়েক কয়ানা সুরগী ফম্বাক্তা তাম্থা চানা খুৎথেক তল্লিবা ঈশৈ-শৈরেংগী শৈরোলনি। মশাগী লাইরিক তরুক পুথোকখ্রবা ৱারীমচা, শৈরেং, দ্রামা, অঙাংগী লীলামচানচিংবদা খুৎ থারিবী অইবৈ মথংগী খুৎলাম্থোক ঙাইমিন্নরসি। ○○

-লোইরবা-

ডো আই এস য়ুম্নাম

ডো য়ুম্নাম ইন্দ্রজীৎ সিংহ মংলেমজাও অমসুং মেমা অনীগী মচানুপা ওইনা লৌবেম্বমদা পোকখি। কম্মনৱেলথ লীটবেচবদা পী ঐছ ডী ফংলবা অইবসি নম্বোল হায়র সেকেন্দরী স্কুল, নম্বোলগী ইংলিসকী ওজানি। নোহাখোল, য়ুবেম্বমগী হান্নগী ঈচেলগী ইডীটব ওইবমই। মণিপুরী সাহিত্য পরিষট, ইম্ফাল অমসুং বইটবস ক্লব নম্বোল, মণিপুরগীসু লাইফ মেম্বরনি। হুইযেন লানপাউ মণিপুরী ইডিসনগী বিগুল্লব কল্লম্নিষ্টনি। সেম্মীনাব পেপব কয়াসু পুথোকখ্রে। অমসুং লাই হবাউবা অমসুং মণিপুরী সাহিত্য কৌবা খোমজিনবা লাইরিক অনী ইডিং তৌদুনা পুথোকখ্রে।

ঙসি ফাওবদা অইবৈ ফোঙখ্রবা লাইবিকশিংদি –

- *The Fictions of R.P. Jhabvala (Critical Study - 2006)*
- চীংজুম লাইজ (মণিপুরী শৈরেং – ২০০৮)
- ঈচেলদুগী ঈবাওখোল (মণিপুরী সোন্নেট – ২০০৮)
- *The Living Thread (English Poetry – 2009)*
- অহিংগী লীক্লা (মণিপুরী হাইকু – ২০০৯)

– নোহাখোল

লুপা ১১০

লুপা ১৮৫ (মখুম অথাবা)



ISBN - 978-93-82989-06-6